শীংজমৈ লৈশাংথেম লৈকায়
ইম্ফাল – ৭৯৫ ০০৮




অহানবা ফোঙবা ঃ ১৯৭০
দা. ইবেহায়বী অমদি শ্রীমতী রোমিতানা বোবী পব্লিকেসন্স, কাক্চিংপুরগীদমক্তা
কোপী ৫০০ দং নমদুনা অনীরকশুবা ওইনা দিসেম্বর, ২০০৭দা পুথোকপা
মখুম ঃ সুধীর নাউরোইবম
মমল ঃ লুপা ৭৫/-

THAKLABI— a collection of short stories by Elangbam Dinamani, published by Bobi Publications, Singjamei Leishangthem Leikai, Imphal — 795 008. Typeset at Printing and Publishing Division, Writers' Forum, Imphal and printed at Siroi Offset Printers, Thoubal Keithel, Imphal; 2nd edition : 2007; Price : Rs. 75/

# অনীশুবা পুংশিনবগী ৱাহৈলোক

চহী ৩৭কী মতুংদা থক্ৰবী অমুক পুথোকপা শুরসিদা হয়াওসিল্লা চাউথোকসিল্লা কপ্লীংসিল্লা নংল্লগা ইকায়নসিল্লা থনবদা মল্লি-মল্লি তৌরিঙৈদা অকৈবা ইহল অমা কাওরকই— পূক্লিং নুংশিবা। হিন্দীগী কাগী অমদি করেল্লবদা মমিং লৈরবা 'বেতব' বনারসী অমদি অতৈ অইবশিংগী ৱারীমচাশিংদগী থৌইলশিং ফংবদগী মণিপুরীদসু য়াবা য়াইনা হায়নবগী ৱাখল অমগা লোয়ননা চাংয়েংগী মওংদা ইথিবনি। মায় পাকখিল্লবা চাংয়েংনি। 'বেতব' খোয়দি নুমিৎনি থক্ৰবী দি হিংল্লবা তন্দননি; মমিং পনবদা ইকায়না কিজখিবদগী অহানবা পুথোকপদা পনখিদবনি। হৌজিক্তবু অহল ওইশিল্লক্লবদুনা কিরক্তবা অমদি ইকায়বা খণ্ডলক্তবদগী পঞ্জরুবনি। থিক সুকয়াও য়াওদনা থা লাম্মুবগী ইরাল পূয়মক ইমা মণিপুরী সাহিত্যদা শিয়জরি। মথোঙ হূক্তবা মচা পোকপী মমাদি মীল্লা থরদি অদুম মতারবনি।

অহানবা থোক্লকপদা থক্ৰবী বু অপাবা সমাজনা পঙলু লুনা তৌখিদমাল্লে খল্লি। হৌজিকসু তৌগদবা মান্দে। অদুবু কনা-কনানো মশেল পোনৈ হায়দনা মিহল মাল্লরুবা য়াওরমদুনা কৌবসু কনানা খণ্ডবা হায়বগী থাজবদা অমুক্তা হল্লা খ্বায় তরাদা শিয়জরি।

লাইরিক অসি মওং অসিদা পুথোক্লবা লাক্লবদা য়েকপা অমদি শেম শাবদা থৱায় য়াওবিখিবা ইনাও অনী বি. এস. রাজকুমার অমদি সুধীর নাওরোইবমবু কাউজদে।

দিসেম্বর ১৪, ২০০৭ এলাংবম দীনমনি

# ব্রামাঙ (ফাগি)

ফাগিগী জগত অসিদি অঙকপনি; ফাগিদা ফাগিনি। কালেনগী নুংশানা কন্নবু মশাগৎলক্রবা কাম্ন্ ইনখৎলক্রে; ব্রাকচীংদা উন অসিনা মতোয়নবু— অসুম অসুম থাজিল্লক্রবা মমোম লাংলেন খোইবীগী অদুঙৈগী পায়রে খূদাপ, হুন্নে ফৈদোম ফি অদু থিগৎলক্রে।

মফম অসিগী প্রকৃতিদি চপ মান্ন-মান্ননা তোপ-তোপ তাই। অহিংদা নুংশা তরং তরং থোক্লগা নুংথিল পোবোপ্তা শরত পূর্ণিমাগী থাবলনা পূন্নং লংই। বসন্তদা কোকিল মশক ফাওবা উদে, নাকেন্থাদা অঙৌবা ক্বাক পরেং পরেং পাইবনা চীংয়া-তময়া অসি বীনাগী সুরনা পূমনিল নিল্লি। পোক্লকপদা খোঙ-খূৎ শৎ তিংথোক্তুনা ও-খোং কপ্পি অদুগা শিবা মতমদা হরাওনা নোক্লে।

মফম অসিগী নোংদি ঈশিংনা চুদে, কালৈ ওইনা ব্রা-ব্রা; ঈচেলশিংদি তাফমদগী হৌরক্লগা হৌরকফমদা তই অদুগা ঈশিংগী মহুক্তা চিনী অমদি গঙ্গানা থীৎলবা অমৃত মখল অমা চেল্লি। থকপদি লায়রদুনা অমৃত অসি মশক উবতদা ঙাওই, নিশা কায়— মাগী হায়ববু কুইগন্দে; অদুগা নিশা কারিঙৈগী মনুং অদুদি পূন্নমক মথক মখা থোক ওল্লি। অসিগুম্না মখলগী ঈচেল অসিদা চোংথদুনা থন্না থক্রবীনি ঙসিগী *থক্রবী*।

*থক্রবী* অসিদা য়াওরিবা ব্রারীশিং অসি ইচম চম্না, থৌ-চিন্নরবা ফূগা অসিদা কান্নবগী হীরম থিবদা শারবা মতমদা য়ামদ্রবদা ভইহাক্তংদি অব্রা-অনা কাউদুনা পোখাবা য়াগদ্রা হায়বগী ব্রাখলদা ইজবনি। নোংচুপ অমদি নোংপোক্কী সাহিত্য নৈনরোলগী থৈহেদ্রবা মিৎয়েংদা অফ-ফত্ত অমদি অচুম-অরানগী মিৎয়েংদা নৈনদুনা কান্ন-ব্রাফমগী আশা তৌরুবা তরবদি নীংবা কায়রবা য়াই। ইচম চম্না ভইহাক্তংগী ওইনা ইখিবনি ইচম-চম্না য়েংবিয়ু। য়ান্নমক হেক চমখ্রবা চমফুংনি হায়নসু খন্দোকপীগনু। হাউই-হাউতে হায়বসিনা চংয়েং ওইহনবিয়ু— হকচাংদা কান্নে কান্নদে হায়বগী ব্রাখল পূমথামক থাবদি হৌনদে খনবিরবসু খজিত্তি কোমথোকপিয়ু।

অদুগা অফংবা খরদং য়াই য়াদে হায়বগী ব্রাখল খূখাদুনা, ফাফোই-ফোই, ফাশোই-শোই ফামেৎ-মেৎ, এ! খরা তৌরগা লোইহরে হায়না শেমজিঙ্গুখিবসু নৎফাত্তে।

"নোকপনা খ্বাইদৈ ফবা হীদাক্লি।"

এ দীনমণি সিংহ

তাং ১।৬।৭০ ইং।

# অয়াওবা ৱারীশিং

# থক্লবী

চীংদা লৈবা সহরগী নোংজুদি হায়নরিবিনি। তাগদবোই নীংই ব্রা-ব্রা, সুকলেপ লেপ্তে। হাংখিগদৌবোই খল্লি, খংহাং; ইতা হেক তাখিদবদৌনা নুমিৎ তরং তরং থোকই; নুংশা য়াইবা য়াই।

নোংমদি, তাদবা য়াই, তারবসু পংকুই কুইরোই খন্নরিঙৈদা য়াম্না ঈংনা হৌবগা অঙাং কপচেৎপগুম্না শুকহাং হাংদনা চুবসি, চুবসি নুমিৎ মঙানি ঙাইহাক্তা ফাওবা লেপ্তে। ফাগি ওইরবোই নীংই তরাক্লি শুজল্লক্লবা অদুদদি মহা-জলপ্লাবন লাক্লে, কলি লোইশল্লগদবা ওইরমাল্লে খন্নদুনা চানিংবা চাহৌরো ঙাঙন-খল্লক্লে। ঈংলিবনসু শুপ্লি ওক্তে; হাপ্লি পেন্দে কম্বল ময়াম অদুনা যাবক্তদুনা কাপ অমা ফানিংচিৎ থাবা মোম্পাক অদু হাকথং ওইনা নল্লবা অদু ফাওবদা নীক্লক্লবা অদুদদি, ঐবু করিনো অরুম অপুম্বা লাইচুরমাল্লে খন্দুনা থর্মোমিটর ওমদুনা য়েংববু মনুংগী লুপাহিদাক অদু মচী লেঙলমদে; ঙাইহাক উম্মী, লেঙদে, সেগ্রাক্তা পূংখায়মুক চপ্লি, লেঙদে। মমৈথংদা পূং অনী ফানিংচিৎ উমলগা লৌথোক্লুনা য়েংববু, ভারত অসিসু মখুৎ-মশা কাদি ওখাক

হৈরেকো; মৈতৈলোন্দা ইবা নোটিশ অমা; দাক দাক হক্লিবা নম্বর মরক অদুদা ইরম্লে– ‘‘ব্রারৌবিগনু, ঐদি অশাবগী চাংদমক তাকচবনি– ইতি।’’ অদুদতা ঐ স্তান খরা তাই।

অহিং অদু ফনা থেঙলমলগনি। ঙসাই নুংথিল ঙাইহাক পূং মঙা-তরুক উরোরোল তূমশল্লুবনা নুমিদাং অদুদদি মিৎ অদু মোরোক অমেৎপা হৈজিললুবদগী হেন্না শিংলে। ব্রারীমচা অহুম মরি পারুবদুসু তল্লক্লে। ফরে, অদু মঙাইরে, হোৎনরগে মানা য়াদদনবু কয়া কুইগবনো হায়দুনা মৈফুদগী বিদায় লৌরগা ফমুং কারে। হিপথগে হায়না তৌরকপগী অদুদা মমাঙথোঙদা কোক কোক থিল্লকপগুম তাই। চীংদোলগী নুংশিৎ ওইরমাল্লে খন্দুনা ঙাইহাক তারম্নগা হিপথরে। অমুক তারকই– কোক কোক। ‘‘কনানো?’’ ঐনা চিংনরপ হংই। খুমলক্তে। করিনো নোংনা নোং লেপ্তুবনে, লাকপু লাকলবজাৎলা! তৌরিবসিবু; অঙৌবা ওইরিদ্রা! অমুবা ওইরিদ্রা! অঙৌবা ওইরবদি ফৈ, অমুবা ওইরগদি ইমা কৌ নংদে হায়নৈ। ঐ লোইরেদো, লোইরেদনা ঙসি। হরিনাম হঙ্গৎ-হন্দা শোল্লগা ফিরূপ খুমজিনবগী অদুব্রাইদা কোক কোক... কক কক কক; – দাং দাং– দাং! মখোঙনা কাওখায়রকপা হৌরমাল্লে। হেরা কনানোনে। করিনো!! করিগীনে! শাউনিংবা অমসু হেক য়াওখ্রদুনা থাউমৈ অকাপ্পী অদু খূৎ ওয়না পায়রগা থংনবা কাগী থোঙলোঞ্জে অদু চেৎলপ পায়রগা ফীভম শেমদুনা থোঙ খংহাং হাংদোকলুববু, অস করিনো চীংমায় অমা কীন্থরকপগুম ইথক্তা মাঙওইননা, পুল্লপ কীন্থশল্লকপা ’দুদা খংমনখিবদগী হেক পাখৎখিদুনা মায়কৈ য়েংলম-লাক্লমদে হূৎ লংই। নালা য়াফমগী কুত্তক তৌবা ঈচুম অদুদা জো–ম! কোকচাওবী ভুঙ! কমলাক থক থক থক। চৈ হাইগৎলগা মৈ খংকাপ কাপশিল্লি। অমুক্তসু হেন্না সুকহিং হিংদনিঙাই, অমনা নাপুগা অঙৌবনা লাংলবা ভুৎ অদু নহাদগী খজিক লৈশল্লকপদা ঙাইরিবী নীংথিজরবী নুপী অমা ওইরমলে। চুরী অদুদা লোংনা তারগা অচোৎপা মশম্না মমায় তংখায় অমা কুপশল্লগা লৈরম্বা ফীভম অদু উবদা নিক্লা কল্লপ তারবা খোনফমদা ঐনা হংখি,

– কনানো নঙ?

– ঐ–নি, ঐ; মৈ অ–দু নুঙা–ই–তে।

– ঐ হায়’দি কনানো?

– ঐদি ঐ–নি–দনা। ঐ–নি, কোম্বীসনা।

— কোম্বীসনা হায়'দি, নঙ...?

— লাঙ—গনু! ঙা'ত্তা পোৎ—থা—গে। মৈ অ...দু কাপলক্ক—নু!

— মীরা লাইরা; করি লাইনো?

— তুৎ, নুপা—নবো! পাঙ—দবা! সে... খরা চিংখৎ...লরাও! ঈশিং মরক অসিদা নুং—ঙাই—তে। সে।

ঐদুম পাঙদবা তারে। লীক্লী পায়বা মখূৎ ওয়থংবা অদু থাঙ্গৎলকই। চিংনবনা থল্লবা অঙকপা অমদি কিরপ তৌবা খোঞ্জেলদা হংই—নঙ নুপীরা?

— অঙা—ওবা! হা... হা... হা... অপঙবা...! ফনেক শেৎপ-বু নুপা-রো! ঐগী শম অ-সি উদবর-সে?

— য়ু ঙাওরিবরা? হা?

— হে...। ঐনা ঙাওবনি য়ু-না নত্তে।

অনৈবা অমদি অঈংবা ঈশিং মরক অদুদা কিরবসু কিনা নুংঙাইতবা অমা য়াওরক্লদুনা চিংননা চিংখৎলে। খজিক নকশল্লুবদা নমলকপা, কুইথরক্লবা য়ু অদুগী লৈহাউ-ওই, চিনি চম্প্রা অখুইবা ওই, কিহোম অপুম্বা মনম ওই, হীদাকমনা ওই করি ওই মনম উঙ। নুপানি হায়রিবা ঐগী কোক অসি উরুরু লৈ। নুপাগী পাঙ্গলদা খাঙলগা লিমোন বোড়া অরূপ্পা পুল্লপ চিংখত্নুনা তোর্ব্বান্দা পৈদুনা থম্বগুম উখোঙ ময়াদা খিন্দুনা থম্মে। ফুরিৎ মচিনা খুদাঙ, পাম্বোম অমদি ঙকশম তৈথোক তৈথোক্লা হংই,

— কদায়দগীনো নঙবো?

— ঐ ইম্ফালদগীনি, হৌজিক্লা মকু হায়বা খুল অদুদগী খরা চৎলগা লৈবা খুল অমদগী লাকপনি, মাইল য়াঙখৈমুক্লি খোঙনা চৎপা।

— কদায়দা চৎলিবা?

— নঙগী 'সিদা চঙগে লাকপনি, ফি-রোল খরা পীয়ু চঙলসি লাও।

হায়রক্লগা খাম-লাকপা নংহৌদে, ঐগী কা অদোমদা চঙখ্রে। এ... এ... ওন্নরে হায়না হায়না ফমুংদা পুমচোৎ চোৎনা ঙেক। মখূৎ লাক্লুনা শৎ চিংখৎলগা য়োৎকী চৌকী অদুদা ফমহল্লি। হায়,

— ঐগী 'সিদদি, মতা চাররোই। ঙল্লিঙৈ অসিদা অমা-অমা য়েংহৌরুচো।

ফি-রোলসু খজিক্তা ঙাই কাংথোনসু লৈতে।

পায়রকপা লীক্লী অদু মেজ মথক্তা থমলগা খজিক নোকই, হায়রকই,

— নুপানবু অদুক পুকচেল পীকপা হৌনবরো, মৈতৈ নৎত্রো! নুপী থিরবরা?

— থিদ্রি, থিদৌরে। ঙস্লিঙৈ অসিদা ঙাওশন্নদুনা কান্নরোই...

— তৌনুনে নখোয়গী অদুগুম্বা। পূং অমা মখায় তারবা অহিং অসিদবু কনাদনো ঐনা য়েংলুগদবা! নঙগী'সিদা মৈঙাল উরি হায়দুনা চঙলকপনি, সে ফি অমা পীয়ু ঈংলে, নিংথম্মে। নুপী লৈবা ওইরবদি ফনেক হোংদোক্লবা লৈগদবা! পাখঙগী লৈফমনিনা... লোঙ্গী কাসু লৈত্রো? ফেজোমলা করিনো অমা পীয়ুনে-সে।

'সুম হেঞ্জিল্লক 'সুম হেঞ্জিল্লক, হাইরং হাইরং চত্তুনা ফদি অদুনা মশম-মনা তৈথোক্লে। য়াদ য়াদনা ঐগী লোঙ্গী অদু পায়খরে। করমনো তৌরিব'সিবো! ঐবু নুংথিল তূম্মনখ্রদুনা অহিং ব্রাখল মওং মওং খন্দুনা তূম্বা য়াবোই য়াদবোই তূমথখিবনা মঙলিবা মঙলনে; নৎত্রগা লাইরা? চীংগী লাইরেম্বীরা! নৎত্রগা... তূন্নিবা জাৎলনে অসিবো! খল্লিঙৈদা লোঙ্গী অদু হোংদোকলুরগা হাইরং হাইরং চঙলক্লে! করিসু থৌশাদে। মশম অদু মখূৎ ওয়না হাইগৎলগা হংলকখি,

— ঐবু কদায়দা তূম্মু হায়বা?

— ফমুংসু অম'সিমখক্তনি, ফি-রোলসু লৈতে হায়খ্রবা নৎত্রা?

— অদু ওইরগা অদুদা ঐখোয় অনী তূম্মিন্নরসি...

— ইমাই! অস!!

— হি... হি... কিবরা? চমজৈদা পাখঙ— মপা খঙদ্রিবা পাখঙ—দবা চহীদি কয়া শুরে?

— মরিফুতরানিপাল-মাপল চঙলক্লিবা—

ময়া ইঙৌ ঙৌনা নোক্লগা তপ্পা হায়রকই,

— ঙাওনু! ইদা! লেঙ্গানিদনা 'দুদি করি লৈকায়দা লৈ?

— আ... গৌরনোগোরদা। নঙবু অঙাওবীরো?

— হৌজিক ফাওবা ঐবু খঙদ্রি। মণিপুরদা নুমিৎ হুম্লিদং লৈরবা নুপানা ঐবু খঙদবা হৌনদে, কোম্বীস্না কৌই, ইম্ফালদা য়ুম ইখ্খোল লৈবনি, হৌজিক অসিদগী মমাঙ পাংনা খোঙনা মাইল য়াখ্মেমুক চৎলগা লৈ। মদুদসু ঐগী য়ুম অমা লৈ। কুইদ্রি

থা ফাদ্রি। হীদাক তৌত্রা? অফবনি সে... খরা...

— থক্তে। থক্লবসু থক্লোই, নঙ নুপী শেংলেকো! নৎত্রগা ঐগী রেডিও অসি লৌগে হায়দুনা... মী কয়া লাকই? মীদিনে ঐসু ওখাক ফুগল্লি হৈ।

ইশি শিনা নুঙাইনা নোক্লগা হায়রকই,

নুপী ফুরগা কল্লি হায়নগনবা মণিপুর নত্তে পাখঙ। কদায় ফি অম'নি পীরো, চিংনরগা মথংগী কা অসিদা তুম্মুগে। কোক অসি চীক্লে। ঙরাংদগী ঙাওরকপা হীদাক্কি, লীক্লী অসিগুম্বা তরেৎ লোইখ্রে। সিপাইদগী লৌহৌবনি, অসিনা নিপালগুবনি। খরা য়োৎকেরা?

— য়োৎলোই— ফাল্লু অদুম! অদুগা নঙ মীদি শেংলেকো! হোরেল মীনা তুমথ-হিপথখ্রবা মতমদা নরৈকাদু লম তরেৎমুক শাংদোক্লক্লদনা, নয়াকাদু শীংজঙ শীংজঙমুক লমখনকা ওম্থোক্লক্লবদি...।

কয়াদা নীংথিনা, নুংশিনা মিরবা খোঞ্জেলদা নোকলক্লে। ঙসাইমখৈ নোকখিবগা ইমান মান্নদে। উপুদগী কম্বল লৌথোকলম্বদগী হন্না লৈদুনা য়েংথোকলুই, থাজমন্দ্রদুনা। অহানবগী মীনোক্তা শগোল না-হেবগী সুর চঙই; হন্দক্লী অসিনা অমরাপুরগী বসন্ত লৈকোলদা মবুঙো কামদেবগী ব্রাঙাঙ অমদা রতি দেবীনা থব্রায় তানা নোকচবগী খোন্থাং অমা চঙই। ঙক্কুনা য়েংলিঙৈদা হায়রকই,

— অদুমক্তি ওইরোই হায়না থাজে। নহাক্লা শাংদোক্লক্লদ্রা হায়না চিংনরিবা ঐগী লৈ অসে অসিনা অমুক্তং খৎপা, মদুদগী থোকলক্লদবা ব্রাহং পাউখুম তংখাই অমগীদমক মতমগী নঙগুম্বা পাখঙ কয়া কয়া চীংদা তপ তৌনখিবা য়াওখি। নোংমদি নঙনা শীংজঙ ওইরক্লদ্রা হায়না কিরিবা য়া পরেং অসে মপূম ওইনকা নত্তে, মতোন খজিক্তুং, য়ামদ্রবদা খজিক্তুগী ওইবা য়াতোন উগে হোৎনজবদা পাখঙ কয়া কয়াগী লাইনীং ওইখি। থাজব্রা?

থাজনিঙাইগী খুদম থেংনবতা মঙাইখ্রিবনিনা থাজদবা ঙমদে। অদুগা মেজ মথক্লী লীক্লী অদু উরুরগা ইরায় লায়না থাজথোকলুবসু ঙমদে। খুমফম থিরিঙৈদা মখা চথরকই,

— অদুবু ঙসিদি, ঙরাংদা মঙায়খ্রি, ঐবু ভৈরবী কিনবগুম কিনরি। নহাক্কুম্বা লমচৎ নাইবা ইমাগী মচা অমগী মিৎফমদা নরক্লী তিলদগীসু হেন্না তোল্লবা লৈখা তারবা

জীব অমা ওইররি। ...'সি ওইরে তাইবং। কদায় ঐগী তৃম্ফম অমা পীরোনে!

য়ারোইদৌবা উবদা ফানশাং অনী তাইশিন্নদুনা কম্বল থারপ থারে। ফৈজুপ ওইনা কান্থ অমগা, ঐগীদগী কম্বল অনী অমগা খাইদোক্লুনা পীরে। মোমবতী অমগা মমাঙদা মেজ মথক্তা থানবিরে। তৃন্নসি হায়দুনা হিপ্পরে। হান্নগা তৃমনীংদবা মওং অদুদা ওস্খোকপা থৌদোক অদুমগা পাখিবা অদুদদি তৃম্বদি হায়রুনু মিৎ উইশিনবা ফাওবা য়াদ্রে। খোঙদোম্না ঈংবনা উন মতৃমগী খুদোল-খোঙউপ উপ্পগা চপ মান্নখরে। হঙ্গৎ হন্দা য়াওনবা অদু হাংদোক্লুনা লৈবা লোন্নবা কাগী থোঙ অদুদা তারমাপ্লে তৃমলমদ্রিবী নুপী অদুনা হায়রকই,

— বাবু তৃম্বা য়াবিদ্রবা?

— আ...য়াই, নঙ তৃম্বা কায়রবরা?

— হ! কায়দে। ঐদি য়াররোই, কোক'সিনা য়াদরে।

ঙাইহাক তৃমিন লৈনরুরগা তপ্পা হায়রকই,

— বাবুগী নাম করি ওইরবনো?

— শরতচন্দ্র। করিগীনো?

— চুম্না 'সুম খঙজনীং তৌনি। করিগুম্ব'মতগা হংগে য়াম্না কায়রগদ্রা কৈনো।

— হংউ কৈদৌগে। করিনো?

— শরত বাবুনা ঙসাই ঐঙোন্দা নুপীরা হায়না হন্না হন্না হংবিখিব'দুবু, ব্রারৌদি -ব্রারৌবিগনু করি অর্থদা ওইরবনো?

— এ! চুম্না সুম থাজদদুনা হংবনি, য়াম্না শাউরবরা?

শাউবা ওইরমদে। ঙকপা ওইরম্মী। ঐনা মঙোন্দা নুপা য়ু ঙাওবদি খোঙথাং খূদিংগী থেংনৈ অদুবু নুপীনা অদুম্না তৌব'দুদি নোংপোকলোম অসোমদদি তাঙবগী ব্রাবু নত্তে সুকথেং থেংনদে হায়না ঐগী চিংনবা অখঙবা পূম্নমক মঙোন্দা তম্মে। অঙাওবী ওইরবোই নীংলুই। নিশা খজিক ফরক্লবা মতাংদদি জ্ঞান ফজনা তাবী নুপী ওইরম্মে। মানা হেক থেংনরকপা নুপা পূম্নমক্তগী ঐনা তোপতোপ তাই হায়দুনা ঐবু হন্না হন্না থাগৎলম্মী। করম্বা ব্রাখলগী করি নীংজবা লৈদুনা তৌরম্বনো— খনবদা মম্মী, গুণ্ডীরগী মমিত্তগী শীস্থরকপা পিরাংগী অর্থরা হায়নসু থল্লুই। ঐনা হংলুই,

— কয়াদি কুইরে হীদাক-লাংথক হৈনরকপা? লৈশারিঙৈদগী অদুম—?

— হ, য়ূম-কৈ পাল্লবা মতুং কাইনথংদা থেংনরক্লিবা কম্মনি বাবু। অঙকপা খূৎশেম্মি ঈশ্বরগী; ঙসি ঙাওশিন্নবদা ওক্তবদা ফাওরিবী কোম্বীস্না ঐসে, ইশা থাগত্তুনা ঙাঙজবা নত্তে, মরম ওকপদা, ব্যবহার ফজবদা ইকাই-থীবদা, শক ফজবগী মথক্তা তমজনফমনি হায়দুনা লৈকায় ইমান্নবী ব্রারক্লবদা য়াওনরিবনি। ঐগী ইতৌ তম্মু হায়নরম্লিবনি। লৈকায় লান্না মিং চৎলম্লিবনি।

— হৌজিক্লা জিলা লাল্লে, হেন্না ফরেনা।

— জিলাদা নত্তে, থংনবা দেশ মরোল লাল্লক্লে। মওংদবু বাবুগুম্বা লমচৎনাইবা নূপাদনসু নত্তে, লমচৎ মফম খঙদ্রবা নূপা ফাওবনা ঐ অসি কিনরে। ঐগা লাম্বা পাদুনা থক্লবদা হৈর-হৈরবা হীদাকব্রালা কয়া মায়থীখ্রবনি!

— থীগনি। নোংমদা কয়ামকাদি ঙম্মী?

— পূং কুন্নমরিদা মেজদা লৈরিবা পব্রা অহুম চনবা লীক্রী অসি তরূক তরেৎ-কাদি ঙন্নে; হেনবদি থেংনদ্রি, হেন্না ঙম্বা য়াই খল্লি।

— লোইরদ্রদো! হৌজিক্লা, লৈরিবা মফমদুদা করি তৌরিবা?

— য়ূম পাল্লবা অদুদা, চীংমী হনুবা অমদা। ইচা অপিশক অনী অমসু লৈহৌরি।

’সুম ব্রারী শারম্বদগী মাগী পুন্সিগী ব্রারী তানীংবা পোকলক্লে। হেক লীয়ু হায়রুরবসু হায়মনবা থোক্লগদ্রা হায়দুনা জ্ঞান তারক্লবা অদুদা হং হংদুনা খরা খঙলে। মমৈদা মাসু ঐনা খঙনীংবা অদু উরদুনা ব্রারী খজিক্তং য়াম্না শম্না লীরকই,

‘‘ঐনা জ্ঞান খবা খরা তারকপা মতমদা ইমা অমদি ইপা লৈরমদরে। লাপ্লপ তৌবা মামশিং অমনা ঐবু য়োকলম্মী। মতমগী চৎনরকপগী মতুংইন্না লাইরিক খজিক্তংদি তমহল্লম্মী। মদুগীদমক মাম ইবুঙো অদুবু ঙসি ফাওবা থাগৎলি। মদুগী লম্মনদি তোল্লে। মদু নত্তনা মানা ঐঙোন্দা তৌবিরকখিবা অদুগী মমল ওইনা ইপাঙ্গলনা অঙম্বদগা নত্তনা ঙমদবা ফাওবা নোমলম্মী।

‘‘চহী তরামরিদা লুহোংলে। ঐনা পামজবা নুংশিজবা পূম্নমক মাম ইবুঙো অদুগী অপাম্বদা কথোক্তুনা ইখঙ খঙনদবা নূপা অমগী সেবা তৌগনি হায়না লাক্লে। মতম খরদি য়াম্না নীংথিজনা লৈমিন্নরম্মী। ঐগী নূপা অদুনা ঐবু নুংশিবিদে নৎত্রগা লুনা তৌবিদে হায়বা ঐ ঙম্মোই অদুবু মানা হৈনজরকপা লমচৎ কয়ামুক্লা খুদুম চনখিবনা অহিং কয়া নুংথিল কয়া চিকখ্রবা য়ূম অদুদা ইথস্তা লেনবা তাখি। য়ু, জ্বার অমদি নূপী,

অহুম অসিগী নিশানা মহাকপু নোংলৈ অহুম্না উনা অকংবা পুবগুম পুরম্মী। খঙজবা মওং কয়ানা মহাকপু থিংনবা হোৎনজরম্মী। অদুবু পাঙ্গল শোনবদগী, ঙমহৌদে। নোংমদি নুমিদাংব্রাই হীদাক ঙাওদুনা ঙাইহাক হনজল্লক্লন্নগা শাউদুনা চৎখিবদগী হল্লক্তরে। নোংমা লাক্কব্রা লাক্তে, নোংমা হল্লক্কব্রা হল্লক্তে; 'সুম 'সুম হৌখিবনা থা ফারক্লে, চহী ওল্লক্লে— ঙসি ফাওবা পাউ অমত্তা তাখিদরে।

''ইচা অপিশক অহুম অদুগা ঐ ঙৌদুনা লৈখি। চরা হেনবনা য়াং অসি, হিংগনি হায়বা থাজদনা কংখি। ইচাশিং অদুনা ইমা চাগে, ইমা পীয়ু, ইমা লাম্লে হায়না কপশল্লকপনা নাকোং অসি শীংজা য়ৈরে। নিদুনা থাক্লে হোৎনরুই। মঙানি তরানি থা'মুক মঙাই, কদায়দনো নিরুগদবা মতম অসিদা! মতম অদুদা ঐখোয়গী খুল অদুদা থোং অমা শাবগী মী য়াম্না লাকখি। ওভরসিয়ার অমগী মী অমখক ঐগীদা নোং-নীনী লৈহনখি। মানা ঈনশিনবদগী হীদাক লৌবা চৎলি। লৌরুরবা মতমদা মানা মনাগা লোয়ননা শেল অতৎপা লৈতনা পীখি। মতম অদুদগীনি ঐনা হীদাক লল্লোনবা হৌখ্রিবা।

''অহিং নুংথিল লৈমিন্নরকপনা নক্লবগী অকায়বা নৎত্রগা তোংবা অদু ঐগীসু শরূক য়াওরক্লে। লৈকায় অদুনা য়ূমদা নুপা-নহা পুশন্দুনা থন্বগী ঙাঙনবা হৌরক্লে। ইচাশিংনা মবুক পায়-পায়দুনা ওন-থোইনা কপখিবা মতম'দুদা ঐখোয়দা জীব অমত্তনা সেগ-মাইগা তান্নবিনবা লাকলমদে, অদুবু শেল-থুমগী মতেং খরা খরা লৈরক্লবা মতাং অদুদদি ফৈ, ফত্তে; চুম্মী, চুমদে ঙাঙবিনবা মরী-মরী লাকপনা ব্রাই শিংনবা ঙমদ্রে। তৌরিবনসু চিল্লিঙৈ তাল্লক অদুদা ঐসু মীরোল্লক্লে। কান্নররোই খন্দুনা ইচা ময়াম অদু পুরদুনা মাগী মতুং ইন্দুনা ইম্ফালদা লাক্লে। মপোক থীনা পোকপীগী অফ-নুঙাই লৈতে। ঐবু য়োকপিনি হায়না পুবিরক্লিবা নুপা অদুনসু ময়ূমদা ঐবু পুশিন্দুনা চঙবা ঙমদ্রে। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী কাচিন অমদা ভারাদা কা অমা লৌদুনা ঐবু থম্বিরে। মতাং অদু ফাওবদি ঐগী লমচত্তা অমকপা লৈহনবগী ব্রাখলদি হায়রুনু তৌরুরিবা খরা অদুগীদমক অহিং কয়া ইথন্তা কপচখ্রিবনি।

''চহী অনী-অহুমগী মতুংদদি ঐ ওন্থোকপী অমা ওইবা হৌরক্লে। ঐগী অনীশুবা নুপা অদু নীনী লাকলম তরানি লাক্ত; মঙানি লৈরম থা-মুক লাক্ত তৌরম্বদগী মাসু হান্নগী অদুগুম্না ঙসি ফাওবা মশক উখিদরে। ইচাদি তরূক শুজিল্লক্লে। ইচা তরূক অদু থাকপা ঙম্নবা ঐনা তৌবা য়াবা থবক অমফাওবা খাক্তবা হৌরক্লে। অদু ফাওবদা

ঙমলক্তদুনা মওং মওং তৌরক্লে। নুপা অমা থেংনৈ, লৈমিম্নৈ, খরা লৈরগা য়ারক্তে; অমদা অমুক পাল্লি, কুইদে। মমৈথংদদি চহী খূদিংগী থা তরূক খূদিংগী, অহুম খূদিংগী, হাপ্তা খূদিংগী হোং হোংদুনা য়ূম পানবা অসি ঐগী হৈনবী ওইনা তৌরক্লে। ঙসি নোং-নীনী অসি চীংমী অহল অমা থেংনদুনা মাগী ওইনা লৈরি। হয়েংগীদি খঙদ্রি; বাবুগীদা লৈরিবসিনি।"

— অস! হয়েং অয়ুক ফাওবদনি হায়দায়নে!

— পাখৎপিগনু অতৈদা নত্তে ইশাবুসু মুম্না খঙজবীনি।

— অঙাংশিং অদুদি কদায়ঙম চৎখ্রে?

ব্বারী লীনা লীনা থকখিবা হীদাক অদুগী ফল মকোক্তা তাবা হৌখরে। অহাঙবা লীক্লী অদু ঐগী কাগ্নদা থরো থরো ওনশিলহল্লন্নগা ফূক হৌগৎলগা হায়রকই,

— নুপী অনী অমা ময়ূম পানখ্রে, নুপা অনী অমা কদায় কদায়দনো চৎনখ্রে, নুপা অনী অমদি পুঙ্কক পুঙ্ককতমক মচাওরি। চাউরক্লগা মানা মানা থোকপা! অমদি ঐনা ফাওবা মশক খঙদে; আ-দ থমখরে।

— কদায়দা? কৈদৌবগী?

— তাক্লরোই। কলিদদি ফক্লাংগীসু মচিন-মনা পাল্লি হায়নৈ। ক্কাক খোংলে, ঐ চৎলে। হায়রম্নগা মফি-মরোল পায়দুনা হাইরং হাইরং থোকখরে। ঙাইহাক লৈরগা থোঙনাও হাংদোক্তুনা য়েংলুই। লাপলপ্পা লোইরোয় ঙমখৎখিবা চীংমাইগী লম্বেল অদুদা হাইরং হাইরং কাখৎখি। নেমনেম পাইরকপা লৈচিন মরক্তা উরি-উরি মাঙখরে। ❑

## নবীন চম্প্রাসী

হায়জ-চৎচ কনবদা ময়াম্না ওখাক হায়নবা মীশিংগী মনুংদা নবীন সিংহ অসিসু অমনি। ফরক খরা ফৃজবগী ব্রানি, পঙদ লাক্তবা নত্তে হায়নব'দুদি চান্নবা চুমদে হায়বসু য়াদে। বং বং লাউবা মায়থোঙদা থারপ তৌবা অচৌবা মচিনবান্দগী ঙাঙলকপা ব্রাঙাঙ, চীংদোন্দগী ওন্থরকপা নুংজাওগী মখোন্দগী হেন্না ব্রাখল চিংশিন্নহন্নিঙাইনি। মমানা হেক পোকলকপদগী মানা তৌখিবা থবকশিংদা মসিমদি মচু তাইদা হায়বিনবা তাঙবগী তৌবনি; মানা অঙাং ওইরিঙৈদা শাখিবা তেলঙ্গা অমফাওবা লেপ্লু হায়বা য়াখিদে।

অদুনা থাগৎনিঙাই অমনা খঙলবসু খঙদ্রবসু মীনা হায়বা ব্রা অমা খুদক্তা ভাব তাগল্লি। হরাওদুনা ফাগি-জুগাই তৌদুনা নোকথোক লাকথোক্লকপদি কুম লায়না মতু শোনবা অনী অহুমকাদি তূনা ফমলান লানবগী স্বর লৈ। ঙাঙথোক্লকপদা হায়নিংব'দু দাং, খল্লু লাক্লুদে। মানা ঙম্মোই নীংবা থবক জগৎ অসিদা ঈশ্বরনা শেন্নমদবমক্তি ওইরমদবা য়াই, অদুবু থেংলপ শেন্নব্রা চিংননিঙাইনি। তাফাৎত্রিঙৈদা ভাব হেক্তা

তাশল্লি। মসিমক্তনা অহমগুবা ফাওবদং তমজহৌবদা য়াম্না লায়না করিসু লৈতনা থোকখিবনি।

মাগী হায়ববু থবক অনী অমুক্তদা তৌবা খরা হৈনদে। মোমবতী খরা লৈরকউ নবীন অদুগা নঙনা 'সুম হল্লকপদা খোমদ্রামগী দুকান্দগী পানমা উপু অনীদগা লৈরকউ হেক হায়রুবদা হায়ফাৎত্রিঙৈনা হনজিল্লক্কদবা শগোলনা হৌদুনা চেনখিবগুম চেনখি। থোঙ্গাল হেক য়ৌবদগী হৌদুনা হৌজিক্কীদুবু পানমাগা মোরোক্করা, নৎত্রগা মোমবতীগা পানমনাগা হায়ব্রনে হায়দুনা চনৈ খনৈবা হৌবদুনা থোংখোঙ ফম্বী কোনুমাদগী পানমনা অনা অহমগী শোৎলগা পীরবগী ব্রাদনি ভাবকী ব্রাদি য়াম্না থুনা তাগল্লি।

নোংমা মাগী বড়েবাবু অদু লনাইগী সেক্রেটরী অমা হাপ্লবগীদমক দরখাস্ত থারকপা মীওইশিং অদু উনদুনা মতিক চাবা খল্লি। অরাকপা মীশিংগী মনুংদা অমা অনী নত্তনা অয়াম্বা নুপী নহা ওইনা তৌই। মণিপুরদসু থবক কোন্নদবগী মওং অসি হেনজিল্লক্কবনা মী অদু চাউরাকনা অগাধ ওইনা হেক থোক্লরে। তন্থায় চনশিললকপগী অদুদা বডেবাবু অদু ব্রাবনা তপ তারে। নবীনবু কৌশিল্লগা হায়রকই,

– য়েঙোই নবীন, নম্বরগী মতুং ইন্না চঙলকপা মীশিং অদু নঙনা থোঙদা লেপলগা মমিং-মথা হংউ, পরিচয় লৌ। নঙনা ব্রাহং খরা হংউ ঐ অসিদা পোত্থা পোত্থা তাগে।

– খঙজরে বাবু... তাবিরো।

হুৎ লৈদুনা থোকখিগে তৌবা নবীনবু মখুদাং তাপ পায়দুনা খান্নগা হংগদবা হায়গদবা ব্রারোল পূম্নমক মথং মনাও নাইনা তাক্রে। তাক্লিঙৈ মনুং অদুদা নবীন অদুনা ভাব তাবগী মওংদা শুবা মঙক অসি কৃষ্ণজন্মদা মহাবলীদা য়োনবা হংলাই'দু মঙাই। ভাব তাববা নবীন ফাইল অমা পায়রদুনা থোক্লক্রে। থোঙদা লেপ্লরে।

অহানবা চঙলকপা মী অদু নুপীনি। ওখাক নহানি। য়েংবদা ফিজেৎনে লৈতেংনে মতৌ লৈ। বড়েবাবুগী ওয়রোমদা ফমদুনা চে শৃজবদা য়াম্নমক লেমজপ্পনিদা হায়না খঙ্গে নবীনবাবুদো। অহানবা হেক উবদা চনু অদু মণিপুরগী ব্রাংমদগী মাল্লি; মশম অদু লেংজুম অদুব্রাইদা তুবৎ ককলগা ইকোয় কোয়না ব্রাই ব্রাই তাহল্লি। মৈতৈগী ফনেকনি হায়বসু য়াদ্রবা সাড়ীনি হায়বসু হায়মল্লবা মবক্কী ফিজেৎ অমা শেৎলি। পংব্রাং ব্রাংদ্রবসু

খোঙউপ অদুনা ওফিসকী খোঙজিল অদুদা মরু লুকথরপ তৌরগা চঙলকই। চাউরপ নোয়রপ তৌবা হকচাং অদুদা ওম্ব্রোক্লা চিনখ্রবা খুদাঙলাওবী পুময়াৎ ঙকশম পানবগুম্বা ফুরিৎ অমা তপ নপ্পা লিৎলকই। নুংশাখন আনোক অমা উপ-ওই পায়ব-ওই তৌরকই। নোকফেৎ তৌদুনা হায়জল্লকপদা নবীন মপূক্লীং ইনৌ হেক নৌথোরকই। পুরকপা উনা চে লৌদুনা য়েংলগা নবীন্না হংলকই,

নবীন — ইবেম্মগী মিং?

সনাহনবী — সনাহনবী দেবী।

নবীন — লৈফম?

সনা — শিংজমৈ।

নবীন — খঙজরে। ইবেম্মবু য়ূম পানবিরবরা?

— পানজদ্রি।

সনাহনবীনা চাউথোকচরপ খুম্মী। খজিক্তং লেপ্লগা নবীন্না হংলকই,

— আ... অদু অঙাং কয়া শুবিরবগে?

তুংদা তিল্লিবা মীয়াম অদুগী মমাঙদা সনাহনবী ফ্রং শাউই শাউরপ্পা অর্থ লৈনা হংই,

— করি?

— অঙাং কয়া শুবিরবগে হায়বা?

চম্না হংই নবীন। খঙহৌদে খাও য়াল্লম্বা মখুৎ য়েৎ অদুনা নবীনগী ওয়থংবা খজাই অদুদা হায়জন্দুনা থারম্ববু নবীন ফনা কুইনা ঙাওই। মমিত্তা নুংথিল পোবোপ্তা থৱানমিচাক কয়া য়াম্না উরে, সুপ্লাক কাউখিদুনা তৌবনি মশীং থীরন্নবদি মশীং খঙহৌরমগদবনি।

নুমিৎ অদুমা অদুব্রাইদা অদুম লোইশল্লে। মীনা য়াম্বগা করিগা বড়েবাবু অদুসু ইথক থকৎখরে।

মথংগী নুমিৎ অদুসু তম্খাই খরা হেল্লমদাই অদুদা নবীন চেশাং অমা পায়রদুনা লেপ্লরে। থোঙদা ঙরাংগী কাঙবু অদুনি, মা হেক উবদা ময়াম অদু মুরুম মুরুম হেক হেক শোন্নে। মাগা অহানবা থেংনবা, উনবা লাকপা অদু নুপীনি। নহানি ঙরাংগী অদুগুম্বনি অদুবু খরদি খেন্নে। ঙসি অসিগী 'সিনা য়াম্না ঈংই। ফিজেৎ চাকচাদা মৈতৈ

অশেংবনি হায়বা খঙই। ঈ-থাংনা ঙৌরবা মায়থোঙদা ঙৌরবা চন্দোল উবদা চৎনবীগীদমক চাউথোকচনিংঙাই মশক্তি। ব্রাঙাঙদা শাঙাঙদা মহৌশাগী মঙাল উই, শেম-শাবগী লৈখোল উবা ফংদে। তশেংবদি শেম-শাবা হৈখিবনা প্রকৃতি মানখিবনি। খঙবদি য়াওনখিদে মনুংগী মিৎয়েংদা য়েংনবা য়াওখিদবনা। লাকপগা নবীন্দা নমস্তে তৌই। নবীন চিংনরপ ওকচৈ। মখূৎ ইকোন কোন্দুনা নমস্তে ওকপা মওং উরগা নুপী অদু খজিক মোমোন তৌখি। নবীন য়েংনা য়েংনা উরবসু খঙহৌদে হংলকই,

— ইবেম্মগী মিং থোইবী ওইবিরব্রা?

— মানি হোয়, ব্রাংখৈদা লৈজবনি।

— অপোকপগী মিং অমুক্তা—

— নোংমাইথেম শ্রীগৌরো সিং, পাবুঙ লৈখিদরে।

— ফনি ব্রারৌবিগনুকো অঙাং কয়া শুবিরবগে?

— করি লৌজরুদগে, অনী শুজরে।

— নুপামা, নুপীমা?

— নচ্চদে, নুপা ঙাক্তনি।

— ফনি, অদুদি নুপানা অহনবিদনা।

— হোয়!

— ইবেম্মবু লুহোংবিরব্রা?

শেৎ!! ঙসিসু য়েৎলোমদনি। নবীন মমিৎ অদু সনা অহিংবগী মচু কাবা মখৈ খাঙই। ঙরাংগীদুদি খুৎনিনা খরবু ফৈ; ঙসিগীসিনা ফিনাৎ ওইরমালে মফম ময়েক লা—না লৈরেদো।

নুমিৎ অদু শ্রীনোবিন বাবু শাউই। চে শেৎ লংশেক্লন্নগা বড়েবাবুগীদা শৎ চঙলকই, ব্রা ঙাঙদে, মাঙদা চপ লেপ্তুনা পেরি পেরি লৈ। বড়েবাবুনা খজিক নোক্লগা মাগী আনোক অদু লৌথোক্তুনা রুমালনা তৈথোক্লগা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌদুনা হংবিরকই,

— ঐনা হংউ হায়বমখৈ হংলুরবরা? ❑

# খ্বাইদগী চাউবা

মমাঙঙৈ লাই হাক্তক্তা ভৃগু কৌবা, ঈশ্বরগী অথোইবা ভক্ত অমা লৈরম্মী। মাগী মথৌ হায়ববু চার-চারগা ফমদুনা ঈশ্বরগী নাম শোঞ্জবা অসিনি।

নোংমা ভৃগু অদু মাঙ্গোন উখোক্তেন্দা ঙা-রদুনা মাগী অচৌবা মালা খাওজাও অদু পন্নদুনা উইরুম উইরুম লিকওন শুনবনি হায়দুনা মা-মাদুনা চৎতুনা লৈরম্মী। মমিৎ খংপাঙ পাঙথোকলকপদা নুমিৎ তারমদৌরদুনা লিকওন শুহৌদবা তারে খন্দুনা সুদর্শন চক্রগী খোঙয়াঙদা উঙলকই। ব্রাখলদসু জাৎ জাৎ খনবগুম তৌই। লিকওন শুরমদাই অদুদা মপূক্লীংদা থংখন খল্লকই – লাই অহুম হায়না ফাওরিবা অসিবু করম্বনা খ্বাইদগী হেন্না চাউরিগদগে?

ব্রহ্মানা শেমদ্রবদবু জগৎ অসি লৈগদ্রা? শেম্মী হায়দুনসু থব্রায় হাপ্লিনবা অমা লৈত্রবদি করম তৌনা লেঙলি পাল্লিবা অসি ওইগদগে। খ্বাইগী থব্রায় হাল্লিবনা বিষ্ণুনি। অদুগা শেন্না থব্রায় হাপ্পা, শেন্না থব্রায় হাপ্পা অসুম অসুম লৈশল্লক্রবদি পৃথিবী অপিশক অসিদা কয়া য়াম্না চনগদগে? লোইশনবা হায়বা অমা লৈত্রগসু

হিংবা অমদি হিংহনবগী অর্থ লৈররোইদৌরিবনি। শিবা মহাদেবগীসু তাণ্ডব জগোয়নিদো। কনানা হেল্লিগবা চাউবা অসিবো?

পণ্ডকুই কুইদে ভৃগুনা চমন্নদুনা বিভূলা কোকথোং পুরন্বা যুগ অনী/মরিদনি। অসুম খল্লন্বদগী ভৃগু অদু মালাখাউনে করিনে ফুক হৌগৎলক্লে; ইমুংদকা তাকলম লাকলমদে চুমদ্রিং চৎলক্লে লমঙক লেঙলকপদৌনা। কৈলাশ চীংজাউ পাংলক্লে। গঙ্গাগী ময়াইদা তাউদুনা ঙাম্লেইহরিবা শিবগী থোঙঙাকপা নন্দী ভৃঙ্গী অনীদো, অমনা য়োংকোক পাল, অমনা হুঙোই মকোক পাল্লদুনা থোঙদা জ্বার কয়া শান্নরম্মী। চে য়েল্লগা বোত হাপপিগা হাপ্লেগা তৌনরিঙেদা ভৃগু চঙখিবা উহৌদ্রে। অমদুনা তৌরক্লিবসু মীগী ইমুং অদুদা শোৎ শোৎ অদুম চঙলক্লে তাক্লম লাক্লমদে। ইথক থক্তবা মানা হেন্না ঙাওরদুনা মরু লুকথরদুনা চঙলকপনা মহাদেবগী মৈ চাকফাৎত্রিমালে হায়দুনা থন্নন্বা কংক্র অদু হৈদোক্লমগদবা খজিত্তা ঙায়। মহাদেব অদু পৃথিবীরোমদগী লাকপা ব্রাকৎ রিপোর্ট অমা য়েংদুনা লৈরম্মী। ভৃগুনা কায়াৎ নিপাল শোক্লা, লিল অশিবা অঙাংনা লংথোক্লকপা শাংদ্রোং তাবগুম খুরুন্বা উবদা শিবনা হংবিরকই,

— করিনো অতো নঙ লাকপদে, হৌগৎলু হৌগৎলু ফম্মু। আ-দা য়াল্লিবা শাফি অসি লৌরকউ ইপা মৈ চাক্লক্লে।

ভৃগু তপ্না হৌগত্তুনা লেপ্লে; মখুৎ লোন্নরদুনা ফনা কুইনা লেপ্পি। ব্রা হায়রকপ্রা হায়রক্তে, হায়রক্তব্রা হায়রক্তে, হায়মললক্তবা অদুদা শিবনা হায়রকই,

— অপাম্ব'দু হায়রোদনা ভৃগু করিনো করি তৌরবগে নচা ননাও অমগী পেনশন মতম শাংদোকহল্লু হায়ব্রা নৎত্রগা মশা মউ ফবা লৈরে দূত ওইনা হাপ্পিয়ু হায়ব্রা?

— নচ্চদে প্রভূ।

— অদুদি করিগী লাকপনো চুম্না 'সুম লাকপরা?

— নচ্চদে। মরম লৈজে।

— অদুদি হায়রোদনা, ঐদি ওফিস কাগদবসু লৈ; নঙনা হোরেল 'সুম থোকখিবদা নন্দীদা ঐগী যন্দম্ব অদু শেংদোকলম্মু হায়য়ু। ঙরাং অহিংদো সোরারেলখোয়দা পার্টি অমা চৎলুবদা কয়া থেংলে। কোক অসি হৌজিক ফাওবা চিক্লি চিক্লি তৌরি— করিনো করি হায়গে? ইপাবু করি তৌ হায়বগে?

ভৃগু পাক খুমদে। মখুৎ লোন্নদুনা 'সুম লেপলম্বদগী য়েৎথংবা মখোঙ অদুনা

শিবগী মথবাক্তা লৈজবী থাদুনা তিংখত্তুনা ডি-ক! মহাদেবদো অহুম মরিরক্তং থরো থরো ওল্লি, লিলকাদু পূমতৎ!

'মহা পাপী লৈরম্মু'— হায়দুনা ফুক হৌগৎলগা মনাক্তা য়ুংলিবা ত্রিশুল-কা পায়বা নংদে, দুন্দুভীনে করিনে, চরিকনে-চরাংনে ত্রোং-ত্রোং, ত্রোং ত্রোং, ট্রিক-ট্রাক, ট্রিক-ট্রাক তান্নরক্লে। ভৃগুসু মথা লোংলদুনা চেল্লি। খরা তান্নরম্নগা হুমাং অনপ্লি তৈথোক তৈথোক্তুনা মহাদেব মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লদুনা হলহৌরে।

হন্না হন্না য়েংদুনা চেল্লম্বদগী তান্নরক্লে হায়বা খণ্ডলবদা মালাখাও অদুনা হুমাং তৈথোকচরদুনা ভৃগু ঙাইহাক পোত্থারে। ঙাইহাক যুগ অমা করিমা পোত্থারুরগা অমুক লাক্লে ভৃগুদো শ্রোৎ শ্রোৎ মবুধৌ ব্রহ্মাগী মনাক্তা। মাগীদি থোঙ ঙাকপগা করিকা অমত্তা লৈরমদে, থম্বাল চামনিপালগী মথক্তা খোঙ্গ্রাই হেক চল্লদুনা অথর্ব বেদগী খুৎই অদু অরান অহুই খরা অমুক চুমথোক্লগা খুৎনম অমগা অমুক নমথগে খনব্রা কৈনো য়াম্না মুন্না পাদুনা লৈরম্মী। ভৃগুসু কাখৎলক্লে মতাং অদুদা ব্রহ্মাগী মাঙদা দণ্ডবত তাই। ব্রহ্মানা হংবিরকই,

— করিনো ভৃগু, করি ব্রাৎলে, করম্বা ফম অমা কনাগী শেম্মুগে, তুক হায়ু।

ভৃগু থবক হেক্তা শমজল্লে। মখা তারমদরে, ফুক হৌগৎলগা লাইরিক লোইশল্লিবা ব্রহ্মাগী অহল ওইরবা মথবাক অদুদা চোংশিনখিদুনা খোঙপাক্লা ধম! মফম চেৎহৌদবা ব্রহ্মা অদু ব্রাংলবা থম্বাল চামনিপাল মথক অদুদগী মেরা থাদা অঙাংনা য়ুংবা মেরাব্রাগী থাউমৈ চফূ তত্তুনা তারকপগুম লৈদুনা তারক্লগা ক্ষীরগী ইঙ্গ্রী মথক অদুদা কোল্লপ তৌবা মখ্বাংদা য়ৈদুনা তাববু অহল অদু মমা লৈশাবী শং-শং উই। ফুক হৌগত্তুনা মখ্বাং মেৎলগা ভৃগু তান্নবনি হায়দুনা চৈর-চৈরদুনা, মাইগৈ হেক মমখিদুনা অব্রাং পাংনা অদুম চেনখ্রে। খোঙফম মঙা তরা চেল্লুরগা ওন্ননা তান্নখরে খণ্ডলবদা ভৃগু ভাব তা-না লাক্লে।

অমুক লাকপনা বিষ্ণুগী মনাক্তা থুংলরে। বিষ্ণু শেষ শয্যাদা খুবামদা মোন খাঙলদুনা পোত্থাদুনা লৈরম্মী। ভৃগু চঙশিল্লক্তুনা খুরম্মী। হায়বিরকই বিষ্ণুনা,

— লাক্লিবরা ভৃগু লাউ ফমসি লাউ। করি করম চত্থরি? লাউ অসিদা হেক্তা ফম্মিন্নসি লাউ।

— ঐ য়াজরনি প্রভু। ঐ করিগুম্বা অমত্তগী 'সুম...।

— করিনো তপ্পা লোইনা থন্নসি, অদুক তহা তহারিববু করি তৌরবগে?

মথা অমুক তারমদরে ভৃগু মহাশয়। চোংশিনখিদুনা শ্রীমতী রাধিকাগী চঙজফম অমদি লক্ষ্মীগী নাওকোল্লম ওইদুনা লৈখ্রবা বিষ্ণুগী মতা ফরবা, থম্বাল চা কয়াদগীসু হেন্না থোৎলবা থবাক অদুদা কন্না কাওরুরে। চেম্ত্রোকপা নংহৌদে ভৃগু; বিষ্ণুনা ভৃগুগী মখোঙ অদু তপ্পা কোনথৎলগা খুয়া থম্বালদা শিৎ শিৎ নানবিরগা হায়রকই,

— করিনো ভৃগু, করি মতৌ কৌবগে! থম্বাল চামনিপালগী লৈনাদগী হেন্না থোৎলবা নখোঙ অদুনা বজ্র কোটিদগী হেন্না কনবগুম থোক্লবা ঐগী থবাক অসিদা অদুক কন্না থেংবদি কদায় তনা তনা শোক্লমগনি, য়েংসি কদায়।

বিষ্ণুগী ৱা তাবদা ভৃগু তপথনা লৈবা ঙম্লক্তুরে। মোতী পরেং তত্তুনা তারকপগুম ভক্ত অসিগী মিৎস্না অনীদগী ঈহৌরক্লে। বিষ্ণুগী মখোঙ থম্বাল কোল্লদুনা নোং খোংবগুম কপ্লক্লে। কপ্পুরবা মতুংদা হিক হিক লাউবা খোনফমদা, মচেৎ মচেৎকী ওইবা ৱাহৈদা হায়জরকখি ভৃগুনা — প্রভু, নঙোন্দগী হেন্না চাউবা অমা লৈতরে। ❑

## কবি চঙবা

মণিপুর সনা লৈবাক অসিদা মাইবী চঙবা হায়বা অসিমদি পঙবনা উদগী ১০৮ লক তাবা মীওই ফাওবনা তানৈ খঙনৈ অমদি উনৈ। অদুবু কবি-চঙবা হায়বা অসিমদি মৈতৈ ব্রাহ্মে পুক্কেদা থেংনদ্রিবনি। অদুবু ওইশ য়াদবা হায়বা অসিদি যুগ অসিদদি হায়নবা য়ৌনা ইকাইনরবা জাৎনি।

লৌরেম অমুজাও অসি নিংথৌকাবগী অয়ুক য়াহৌরকপদা কবি চঙলম্লে। মশা ফাওবা ভাব তাদে। নুমিৎ খুদিংগীদি য়েন্দাদা হৌদুনা য়ামদ্রবদা য়ুমগী থবক ইনখাং খরদি তৌবনি। অদুবু ঙসিদি য়াহৌমন্দেদা খল্লি অমুজাউবী অদো। নোং ফাদোক থেঙবসু মৈতৈ লৈবাক অসিদা চৎনদবা নত্তে। ঙল্লপ তুম্লগা থেংলপ হৌবা বাবু ভৈয়া সনা লৈবাক্তা ব্রাৎপা নত্তে, হেন্দৌদনি। কোক হেক হৌগৎলক্লবদি হায়না খঞ্জদুনা শ্রীমতী অমুজাউবী অদুনা মিপাইজরদুনা তহা তহা নোমজবনা নোংমগী মথৌগী চাউরাক্লা তংখায় অমগুম্বা পাঙথোক্লে। অদু ফাওবদা হৌরক্তরে অমু অদো। নুংশা থীবা অমগা, চেং খৈরম্বদগী য়াংকোক অদু মাঙোল ময়ায়দা থমলম্লগা তুমফম কাদা

চওলক্লে। কাওখল হাইদোক্তুনা য়েংলুবদা মথংলেন লৈরমদরে। অমুজাউবী পাখৎখরে; মাগী কাদা পরীক্ষাগী লাইরিক পাকথদুনা পাজরিবা মচানুপা য়াইমা অদুদা 'ইঙো নপাবুওদি?' হায়না ওস্থোক্লা ফিংনা হংলুই। মাদি মপাবুওবু থোকখিবা উহৌবা কৌবনিনা ইখুম খুমদে, ইফা ফাও হায়বা য়াদ্রবা পারা অদু চিনফা পুগদবগী হোৎনরি উতোং অহোবদা ঈরৈ কল্লবা তুরেন্দগী ঈশিং শোকপদৌনা। হংমল্লক্লবা অদুদা ফাবগা ইফা ফাবা য়ারক্তবা অদুদা য়াইমা শাউনা খুন্নকই— এ হংগ্রে মীনা খওদে হায়রবমক্তদা মনিংলোমদা থোকখিবনিনে; ওস্থোক্লসু নুংশিখ্রমাল্লে।

মথা তারমদরে অমুজাউবী কোকশেৎনা মশা কম্বোকপোই লাকপোই তৌদুনা মনীংথোওলোমদা লাক্লে। মনীংথোও হাংদোক্তুনা লৈরম্বা থেংনবদা মপূক্লীং ফাজীল্লি। য়াইমা অদু হৈনিংবা কায়খরে মতাশুম হৌগত্তুনা তিংলী-য়াওলীবোই কিরিবোই ঙাহৌ ঙাহৌ থোক্লকপগী অদুদা মমানা খোনফম কায়রপ লাউরকপা তাই,

— ইঙো! নপা করিনোমা তৌগ্রে, ইঙো হো ইঙো!

য়াইমা খুমলুবা নংদে, থোক চেনশীল্লকই। মানা ফিংলিবসু মমানা হায়বকা তাবা নংদে, মমা তম্না চেনশীনখিববু ওলিমপিক্কী খোওগাওবী বোল শীংনবদা বেক্লা কাওথোক্লকপ'দু মঙাই। মমানা খুদোম্বী থিল্লকপা মায়কৈদা য়েংখিবদা মপা অমুজাউদো মনুং অচৌবা চওফম ব্রাপল মরক অদুদা খুরু খুদক হেক কুল্লদুনা মখুৎ অদু নেম-নেম তিংথোক্তুনা নোকফেৎ মুরুম মুরুম শোন্দুনা লৈরগ্নে। অমুজাউবীদি কিতক চারদুনা লাপ্লপ লেপহৌরে। য়াইমদি কয়া চাউজদবা ওইদ্রবসু নুপাগী থমোয় চেনবনিনা মপাগী মনাক্তা চওশিল্লক্লে। মপাগী ফীভম উরুবদা নুংশা ওস্থোক্লা থীনা কয়া নোক্লিংলে,— চীক্লা নাইতোম ঙাংশং ঙাওনা মকা লাম্না পানজবা হৈরোংকাক অমগী মথক্তা তান চারুদুনা মুশিন মুরবা কোবী অমা সুক্লেং লেওদনা লৈরম্বা অদুদা অমুজাউ কবিগী থমোয় খওহৌদনা পেৎথোকখ্রমাল্লে, মখুত্তা পায়বা য়াশেং পৈয়া মনাদা য়েপ্লগা কবিতা থিরগ্নে—

নিংথিরেদা ইতা লাংগ্রেজাউ।<br>
ঈখেংগুম ঙাওলবা শিঙেল,<br>
কেক্রুগুম মংলবা খোইজাউ;<br>
লৈরাং থক্কী খ্বাংজেংবা — ।

হে তাইবং শেম্বা মপু, হায়যু
নঙগী খরায় থকসিদা
কাক্কী জাত্তা পোক্লবা, মহাক্লা
ফৌর‌্য থক্কী মোরোক্তা তোংবরা?
নৎত্রগা, মশানা মোরোক চেনবরা
০০০ ০০০ ০০০

মাবু পোকপা অপোকপা লৌরেম পণ্ডিত অচৌবা হৈক্রুজাউগী মশু ইবুঙো অমুজাউ কবিগী কবিতা তাবদা য়াইমা মপুক পায়দুনা ফনা কুইনা খাঙলম্বদগী ঙম্রক্তরে; লৈজবী থাদুনা নোকলুরগা কৌরকই,

— অস! পাজি! হো পাজি!!!

অমুজাউ — (মচাদা হাইফেৎ য়েংলগা)

জগৎকী খোল্লাউ নাচুংদে,
(ব্রাপলদা অমুক য়েংলগা)
অসুকপা জঙ্গলদা কিরুদে,
(নোংথক্তা য়েংখৎলগা)
নোঙমদোল খেৎনা পাইরুরগা
পৃথ্বি শিম্ম্বা কাউরুদবা
চেক্লা নঙগী তমজনফম।
০০০ ০০০ ০০০

য়াইমা মপাবুঙবু — মখূৎ পায়দুনা ইমুংলোমদা চঙলুখিসি হায়দুনা চিংশিল্লক্লে। য়ানিং য়ানিংদনা লৈহৌবা খোইমু লৈরাং মায়কৈরোমদা তোয়না তোয়না য়েংলদুনা থীথরকই—

লৈহৌরো মরূপ লৈহৌখো,
লৈহী পোকখায়না থকহৌখো।
লাইবক থীবী ননাওদি,
পাবুঙগী য়াথং ঙাকপা ওই
অপোকপীগী মমায় ঙাকপা ওই

জোমালোয়দা নোং-নীনী চৎলুগে।

০০০ ০০০ ০০০

উচিন নাচিন্না মমা-মচা চঙদুনা অমুজাউ ইমুংদা পুশিল্লক্লে। কবিগী হৌরকপা ঈথিলগী অব্রাবা খাঙবা ওইনা অমুজাউ ফমুংদা ফমদুনা ঙাইহাক পোখাবা উবদা অমুজাউবী মচা য়াইমা য়েংলদুনা হায়রকই– ইবুঙো চেল্লু, নবোকখোয় নপুবোকখোয় কৌরুচো। নবোক্তা হায়য়ু। লাইশ্রম খুবাঙাংদো, পুক শূবদি চৎলমগনি, অদু ওইরবসু কোইথি থিরগা পুরক্তবা য়াদে হায়য়ু খঙলব্রা?

য়াইমা মফি হোংদুনা মপাগী গাড়ী পুদুনা চেনখ্রে। ঙাশনবা খোঙদা ঙাইহাক তাকবদা করিসু নিন খোংবা তাদ্রে চা তল্লোন লোন্দুনা অমুজাউবী মপুরোইবগীদমক চা কপ অমা পুরদুনা চঙলক্লে। ফনেক কৌরপ শেৎ, খ্বাংচেৎ মচা অমা কোমলপ লাক, মকোক্তা কোকশেৎ মচা অমা শেৎলগা মখূত্তা চীনা লৈবাক্কী কপ-প্লেট পায়দুনা চঙলকপা উবদা মা মেজ মথক্তা লেপ্তুনা ফক্লাংগী চুম অমা মুন্না য়েংলম্বদগী, মাগী নুপীদা শৎ লৈশিল্লক্তুনা মপাম্বোম শাংনা তিংথোক্তুনা হায়রকই –

লেঙশিল্লকউ ইমা ভারত লৈমা,
নচাগী লায়র খাংপোক মনুংদা।
করিসু করিসু লৈজদবা নপারীনি,
হায়বা খঙলবী জননীনা, খোমলাং
অমৃত শুমদুনা, মপারী চাউদবগীনি
হায়দুনা, কুবিগে লেঙলকপী অপোকপী।
অপোকপীগী চবণ কমলদা নচাগী
কচ্চনবা হৈরাঙ অমা লৈজদে, লৈরাং
কৈনো'মা লৈজদে, নত্তনা নচাগী হকচাং

০০০ ০০০ ০০০

হায়রম্লগা মেজ মথক্তগী ফন চোংথজরকই। ''লৌবিয়ু নচাগী মক্লবা হকচাং'' হায হায়দুনা কপ্লি কপ্লি চঙশিল্লক্লগা মাগী নুপী অমুজাউবীগী মখোঙ কোন্দুনা খৈরোয় খোংবগুম কপ্লক্লে। অমুজাউবী, পুরকপা চা পায়দুনা ফনা কুইনা – ''করিনো তৌবিরিবা অসিবো, সে তৌহৈদে, কৈদৌরগে...'' হায়দুনা

হায়জরম্মী। মমৈদদি চেৎনা মখোঙদা অসুম কোনশিল্লক ’সুম কোনশিল্লক, থমফম লৈহৌদবা চা অশাবা অদু মখোয় অনীদা হৈজন্দুনা ফৈনা বোম হাইথরক্লে। কন্না হোৎনজদুনা অমুজাউবী উচিন নাচিন্না নাম্লোকচরে। হন্ন-কা য়েংলমদে মাঙ্গোল তম্না চেম্লোক্লক্লে। মতাং অদুমক্তদা থোঙ্গাল্লোমদগী মমা মপা চঙলকপা থেংনৈ অমুজাউবী মিপাইখরে। মচানুপীদা হং-খোৎ থোইনা তৌরমদনা মমা অদু ময়ানিপাগী ফীভম য়েংগে হায়দুনা চঙলকলে। থোঙ ইহাং হাংদোকই। থোঙজিন হেক কানশিনখিবগী অদুদা থোঙনাওদা য়েংদুনা মুরুম মুরুম শোল্লখা অমুজাউ তথক তথক য়েংথোকলকই। থোঙদা লেপ্লিবী মনেম অহল অদুবু উবমক্তা য়াম্না হরাওনা নোকফেৎ তৌদুনা মুন্না য়েংলন্নগা হায়থরকই—

লাক্লবরা চান্নবী?
খোইনৌ ইতা শকহেনবী
নিংশিংউ অদুঙৈগী খোঙবুরোই।
বসন্তগী অনৌবা য়েন্নিংলক্ত,
পামেল উশা অতেনবদা
য়েৎক-ওয়গ তোংমিন্নদুনা
চিল্লোক্লখিবা নঙগা ঐগা।

০০০ ০০০ ০০০

“হৈমা--। অমুজাউ! করিনো নঙনা তৌরিবসিবো ওফিসকা চৎলরোইদ্রা!”— মনেম্না ঙকলপ হায়রকই। নাচুংবা লৈত্রবা অমুজাউগী কবিতা চথরি—

তারোইদবা ঈচেল চৎখিসনু
ঙাইরোইদবা মতমসু য়াওখিসনু
নাপঙবী উরিতসু তাদসনু
কায়নগল্লবা তাইবং অসিদা
নহাকপুদনি ঐনা খল্লিবা!

০০০ ০০০ ০০০

মকুবোক অদু হোবে হোবে চঙলকপা উরকপগী মতাংদা অমুজাউ মখুৎ

তিংথোকলক্তুনা চেনশিল্লকই! মকুবু চেৎনা অমুক্তং কোনবিরগা হায়রকই —

নুংশিরবা ঐগী মরূপ্লোই,
লাও শাসি অদুঙৈগী ব্রারী
লিকোল কয়া চৎমিন্নবা।
থাবল কয়াদা চোংমিন্নবা
কাউরবরা মরূপ নঙবু?
০০০ ০০০ ০০০

অমা চঙই য়াদে অমনা হায় তাদে অমুজাউ খূদৈ কৌরপ লৈতেংলদুনা অতৎপা লৈতনা থিধরকলে। অমা তাখি, অনী য়ৌখি, মঙা লাক, তরা থুংল অমুজাউগী শুমাঙ মথৌবুং অদুদা তুম্বাগী শেল থৌনররে। ঙরং ঙং তিল্লকপা মীয়াম উবদা ইমুংগী মী অতৈদি পাখৎনরে। মতাং অসিদা লৌরেম কবি মহাশয় খূদৈ অদুমগা লেংথোকলক্লে। দারী মপান্দা লাইনিংথৌ চাউনা লেপ্লগা হায়রকই—

"ঙসি ঐগী স্বর্গ অসিদা মহামানবকী সভা হৌবিরে। মর্তদা অমৃতগী নোং খিক্তুনা ঈথৌনা লাংতক্লরবা তাইবংদা করম্বা কৃপাগী মিৎয়েং পুনেমবিগদৌরিবা? আ! নুংশিদা মচেৎ মচেৎ কায়রবা মর্তগী ফীভমবু একতাগী লিচিংদা চেৎনা পুনশিনবিদুনা সর্ব কল্যান কুবিগে থৌরাংলি।"

অসুম্না মখুৎ-ও মশা-ও ঙাঙলম্বদগী মাইবা অহল অদুগা ব্রারী শাদুনা মওং মতৌ তাক্লিবী মনেমলোমদা থোক ওনশল্লক্তুনা হায়রকই—

তাবরা নঙবু অচানবী,
অঙম্বা নঙসু তারবা
য়েংউ কয়াদা নীংথিবা!
ঙসি আনন কানন্দা
য়োং ময়াম খুন্দিল্লি,
খৈরোই ময়াম শান্নরি;
নৎত্রগা...।

হায়রম্বদগী করি তৌরক্লবগে হায়ববু, খূদৈ অদু গুনজা নামৈরোমদা য়েপখৎখরে। নাকন খরা খরা তাখত্তুনা মহাবীর বেশ লৈতেংলক্লে। মাঙ্গোল ময়ায়দা ঙসাই

অমুজাউবীনা থমলম্বা য়াংকোক অদু পাক লৌরগা মখোঙ শেঙ্গম শানা লেপ্লগা পানিপটকী লানফম লম্পাক্তা সেনাপতি লাউরকই—

০০০ ০০০ ০০০

তাবরা নঙবু প্রতাপ?
ঐগী খুৎশু পীরকউ।
ঙসি ইতিক উৎলমগে।
মাত্রি-ভূমি কল্লমগে।
চেনগনু য়েক্লবগী লান্মী
থম্না থম্বালগী জঙ্গলদা
শামু লমশা অঙাওবা
অমুগী থৌনা খাঙউকো!

০০০ ০০০ ০০০

হায়রল্লগা, অয়ুক ঙন্তাদা অমুজাউবীনা যণ তাল্লুবদা পায়নরুবা, ফক্লাংদা ঙারিবা নাচৈ অতেকপা লম্মুক শাংবা থাঙ খৌবোম্বা অদু তাপ লৌরগা মাঙ্গোল ময়ায়দা লিপৎ-লিপৎ চৎলদুনা কদম তৌরক্লে — চুঙ্গোইগী খূৎলৈদা থাঙগী জগোয়গা লোয়ননা। অতপ্পা খোঙফমদগী খরা খরা 'সুম থুজিল্লক 'সুম থুজিল্লক মহাচক্রবাক্তা লৈ-লৈদুনা চোংলগা লাউরকই —

নহাদে নোংবান্দে খম্বদে ঐদে
লৌরেম মচা অমুদোন ঐগী
ইতিক খঙউদো। লৈরম্মু পাপীশা!
য়েন্দেম শোই'শুম শোইথগে,
থরাক ককপশুম ককথগে।
নহাদে, ন-হা-দে! জয়,
ভারত মাতা মণিপুরগী জয়।

০০০ ০০০ ০০০

অসুম্না লাউরল্লগা মাঙ্গোল মথৌবুংদা অরূম্বা খোঙফম অনী-মরি কি-৫, কিৎ নেৎলল্লগা দোলাই মথক্তগী ফন চোংথদুনা য়েক্লবা তম্না শু-রুঙ থাঙগী জগোয় নোকপা

খাঙনা য়েংনরম্বা ভাবোক পূম্নমক লীলা য়াওবা তারকপগী ফীভম উবদা শমজী খাইনদুনা য়া চেল্লি। মাঙদা তুলশিবোঙ ময়াদা লৈতানা ফমদুনা য়েংলম্বা কাঙবু খরদি চেলহৌবা হেক নংহৌদদুনা লেংলক্কা অইৎপা নাচৈ অদুনা শেৎ শেৎ হাইথখিবদু মমিৎ অদুদা তন্দল পাই। ওনশিন্দুনা লাম্বা পাবা য়াবা মতাংদি নত্তবনিনা মহারথী কবিগী মমাঙদা খাঙবা য়ারক্তদুনা পুরুগী লাম্মী কায়দুনা চেল্লে।

ঙাঙলিঙৈ ফরম্মী, কবিতা থীরিঙৈ অমদি লাউরিঙৈ অমুজাউবীগী মমায় য়েংদুনা মমিৎ মমায় ঙাংশং ঙাঙদুনা খাঙজরম্মী; খৌশারিঙৈ য়েংলম্মী সভাদো। খূৎ থোকলক্লবা মতাং অদুদদি ময়ামদো মথৱায় পু-পুদুনা চেন্নরে। য়েংনীংলিবনসু মহানি, থোঙ্গাল লাম্থোক্লগা শম্বল অহোবদা কোইরুক কোইরুক য়েংনরি।

পংকুই কুইদে সবকারগী খাকী শেৎপা ময়াম অমা থুংলরে। লাঠী পায়বা কনষ্টেবল তরামঙাগী মমাঙ থাদুনা খোঙদোইহরকপা ইনস্পেক্টব অদু হেক উবদগী থাঙ চুঙ্গোই তুংলোমদা শৎ লংশেক্লম্নগা মখূৎ অনী তিংথোক্লুনা মমিৎ অনীদা মপী অর-র-র শীম্থরদুনা অমুজাউ লাউরকই–

আ! য়াহৌথেঙবা অশৈবা,  
মৈতৈ শজিক তোমথিনবা,  
লমদম কৈদা লৈরুরবগে  
লাও কোন্নসি লাও কপমিন্নসি  
কদায় 'সিরা নঙগী খোর্জে?  
খোর্বাক্লা কৈদা চৎখরে?  
থিয়ু মল্লু হেকউ, কদায়দনো,  
নঙগী পোলাং? ঐগীনা কৈদা?

০০০ ০০০ ০০০

ঙকচানরিঙৈদা ইনস্পেক্টরনা, অমুজাউনা চেনশিল্লক্লুনা চেৎনা কোল্লগা নাইতোম খোংবা লমহুইগুম উ-উ লাউনা কপ্লরে। মখূৎ চাবা চৈ অদু ইশি হেক শীজিন্নদনা মখোয় তরামাথোইদো মমায় পাকখি, মঙ্গলংইখি। অমনা শোনজবোই করিবোই হায়রকখি,

– ইংনা শাথিরম্মীদা নহা কবি। ❑

## পুংপা-পাখণ্ড অমগী পুন্সি

ইশাগী চহী পংয়াম য়ামদ্রি; কুনগা তরাতরেৎ নিপান্দা মণ্ডাইরি, পাখণ্ডনি। ইমান্নবা হৌমিন কামিন্নরকপা অয়াম্বা, অয়াম্বা নত্তে অপূম্বনি, মখোয় পুম্নমক লাকপনি খণ্ডদে, কোয়বনি খণ্ডদে নৎত্রগা স্বয়ঙ কন্যানি খণ্ডদে নুংশি-লুহোংনি খণ্ডদে শঙ্গোয় লূকোইদা নত্তে চেক্কী দোলান অদু ফাওবা নিঙখায়নগ্রে। ঙল্লপ্পা য়াহৌরুবা কাঙবুদি মমিত্তা মচা মচং মচং উবদগী হেনদোক্কুনা মমৌ লৈমগী কোইচেন চেন্নরিঙৈদা খুনু কানখ্রিবনসু কোঙ্গাইনি।

মীগী মচাগীদি ঃ–

ঙল্লপ য়াতারুবদগী থেংলপ য়াকায়রকপদা মাগী অমদুনা য়াশেং-সদুদা য়াইদাক মেৎলগা থোক্তা লানশিল্লকই, শৎ হল্লকপদা ফিবোংগী মাইনপ ফি শ-র লানশিল্লকই, ফম্বৰু ফমফাৎত্রি ফোঙ ফোঙ শারবা কোফী; লোইদ্রিঙৈদা চাকপাউ, চাদ্রবসু থল্লবা খোয়থুম্নরবা খোলহিকনিদো। কৈনো খুদাং কুদামবু পান্দ্রি টাই অদু কোঙ্গোই শেন্নগা থোক্তা হুকচল্লকই; কুন্দো পরেংনা কৈদৌননি! শকয়েং মমাঙদা

লেপ্পদা মণ্ডায়রি তুংলোমদগী কপ্পোকপা লোইরবা কোট অদু তিংথোক্লা পায়রগা ঙাইরিবা মওংনিদো। শউনগী চেহাপ-খুৎপায়খাও অদু পায়রগা থোকলকপগী অদুব্রাইদা পর্দা মরুমদা খজিক নোক্লগা পান-খুতপ অমা; হা-হা! নোংবান ইপু লাইবক ফৈদা, মাশনখিবদা থেংনবা অমা থোক্তা শায়বনি, শোইহৌদ্রবা চেগায় য়াওরবোইদো অঙাংবা মহী চাইশেন অমরোম্বু ফারিদ্রা! পান লাল্লগা লোইরব্রা; লোইদ্রি, হৈ-শিংবী লৌশিং চাউবীনি, অহল লমন মনাক ফমজরকপীনি, যাত্রাসু কায়হন্দা থংনবা কাগী ইজ্জৎসু ঙাক তাখিগনি মতাগুম, মদুদগী হেন্না মি-নবা লৈবু লৈরমখিগদ্রা হায়না চিংনবা থোঞ্জেলদা হায়রকই — "অদুগনে, মরিমখায়গী কোফী ইথল্তা থকপা ঙমজরোইকো।" লানফমদা লাইখন তুপীগী য়াথং থোল্লাও শামুদা পেনাগী মশক্তি। অসুম্না থোকলক্লিবনিদো ইখাগী অঙাং য়াম্বুঙাশিংদি।

ঐগীনা কমদৌরি?

চুবাদা পোক অম-অনী কাপলকপা অদু ইশা পাখণ্ডনিনা হেক মনুঙাইতে। পাজিগী পাফোই অদুনসু ময়া অদু ইপে পৈরম তৌনি, পত পত তৌদুনা হেক লৈবনা মতম থেঙজিল্লক্লবদা হাথু হাথু চবদা উতি অশাবা অদুনা ঙৌ অসি ঈশিং হানবমখৈ পোকপনি। কোট অদু নাম্থোক নাম্থোক্লা ঐনা মখল্লি ঐবু ঙসি করিনো অমা ইকাউ কাউবগুম তৌইদা। নিংকোক নিংকোক কাউথোকখরে। অদুগদি টাই-নুং লগাইরুরগা হৌজিকপু খোঙউপ কাপ থারুবা হৌনদ্রেদা! মথংগী হৌখিবা থা অদুদা থাহৌগে খনবসু ছুটি নোং-নীনী অদু লমজাওদা ফাগি-লাল লুমলুরিঙৈদা তোকহৌরে। ফরে অমুবনি হায়বদি লাকশন্নবা ঙন্মীদনা! মানা করিনা হায়ববু পামলৌদা উচুক-মৈচাকখোকতৌনা য়ুংলিবা নাতোন সুমাঙগী কোই অসি ঙকশমদা গমশা মচা অসি য়েৎলগা ফান্দোকপনা হেন্না ফৈ; মানা পাখণ্ডনিদো, মীবু তল্বা ঙক্লা হোবেল ওফিস অদুদা বসন্ত মপং-মপং থেংনবসু কনানা খঙবা! তো তৌরেদো! ঐনবু গাডী হেক ঈন্দুনা থোকলক্লবদি ইমাঙদা শমলরে তুবৎ! ঙাহৌ ঙাহৌগী খোঙথাংদা। অদুবু ঐনা হায়বদি অয়ুক্তগী মনিংগী ব্রাপল মরক্তা য়াইরকপগী য়াইরকপা অদুম নমাইদু পেন্না য়াইবা য়াদ্রাইবা! অমুক হনজিনখিদ্রা ঐদি! হোয়দা নুপামচা হায়বসিদি থোঙ্গান হেক লাম্থোকখিবদা কুরুক্ষেত্রগী মহাভারত ঙাক্তনি। অদ ঐগীদি থোঙ্গান্দি লাদ্রি। অ! চুম্মে ঐখোয়গী লনাইগী থোঙ্গান নত্তে য়ূমলেং অসিগী অপূনবা কোম্থোংনি। থাজবদা লানগদৌরিবা

পাখঙনিনা হায়বা!

ইহে, খঙই হায়দুনবু অফংবা অমা কোক হেক্তা খিজনবা য়াব্রো? ফরবসু ফৎত্রবসু বিশ্ববিদ্যালয় অমনা য়ারে মতিক চারে হায়দুনা ইজ্জৎকা লোয়ননা পীরক্লবা ডিগ্রী অমা পায়রিবা নুপানি; কয়ারক হৱা পরীক্ষা থাজরুবগী ব্রাফম্না তোঙানখ্রেকো! মেট্রিক অদু থারা ফেল ওইরা, থারা ফেল ওইরা লৈরম্বা সনা অসিনদি কয়াদা ফখ্রবী অমা হোংখ্রবা। মরলদগী মহৈদগী, মশক হায়রা মণিপুর তম্বায় অমা পুরম্বীনি। শিক-ই, বী এ, ঐনবো। লাইরিক তমলুবা হল্লকপদা ঐদি ডমডম এরোপ্লেন তাফমদগী পাজিদা কোনুংদা শোয়দনা য়ৌবিরুচো হায়না টেলিগ্রাম য়েগেদুম তৌরিবো! অদুদা মরাইবক কয়া পাংদবোইদো ইকু-নিংথৌ মজাইবুঙো ঙাক্তহেক পোকখিদো। হোঙববুদি খরদি হোঙলে হায়ববু বী, এ,বু পাক পাক হেক ঙম্নপোৎলনে। তৌরিবদি কলকত্তাগী মথৌ চিল্লবা লম্বেলশিং অদুদা চেল্লিবা কারশিং অদু য়েংশিলহৌরিবনি হয়েং ঐনা ওফিসার ওইরগা তোংনবা। ঐখোয়গী মখোয় মতৈমগা তোংমিন্নগদৌরিবনিনা মোডেল অরিবা ওইরগদি মীনা করি হায়নখিনি! তৌরিবনা হৌজিক্তি ঐগী একাগাড়ী অসিদি মনিংগী থকনা অসিনা অকুৎ-অতোং থৌরুবা য়াপোৎ নত্তে — কত্রক-কত্রক। লৈবা ঙমদবগী ব্রা থোইনা নত্তে, তাঙবগা তাঙখৎলকপগা মরি-মঙারকতি ফোৎ ফোৎতুনা তোংনবা য়াখিনি তৈয়ার অসিসু। তোলবনি হায়দুনা খরা ফংলিবা অসি লাকফাৎত্রিঙৈদবু চৎখি। পংওক ওকপা জাৎ নত্তে মখোয় অসোমগী লক্ষ্মী হায়বী অসিসু, লৈমিন্নবা অমগা লেঙদনা অদুম লৈতেনে; শাউগল্লিবসু মহানি। খজিক্তং মীরাইরুবগুম তৌরুবদা তাকলম লাকলমদে অমদা শৎ, অমদা হুৎ — মহানি।

লাইরিক তন্নিঙৈ চাকলেম চারিঙৈ অদুদা হোস্টেলগী কা-মচা অদুদা থোঙ লোনশিল্লগা তোংখ্রিবা কার; লাইরিক পাগেদি হায়দে। পারিবনি হায়দুনা ঙাইহাক চৌকিদা উইবন্নগা ব্রারে হকচাং শোক্লনি হায়দুনা ফমুংদা লোংনা হিপ্নগা চুরুট য়াক্তক তৌবা অদু চন্না থক্লা, থক্লা চন্না ঐনা (ভাবনা শাদুনা) কাবা ওফিস অসি, সি, সি, বাবু অদু ঐঙোন্দা ব্রানোম্বা লাকপদা ঐগী চপ্রাসীনা অঙাই-কাদা পৃং মরি-মখায় তাদ্রি উনবা যাখিবোই হায়দুনা ঙাইহল্লিবনি। পৃং তারে-কায়না কোক কৌশিনবিপোৎ নত্তে; মঙাবু তাবৈনি। অদুসু ঐগী সেক্রেটারী নুরা নহা অদুনা মপাগা য়াম্না লুনা

তিন্নজরকপনি হায়রকপা অদুদা কদায়নো হায়দুনা চৎনা চৎনা ব্রারী ঙাইহাক শারুবা জাৎনি। নৎত্রগা মদগী ঐনা ফাওব'সি মণিপুর অসি সেগাক কায়বমখৈ ফাওই। ফাওবা হায়ববু ঐগী যুগতা, পোকপা অঙাংশিংদি হেক পোকপদা ঐগী মিং পন্দুনা মাইবীদা ঐগী পরিচয় হংনরিবনি। মর্তদগী হেন্দোকখিদুনা স্বর্গ, মহাস্বর্গ পতাল মহাপতাল দ্বীপ তরেৎ খণ্ড মাপল তরাগা মরি ইমিং অসি ফাওরিৎ! করিগী ফাওরিবনো ঐসু খণ্ডদে, তৌবদবু লহালব্রাই ক্লাস টেন তন্নিঙৈদা চাক ঙাইবা ওইনা চখোকলুবদগী তান চারুদুনা চোংলম্বা থাবল অদু য়েংলুবদা, মকোকথংবদগী মঙা হেক শুবী মশম ব্রাই ব্রাই তাবী অব্রাংবী-মমিংসু খণ্ডদে, মশকসু হৌজিক থেংনরবসু খণ্ডবা য়াই, মদুনা হেক নিঙমদববু, কল্লকপনা হেক শাওমনখিবনা অচেনবা হব্রাগাড়ীদা চোংশিন্দুনা শিজগে শোয়দনা তৌরমগনি– ঐঙোন্দা য়ূম পালহৌদবদগী।

ঐ অসি লাইরিক্লা হেক হাৎপা ওইরে, চুম্মী হাৎপনি। মেট্রিক লোইরগা কেরানী মচা অমা ওইজরমদুনা লৈজরম্রবদি ইচা লঙনবনি খণ্ডদে মমা লঙনবনি খণ্ডদে ছুটি লেনজরম্নগদবনি। অদুদবু আই, এ, কোক হেক মিং চল্লুই। পাস তৌরবদি তোক্রোদনা, তৌদে তমনিংলিবনি হায়দুনা লৈ খণ্ডদে লৈতে খণ্ডদে মণিপুর থোক থাদোকল্লুই। লিক্লোল, থাবল, চৈরাওচীং, কনাগী কাং, ঝুলন হন্দক থোক্লে মনিংই পরীক্ষাগা হেক ফাংনৈ; মথং চৎকে মখল্লি এলাও পরীক্ষানা নম্মী। অসুম্না চৎলক্রিবা বারুনী অসি তশেংনা হেক থীরবদি ঐনা খণ্ডবা ফাওবদা নিফুদি শুগদৌরে – অদুগা পাবুদি পাখণ্ডনি।

অদুনা মীগী য়ূমদা চণ্ডদুনা নুমিদাংব্রাইরম হীদাক ঙানথক অমা করিমা থকলুগদবসু চেনা হাংদোক্লিঙৈদা তোকহৌরে। লৈরক-খুল্লক শাথৌজহৌগদবসু পরীক্ষানা নমহৎখরে। শকখণ্ড মাইখণ্ডনহৌগদবা মতাং অদু লাম্থোকখিবা উ-না উ-না অদুম চৎখ্রে। অদুনা গাডী তোংদুনা স্কুল কোলেজদগী পুল্লপ হল্লকপীশিং অদুগী মতুংদা অমা অনী খল্লগা ইন্নরূপ থৌরুগদবসু ইতিহাসকী শোক চীনফা পুবা লাক্লুরিঙৈদা তোকহৌরে। মতানা চাদ্রিবসু হৌখিবা হরিবোল য়াওশং অদুদা সনাকোনুংগী থাবল লেঙউই। গাড়ী ঙাশিল্লগা থৌরীগী মপান্দা লেপ্পদা মঙাইরি, চোংবা য়াওরুবা থোঙ্গাও অখুবী অমনা "খুরাবু অমুক্তা থোকচগে চৎচরগে।" হায়রন্নগা চৎখি। অদুবু ঐবু হায়বদি বাবু ভৈয়ামক হায়নিংদ্রবসু তাদা ফাওবদং হায়বদদি মচিন-মরৈ অদু কেল্লোইদনা। মহা পাপী অদুবু করম্বা ইমান্নবা লেঙ্গানোনে!

অদুবু মতা অমা ওইনা তৌখিগদৌরে খণ্ডলবদি লহালব্রাই অহল-লমন্না হো-হো চেল্লিঙৈ অদুদা কোক হেক তৌশলহৌবা য়াদ্রো? ইকায়রুবগী করি কান্নবগে! অদুদনা হা আই, এ, নৎত্রবদি, বী, এ তম্বী নৎত্রবদি, খরা ব্রাংদ্রবদি, মনাতোন খরা তুমদ্রবদি, মরম খরা ওক্রবদি... মপা অদু নাতে...! ফরেদনা হৌজিক্তি ফরে হায়বা! লাইরিক হৈবী লৌরেদনা! মরল লৈরে হায়বা। হৌজিকপু ইমুংসু তৃমিন, চেকমোক লাউখিদরে, লৈকায়সু মরোল য়েশিনখরে। ঐনা পুশিল্লকপরা না! ফংবগী দায় লৈতে।

মীনা হায়নৈ তৌনৈ হায়বা শারদুনা ঐনা পামজরপ থোকপী অমখক মখোয়গী লৈরক মচিন্দা ঙাইরুই। থেংনরক্তে। মগুনি তরানি লৈরগা অমুক ঙাইরুই — উনদে। তর্পণ হৌবা নুমিৎ অদুদদি হৈ-রা, লফোই-লতং মপামদা থিল্লুবা হল্লকপদা মচা-ও মশু-ও কোক থেংনরে। অস! কোক অসি ময়ি চৎলমগনিদা! অসুন্না নোং ফাদোক খৌশারুবসু সিপাগী মমি মিৎ অসিদা শংশং উরি।

অদুনদি কান্নদ্রে থাদোক্লগে। জগৎকী অরাম খৌরাং, অপাম নুংশি তুংওইনদুনা শম-না, খুজিল খুয়া খাক্লগা ঐ’ ইবেম্মগী শ্রীনামদা চণ্ডজরগে। পোকফোই পাফোই, কোকমু থাও লোইনা থাদোক্লগে; চাক-ক-থুমগতা পুক থল্লবা চারগে। কাঞ্চীগী অসুকপদা অচেৎ অকোম য়েংলগে। ঝুলীনে কৌপিন কঠাইনে বেশ ওল্লগে। অমমমতা থমগদবনিনা তোয়না শূবা ঙম্বপোৎ নত্তে — মীগা লৈজদবগা ঝুলী অদু টেরেলীননা তৌহৌগে, কোপীন অদু ইতৎ তত্তনা ইস্ত্রি তক্লবা ঙল্লোই তৌরিঙৈদা বিলাটকী শামতুনা তৌহৌগে; খুৎতূবু বাজার অসিদা করম্বনা ফজরিগদগে! কান্নদে হিমাবতীগী মখোঙদা জো-হোগী হোপ (hope) তৌকরগে। চাগ্নরোই থকখ্নরোই; খুবৈ অমফাও থোকখ্নরোই, মরু ওইনা লুহোংবগী বর চৎখ্নরোই (বার্তণ লাক্তবনা) ঐগীদবু খণ্ডদেকো। অদুনা বার্তণ অনীরক তৌবিখ্নবশিংনা খণ্ডজিনবিগদবদি অহমশুবা লৌজররোই। তৌগে লেঙবিরকপা পাখণ্ডশিংনা ঐগী থোজান্দা থেৎলম্না মিং-ই-কোম্পাক পারগা নীংবা কায়বিগনু — “কমলসিং বী, এ, মণিপুর” হায়না থারম্বগী মহুত্তা ইজরে ঙসিদগী হৌনা — “লৈশাদাস দত্তা, মহাপাখণ্ড, ভারত” মীশক্তি অমত্তনি, পাখণ্ড ঐনি, ইশাগী চহী কুনগা তরা নিপাল মাপন্দা ঙায়রি। ❑

# পিকনিক

ঙস্তানা চৎসি হায়নথ্রগা তৌরে মৈতৈগী পূংফম। থেংলপ লাক্লরে, থেঙলবদি হোবে হোবেরোদনা, তৌদে; আলে-জালে তৌদুনা মতম খরা অমুক হাৎলে। উচিন নাচিন্না পূম্নমক লোইরদুনা ঙল্লপ পূং তরামাথোই খরা হেল্লকপগী অদুদা খোঙশাল্লক্লে।

মাইল অহুম মরি থৌরকপগী অদু ফাওবদি নোকই – য়া-য়া। অমনা ঙাঙলকই নুঙাই, অমনা খুম্মী মনুঙাই; ফাগি ইনৎ হেক নত্তবা ব্রাঙাঙদসু মী য়োৎলমদাই গুম্ভীরগী মখামুক লাওনা কাদুনা নোক্লে। য়ূমদগীদি খায়ননবা শেল পীয়ু য়াদদুনা কোইপূ পূনদুনা লাকপা কাঙবু অমসু য়াওরিবনি। ঐসু হায়জল্লুরগী লাকশল্লবা হায়বদুনি, ইমাগা লাউনবা মতাং অদুদদি মখোয় অহল লমনগী কলক পেন্নবা থা অহুম-মরি ফমুংদগী শুকহেন হেন্দোকলোই খল্লুরবনি। উচিন-নাচিন্না পীরক্লবা অদুতদা খরা খরা নোকপা হৌরিবনি। হূ-তরেৎ খারম্বা ইমা অদু থংনুং নুংশিরকই।

মাইল তরেৎ নিপাল থৌরকপগী অদুদা পোইনুগী নুমিৎয়ুংবা মতম অদুদা তৌথোক্তনা তৌরকপগী হৌনবা হূইনাওগী কালেনগী মৈশা খাঙবদা মরৈ তমদুনা

*হিগৎপদু মঙায়রে ঐখোয় মঙামক ব্রাসু ঙাওখিদরে লানসু ঙাওখিদরে। খজিক খজিক য়েংনব'দু মঙাইরে।*

ক্ষেত্রি মঙা চৎপগী দষাদো তাবা মচিন মনাও মঙাদা নত্তে, ইকুই কুইদে। মাইল তরাগী য়ুংলম্বা নুঙ অদুগী মনাক্তা ঐগী ওয়দা খব্রাং থৌরিবা শ্যামনা মনিংদা শোথহৌবা তোম্বা য়েংলুরিঙৈদা মমাঙগী চাকা অদু ফেৎ ফেৎ হাইদুনা ঐগীদা ঈনশিনবিররে। মাগী খুৎপায়ফমদা য়াল্লিবা খাও অদুগী মরীদা ঐগী ব্রেক-খুপায় অনী লৌথোক্লবা হেক নংহৌদদুনা কতন্না থোনবা মখোঙ চেত্তবা লৈরঙ যন্না ব্রাইশিনবদা কিস্থরকপদৌনা লোইরোইনা বো—ম।

— খরা লাপ্না থৌবা য়াদ্রো, করিগীনো নঙনা, ইশক ইতৌ ফজবী ছাত্রী ওইরবোই নীংব্রো! ফরেদনা 'সিদি। চেঙ অসিদি নপা লাক' খুল্লদ্রা? নঙ খুল্লু —। হৌজিকপু কৈথেল লৈবা মফমসু নত্তা, লৈরে অমুক খায়গৎনবা...?"

চফৃ কায়রবা অদুদদি ক্লাক হেক্তা ইল্লি, হরাওনবদি উদে। তৌদবদি য়াদবনিনা ইতৌ হেক তৌনিংদনা পেহৌ পেহৌ ময়াম চঙদুনা খূনমিন্নরে। অমদি মাগী নুপী কাদা যেৎপদু মঙাই শাউরিবা। মনাতোন অদু ঐখোয় মঙা খব্রাংনা গাড়ী থৌজিনবা চনগদবতা নত্তে, ডিজল মাল গাড়ী অমসু থৈনবা, ড্রাইভর অদুনা হৈরবদি খুৎয়াং হোংহন্দনা থৈনবা য়াগনি।

কমদি তৌনি। শোয়থ্রবদি শোয়খ্রেদনা; উপায় লৈতে। চাক্লা লামলিবসু লব্রাই শাৎলে। ঙরাং নুমিদাং থেঙনা খরা য়াবোই য়াদবোই চারকপা অদুসু মাইল মরিগী নুঙয়ুং অদুদা লোইনা তুমখ্রে। অমুক থৌথরক্লে।

কদায়দা থোং-থাক্কদগে খন্নবদসু মণিপুর এসেমব্লি হোলদা সভাপতি য়াওদনা ফম্বা মিটিং'দুমঙাই। অমনা হায় অস্বায়দা ফরে, ব্রারে চৎলগুমসি; অমনা এ, তু আ-দা তৌরসি ঈশিংসু অরূবা লৈরে; অমনা হায় শীঙ থিবা ব্রারোইদবা মফম য়েংসি। অমনা হায় অমনা তাদে; অমনা ঙাঙই অমনা লৌদে তৌরম্বদগী উচিন নাচিন্না অচাবা মফম অমদা পুল্লপ য়ানরে।

চাকহোয়না লামলক্লবদা তনব-কা চৎনদে। য়ূমদদি চাক অথোংবা অদু ফাওবা থিরমদে হায়দুনা তনবদগী শাউবনা লাউজবা ঙম্বা কাঙবুনি। অদুবু লুহোংবগী অহিং হৌখিবদা ঙায়রিবী অনৌবী মৌ'দু মঙাইরে, অমনা নুঙ অহুম থোক থোক য়ুংদুনা

লৈরঙ শেম্মী, অমনা ঈশিং শোক্লগা চফূ অমখকতু থোক থাঙ্গৎলি। অমনা শাউরপ্ হায়– *"হে-রা হৈরেদা! নঙ মঙাইরে থোংবা হৈবা; মৈ হৌগৎত্রিঙৈদা চফূ* থাঙ্গৎলিবা– মুল্লে হে–থিরো–।"

– "হৌগৎতৌরে হায়না তৌনিদা, নঙবু ঈ–শাগনুদা খরা চারগা ঈংগনি। সে সে তৌরো।"

ঐনবু হায় চাক হান্না থোংসিরা এনশাংনা হানসিরা–? মায়কৈ মরিদগী মত কয়ামরুম লাকই। অমুক্তং হায়রগা য়াব'দুদা চাক চানবগী মতাংদা য়াম্না শীনগনবী মৌ-ময়াই'দু মঙাইবে এনশাং হান্না থোংসি চাক্লা হাল্লু! এ অনীমক পূন্না হেক্তো তৌসি থেঙলে। মমৈথঙদা ঈরোনবনা হান্না ফূৎলগা লোল্লিঙৈ-কৈদৌবিঙৈদা চাক থাঙ্গৎসি হায়নরে। চুম্মী ফরে। হঙ্গামসিদি থোংগুমসিরা? এ, থেঙলে ফূৎপদা হাপ্লো, ময়ান'দু য়ামদে, খর'মা লোপ্লগা খরনা চমফূৎ ওইনা চারসি।

থোংবসি পাক মুন্দে; অদুঙৈ চনুরা অমনা থৌদু ফূৎপদু মঙাইখ্রে। মুনমন্দেদা হায়দুনা হাংদোক হাংদোক য়েংবদা চফূদি মথন্তনি য়েংলিবনা ঐখোয় নহাঙাক্তা মঙানি, অদুসু চঙ-চঙ লাউরিবা। হেক য়েংবনা হঙ্গাম অদু মুনবদি হায়রুনু মরা চত্তুনা ইরেন হৌগৎলক্রে তদেক-তদেক। উচিন নাচিন্না অলু অদু চরাম্নরবা নোংশাগুম থৌনা লৈরবা মপাঙ্গল ফরবা তোম্বনা মাগী অয়ুক হেক হেক থাঙ্গৎপা হকচাং শাজেলগী নুঙ অদু থাঙ্গৎপদা কারকপা শিংলি অদু হেক কাবমখৈ মেৎপদা খরদা নত্তে, ওখাক্লা কুৎলে। মহী খবা য়াম্না হাপ্লগা য়ারনি ঙাঙনদুনা হৈদোক্লগা লোনবা নৈবা হৌবে।

চাক থাঙ্গৎনবা ঈশিং শোকপা নুপা অদু ওস্তোক্লা থুনা য়াঙনা হল্লকই। মঙালগী খোঙচত্তা থৌদাং পাঙথোকপগীদমক মাবু হন্না হন্না থাগৎনখি।

চেঙ অদু চাম্মী খঙদে চামদে খঙদে জ্রো। ফরে পিকনিক হাযবা অসিদি পংহাউদা হাউবনি। শৌদেদা শৌদেদা যেংনবম্বদগী সুকহাং হাংদনবা ব্রাশক লৌনদুনা থন্নে। অকোনবা হাংদোকলুবদদি মহী ইলাং লাংনা কানম নন্নম্মে! মৈ, মৈ-মৈ মৈদো। কনমল্লে শত্তোকউ।

য়াম্না কুইনা, কৈথেল কাবীনা খোঙনাংখোঙদা হব্রাগাড়ী ঙাইবগুম ঙাইনরুরবা মতুংদা মুল্লরিনি হায়নরে। এ, ফরে, থিরসি থিরো, নঙ-নঙগী লা

পায়রো পুল্লপ থিদোক্লবা অপাকপা লৈতবনা।

তাবদা মথৌদা হকচিনগ্রবা থৌদা ঙাইনরম্বা সিপাহীগী মীওইমচাশিংদু মঙাই, চীংশু মনা অদু মাগী মাগী হেক্তা লৌনৈ। হেক্তা শেম্মী। চফূ অদু থুগায়বা পাম্মুই হাযদুনা শম্বল উয়ুং মানবা খাবৈ অদুনা ওৎলগা মাগী মাগী শরূক হাপ্লরে। মাগী মাগী কোৎলগা এনশাং থল্লিবা অদোমদা হোৎচন্নববু অচেনবা উচি তম্না হৌদোংনা হুল্লকপদু মঙাই। অহানবা চখোম হেক হুকপদা অমনা হায়রকই,

— ঙসিগী ঈরোনবা অসি ঙাবী হেল্লে।

— হা! চাক্তনি, চাক্তা ঙারী ঙান্দবগুম তৌবদায়, হব্রাইজার থাকপ্রো?

— অঙাওবা! চাক্তবু হব্রাইজার থাকপ্রো! চান্নবা নল্লে।

চুম্মী পোইনুগী নুংশাদা চাবা হব্রাইজার চগেমপোম্বা মনম নম্মী। লামগা লাম্বগা মনমদু হৈনবা ঙাক্তগা ওইবগা মবুক লাল্লবা ওক্লা ফত্ত-হৌদি মচিন থূম্না থিংজিল্লগা হাবদু মঙাই। হাউখ্রেদা! হাউই থাজদনা হাউত্রা? হাউই। হৈখ্রেদা, চাক থোংবা হৈ।

ঐখোয়না ঙাঙনবা রসকী মহাও তাবদা কোন্না চাক থিহৌবা শ্যামদি ঙাইঙমদ্রে। চফূদা কোৎলগা চাবা হৌরে। ময়ামগী মযাযদা লৈরিবা ঈরোনবা অদু কল্লগা চফূ মনুংদা হাউনা তোৎলদুনা হায়রকই হব্রাইজার মনম নত্তে, চাক, অসি চাকহাও খরা য়াল্লকপা যাওরে। চীংগী ঈশিংগা চাকহাওগা অনীগী মনম্না অসি তাবনি। মনীংদদি লৈহাও লৈরেল মনম নম্মী। হাউই।

অসি হায়না চখোম চাউনা চাউনা চারম্বদগী চপ লেপ্লগা চাকথোং চফূ মনুংদা মুন্না যেংলগা লাউরক্লে,

— লৈরে, য়াওরেদনা, য়াউবে, হো লৈরেনহৈ।

ঐখোয় মরিমক চখোম উল্লগা মঙোন্দা পুল্লপ য়েংই। শ্যাম ঙাইহাক ব্রা ঙাঙদে। ঐখোয়বোমদা শংত্রিক চাথোক্লগে মতাগুম য়েংলকই। অমনা করিনো হংলুবদা পাক খুমদে, তাক্তে ঐখোয় মরিনা মথং মথং হংলবা মতুংদা য়েৎনা কোৎলম্বা চফূ মনুং অদুদা মখূৎ ওয়থংবা অদু তপ্না থিংজনখরে। য়েংনরিঙৈদা তপ্না য়োংনা লিল অহাৎপা অমা চিংখৎলকপদৌনা লোইরোই লোইরোই চিংখৎলক্লে; হব্রাইজারগী মনম ফু-ঙ। শামতুদা লংজম্না হেল্লপ য়াল্লবা চহী কয়া লৌথোক্তনা উপ্লদা শেগাইরক্লবা, তনখ্রবা সিপাহী অমগী বুট মনুংদা উপ্লা খোঙমোজা নামা ওইরল্লে।

ঐখোয়দি থরবু চাহৌরবনি। শ্যামদি চথোম অহমদমক হুকলমগনি। মানা চাকথোং চফু অদু য়েংলা-য়েংলগা হন্দোকপা অসি ময়াঙ অদু খুবী অমুক্তা ঙাইরে, মমিৎ মনা অদু কুশিৎ। অসুম্না পিকনিকনি হায়দুনা থোক্লকলগা অয়াম্বা 'পেনিক' নম্বো পোদুনা হল্লকখি। ❑

## ওন্থোকপা বর অমা

বর-বার্ত্তন-কা লাকখিদবা কুইরবনি; ঙসিদা চহী মবি মঙাগী মতুংদা অমা থেংনবসিদি পূর্ক্লীং-কাসি ইনৌ হেক নৌথোকই। নুঙাইবনিদা বর ওইন-কা চৎপদো সবকারগী সোড়োক লমজাও অসিদা লে-ন লে-নকা চৎপদো। ঐবু য়েংবা ময়াম চেনথোরকপা ঐনা মদুদা লেম্লদুনা ফৈজোম গুঞ্জা অসি লৌ-য়ৈ ফক্লোংদা চরূ কাও-কাওদুনা পুবগুম কাওদুনা চৎপা... খল্লু খল্লুরগা অমুক্কসু হোংনিঙলক্লিদা! ইমোচাগী মমা অসিনা অঙাং য়াম্মনখিব'সিদা। নাশোন খজিক তাখিবদা হোরেল চাক হেক্তা হাপ্লোইদৌরিবনিনা হায়ক-খন্নরুদৌবা কিরে।

হরাওবোই করিবোই ঙল্লপ অদুম থোরক্লে। বর ময়ূমদা শৎহাইজিনখিববু মীদি পংয়াম য়ামলমদ্রি অদুগা অরাকপা খরা অদুদি কোইচেন চেন, কোইলাঙ লাঙ তৌরম্মী। গাড়ী তোং তোংদুনা তহা-তহা থৌনখিবা য়াওই, তহা-তহা হল্লক্ল বা য়াওই। করি-করিনোসু চিবোন চিবোন ঙাঙনবগুম তৌই। ঐনা ইমান্নবা অমদা হংলুবদা খুমলকখি,

— হায়, বর মাঙগ্রেনহে।

— এ! করিব্রানো? অদুবু মশানা য়াদবা জাৎলা?

— খঙদেনে অদুসু। ঙসাই অয়ুক চা থকপা থোকখিবদগী হল্লক্লিয়েনে।

— কদায় চৎপ্রবা জাৎনো, ঙাওশিন্নরেদা।

বার্ত্তন ফংবা, লিরপ তৌবা পাখঙমানশিং অদুদি অমা লাক অনী লাক, শুরে। কৌনগল্লবী যাত্রা পুবী শানোইদুসু লাক্লেদনা। অমা লাকই ঙকলৈ, অনী থুংলৈ ঙকলৈ, অমগা অমগা ঙকশন্নবনা বরগী শুমাঙ অদু মচু অমা ওল্লে। মখুল খঙল-খঙলবা মরূপ কয়ানা থিরুবদা মায়থীদুনা হল্লপগী অদুব্রাইদা শিবমহাদেবনা কৈলাসতগী মর্ত্তদা ফো-ঙ ফাওরকপগুম মনীংলোমগী থোঙ্গালদগী মশম মনা ইফা ফারদুনা ফূৎ ফাওরক্লে, বর ওইদৌরিবা মহাশয় অদো। য়ৌরকপগা মাফি ফুরিৎ অদু লৌথোক লৌথোক্লা, মানা হেন্না হোবে হোবে তৌরদুনা হায়রে— "ময়ামসু য়ৌবিরক্লেদনা লোইজরে, অমুক্তা ত্মাই লাউনা চাইথজরক্কে, লোইজরে। ঙাইহাক্তা লেঙশিনবিয়ু, চুরুট-কা, হা-য় অঙাংহল! চুরুট-কাদু খরা...।!!

অদুম চঙখ্রে বে-বে ঙাঙলদুনা। ঙাইহাক লৈরগা মনেতোন অহল অদু মুরুম মুরুম শোল্লদুনা শাউরপ হাইজিল্লকই। কদাইদা লৈরম্মী হংলুবদা কয়া শাউনা খুমলম্লে — "য়োং মায়থাবসে, লাইশ্রম শঙ্গোন্দা সত্রং য়েং' লৈরম্মীনে! কৈনোনে ফাগীরাইব'সিবো—।"

নহা অদুনা ফরিবা থবকসু ঈরুজফম কাদা চঙলুই খঙদে, চঙলুদে খঙদে লাংঙরা অদু য়েপ্পগা কোয়েৎ শেন্ন শেন্নদুনা থোরক্লে। মাগী মহুত্তা ফমদুনা যাত্রাগী পূংফম ঙাইরিবা বামোন অদুনা ফারমদ্রবদি দারীদা ফন চোংথদুনা ফিলম শো অমা য়েংলুসি হায়দুনা ঙাইবিবা মমান্নবগা চৎমিন্নখিদৌনা চৎখিরমগদবা খজিক্তা ঙাই। ময়াম অদু ব্রা লাউনা নোকই; মাসু করিসু বেরা লৈতে, লৈপুঙ ফম্বদা নোকপদৌনা মাগী হান্নগী খুনোক অদুদা মখা অদু অরৈবমখৈ ফাক্লগা কপ্পদৌনা নোকই। ঐগী তুংদা ফম্বা, মাগা তিন্নবদি কুইদ্রিবা, থবক তৌফম তিন্নরুবনা বার্ত্তনদি ফংবা, চৎত্রসু নুমিৎ খূদিং উনগদৌবিবনিনা ফজদে হায়না খন্দুনা তল্লপ লাকপা অমদি — 'অস!...।' হায়না ফ-না শাংনা চিংলগা চুরুট তাম্থি কস্থখি।

করম থোক্লরগবা ঙসিগীসিবো—!

থোকলক্লে। বর বার্ত্তন ওম্থোক্লা য়াম্না তৌখ্রমাল্লে, ঐগুম্বা, লিরপ তারবা ময়াম অসি ওখাক্লা য়াম্মী গাড়ীনা চৎকনি হায়দুনা তৌরম্বদগী য়ামল্লে খোঙনা চৎপনা ফজরনি, পরেং শানা হায়নরদুনা থোকলক্লে, লান্মী মপৈ অমা সিংহনাদ লাউরদুনা লাল চৎলকপগুম। খোংবা লাকপা খরা তৌগদবসু বর মশানা খরা থেঙলপ থিরুবদা ফংদ্রে হায়দুনা তোক্লে। চৎলে। মদুনবু হেন্না নুঙাই ফজে; ময়াম য়া-য়া চৎপদুনা লিথরক্লবা চৎনবী অদু পূমনৌ নৌথোকহনবগুম থোকই। বরনি হায়রিবা অদুনা ময়ায়দা চঙলগা ঙাঙখিব'সিনা ঙাঙখিবসিনা করিনো আন্দোলন তৌবা কাঙবুগী নেতাগা চপ মান্নখ্রে। ময়াম অদুনা নুঙাইবা অমা য়াওখ্রদুনা লংনা লংনদুনা ঙাঙহল্লি। বর শেন্নবা খুরাদুদি ফনা মখামজে– ইবুংঙোখোয় লাঙমল্লে, ফজদে, ইবুংঙো বর নঙবু খরা চীঙ-লেম্না চৎলুনে। য়াদে, তাদে। নোকখিবনা নোকখিবনা লোইরে।

য়ৌরে। য়ৌরবদি ফখ্রনিদা খনবনি, ঈশ্বর লৈতবা নত্তে। য়ৌরবদুদা খরা ফরে। খরা ফরে হায়রিবা অদুসু বর অদুনা শেন্নবা অদুদা চেপথ চেপথ হংখ্রিবা – খুরা ঈশৈশকপা অসি কনা হায়দুনো দুহার অসিনা কনা? পুঙ য়ৈবা অসিদি মশক খরা খরা...।'

অব্রাং শঙ্গোই অদুদা মিংশেল মমাঙদা থারগা য়াম্না লেম্না ফম্মে। লেমথোকলক্লবসু য়াম্না চীঙ লেম্মী। ফজে, মমায় ফৌরামুক মদুদা চন্দোল অদুনা লম্পাক অমা, য়েংবদা কিবা পোকই। ঙাইহাক তূমিন্না লৈরম্বদগী অমুক হৌরক্লে। অমদা ওনশল্লগা করিনো অমা হায়রুই, অমদা পৈথরগা করিনো অমা হেক হংলুই। মাঙ্গোলদা ফন্নিবী ঐখোয়রোমদা য়েংশন্নদবা শাদুনা হুরান মিৎচিনা য়েংদুনা লৈরিবী কাঙবু অদু মচিন খুম্ন খুম্নদুনা থংন থংনবদা চিবোন চিবোন তৌরগা খোয়রুম খোয়রুম তৌবা য়াওনরক্লে। ঐদি লৈবা য়াদ্রে। হৌগত্তুনা চৎহৌরসিরা হায়না খল্লি। অউনপোৎ থমলিবা অদোমদা খজিক য়েংলুরগা ঐঙোন্দা হায়জল্লকই – তোমাল ভায়, নঙগীনা হেন্না ফজখি। হঙ্গোইনা তৌগদবা মহাক্লা ইহং-হঙ্গোইদ্রবা অদুদদি ঐনা হেক ইকায়ববু–।

বর থোকপা মতম ওইরে। শেম শাদুনা শেন্নবা নুপা অদুনা পুশনখরে। ফমখিবা অদু চীঙ লেম্মী, ফজে লাইগী মচা অমা স্বয়ম্বরদা লৈতেংব'দু মঙাই। মঙ্গল-ঘত্ অদুদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈখিব'দু লেঙদে, হাইদে হুমদে। ভাবোক ময়াম অদুনা মঙোন্দা য়েংবসি চাথোক্কদবগুম খল্লি। ছীদ্র থিগদবগী ময়া কাখৎনদুনা

য়েংনবনি অদুবু থিবা ফংদবগুম নুংঙাইতনা পেয়ে। থিবদা অমদি ফংদবা য়াদ্রবনিনা খজিক লেঙলকপদা এ! বর লেঙলে লেঙলে হায়নরকই। শেম শাগদবা লোইরে। কন্যা পুথোকলক্লো হায়রে। কন্যা অদু পুথোকলক্লে। বরদা য়েংনরম্বা অপূম্বা কন্যারোমদা শর্ লৈশিন্নে। অমদা অমনা চিবোন চিবোন ঙাঙনৈ। লেঙদে, হাইদে হুমদে বর মহাশয় অদু। তোঙাম্না মোড়া অমদা ফমহন্দুনা শোল্লে। ঈশেগী তাম্থাগা লোয়ননা তরেৎলক কোয়-কোয়দুনা লৈ চাইরে। ফজে স্বর্গদগী রতি দেবীনা কামদেব সিংহদা লৈ চাইথরকপা অদু মঙাই। ফজে ফজে হায়নৈ। ফাল অদুদা মখোয় অনী অদু ফম্মিন্নরে। কন্যা হেক ফমথরকপগী অদুদা ওইরে কূম্মে হৌরকলিবা।

বর অদো কন্যারোমদা হায়রপ য়েংলমলগা কোয়েৎনে করিনে ফূক হৌগৎলকলে। ইমাই! কমনো!! বর শেন্নবা অদুনা ফনা থেম্মী বর অদু য়াবা মরৈথিদরে। করিনো করিনো ঙাঙনরিঙৈদা ঈশে হনবা অহল অদুদি করতাল য়োমশনবা হৌখরে। পুঙ য়ৈবখোয়দুসু শউননগা তাঙশল্লকপগা অতিংমন্নগা হেনগৎলকপগা খন্দুনা মফি লোইশিল্লি। হোরেল গ্রু-গ্রুং হেক তৌনরক্লবসু তম্বা ঙম্বা নত্তে হায়দুনা। ময়াম অদু চিংনবনা মাঙ ওইনদুনা ফম্না ফম্না মরেং মরেং চৎনৈ। মরক অসিদা শেন্নবা নুপা অদুগী মখুৎ তপ্না কন্থৎলগা মহাবর অদু লাউরক্লে,

— লৈবাকমচাশা, ঙকপিগনু, ঐ ঙাওবা নচ্চদে। কন্যা অসি ওন্নরে। অসিদি মচেনি। ঐনা ঙাঙনজবা মনাওনুপীনি। হৌজিক ঐবু কমদৌজৌ হায়বগে?

ময়াম অদু মাগী মাগী মত্ পীরকপা তারবা মতাং অদুদদি তূমিন তূমিন লৈনখরে। বরনা অমুক্তা হায়রকই— ময়াম তাকপিয়ু ঐবু কমদৌজৌ হায়বগে?

হন্না হন্না লাউজে বর অদুগীদি অত-তাইনিনা। ময়ামগীদি কবোক দোনা থনবা থন্দবগী, দক্ষিনা য়াম্বা য়ামদবগী সাক্ষী ওইবা লাক্লবনি। জ্বার দাউ য়েংজরিবা মকোক ফাদোকচগদৌরিবদি বর মহাত্তনি। মতাং অদুদা কন্যা মপা অদুনা বর মহাশয়দা হায়জরকই,

— অম্মা নৎত্রনে ইবুংঙো, নুপীগী নুপী চপমান্নে। চহীদা খজিক্তনি থেন্নবা, ঐগী ইচা ঙাক্তনি।

— করি ব্রানো বাবু। ঙাঙনখিবদি অমদু নৎত্রৌ?

— অদুবু অসিনা মহৎ শিনবদা করি কায়বগে মনাও অদুদি ঙসি তরানি মঙানি লৈবা য়ারি অসিগী মতাংনা মচে অসিমদি খরা অহল ওইশল্লকদৌরে হায়’বনি।

— অস! ঐগী অসি অমুনবা খনবগী ব্রা-বোমদা চথগ্রবদি মওং চাদ্রে। হৌজিকমক পুথোকপিরকউ নৎত্রগা—।

— ইবুংঙো শাওবিখিনু পুথোকলক্কদবদো লৈত্রে, চেনগ্রে ঙরাং নুমিদাং।

- এ, অদু য়াই হায়ব্রনে। ’সিবু ফাগিদৌনা।

মাগীদি অত-তাইনিনা মবুকথোক মরৌশিং মপাঙ্গল মশিনখা পুথোক্কুনা চিন্দা পৌদানজে। ময়ামদু য়া য়া, মরাং মরাং তৌনরক্রে। হায়বমক্তি হায়নদ্রবসু কান্নপোৎনত্তে থব্রায় হিংহৌরগা লোইরে, পাউগী ব্রাদি হয়েং খবরদগী খঙলগদবা পোৎনি নীংনদুনা চৎনবা হৌখ্রে। ঙাইহাক অদুগা-অদাগা তৌনরন্নগা বর মহাশয় অদু কন্যা থোরকফম ইমুং অদুদা পুশেমখবে। ও! লোইরেদো কাহ্নাই, লোইরে। লুহোংবা নুমিৎ অসিদা অষ্ঠিসঞ্চয় ঙসি তরূক্লিদা ঙায়দৌরেদো, পাম্মুইদা মহৈ মশিংসু কাবক হৈজরবনি। খল্লিখৈদা ফৈজোমনে লাঙবানে থোকলক্রে অমুক। শাউনা থোকলকই। মচিন অদু টিম মঙা তরূক্লা চোংশিন চোংশিন কাওখ্রবা ফুটবলমুক চাউখরে। হান্না মচিনবান অদু খরগা চাউরপ তৌবগা লোইরে, থৈবোং অখুইবা পেথোকপ’দু মঙাইরে, শাউনা তিং-তিং থোকলকলগা ফান্দুদা অমুক ঙেক ফম্নরে। তাইশিন্নখ্রে হায়দুনা মরক্তা চাযখায়রুববা ঈশৈ অদু অমুক হৌবক্রে। রাধা বাধা বোলিয়া দাকে...গী অনীশুবা বাধাদা ব্রাংখৎনা তোকখিমাল্লে দুহার অদুনা অব্রাংনদগী লৌদুনা অদুম হিকথবক্রে। পুঙ মযোম থোক্কুনা য়ৈরে ত-হা তহা! লৈ হুক্রবে মচিন অদু ইপোম ইপোম পোম্নবদুনা।

লোইরদুনা বর পার্টি অদু থোকলক্রে। ফনা শাংনা চৎলবা ফাওবা ব্রা অমত্তা ঙাঙনদে ব্রারী শানদে, সে-নি মাই-নি হায়নদে। তূমিন্না পংচত্তা চৎনৈ। অমম্বা মবক অদুদা মৈসু অমত্তা য়াওরক্তে। সোডোক হায়গৎলকপগী অদুদা মহা-বব অদুনা কোকযেৎ-কোরাং থোক হুক্তোক্রগা লেপ্লদুনা হায়রকই,

— নত্তে, অতৈ লাইরিনে, নুপী অসিবু কনানা লৌবিখিদৌরিবনো, চোংথোকপিরক্রো।

লাপ্লপ্লা খরা খঙনৈ হায়দুনা ঐঙোন্দা কিৎ হেক নমশিললক্রদরা হায়দুনা খোঙফম মঙা তরা তুং হন্না হন্না তপ্লা তপ্লা থাংলন্নগা হুৎ লৈদুনা ঐ চেল্লক্রে। চাক্তৌবা বার্ত্তন নংনদনবা ঐ নোংঙাল্লগা লব্রায়দা হাইথরে। লম্বেলদা খল্লি মখোয় অনী অসিবু কনানা হান্না হাৎলগবা? ❑

## নোংমা

নুংথিল অদু তূম্বমখৈ তূমলূরগা, লৈবাক্কী থৌয়াম পূবদা হিগৎলম্বা ফাওবা শংজদ্রবা তলব অচৌবা কাঙবুশিংনা নুমিদাংব্রাই নুংশিৎ অশেংবা চাবা থোকলকপগুম ঐ'দো য়াম্না লেম্মদুনা হাইদোকলুই। চৎথোকলমদায় খূদিংগী মিংশেল অদু মাঙদা থারগা য়েংলা শেন্না, চঙশিল্লা য়েংলা শেন্না তৌদুনা ঐনা তকপা নুঙতেঙ্গোৎ অসি ঐনা খঞ্জবদা সিলভরগী তেঙ্গোৎমুক লংলে। হাইগৎখিবা চিরাইদা লংলপ পকপা থাউরেক অদু ফদিনা তক্ল-তক্লগা তকথোকপনা, মদুদা তারমদায় নুমিৎকী মঙালনা য়ৈবদি যৌবনগী ঈপাক্তা পরেং হোল্লকপগী জহাজ শানৌশিংগীদমক লাইট-হাওস অমা চৎপসিমঙাই। পরোপকাবগী থাজবদা চাউথোকচরদুনা থোকলক্লে। গাড়ী অদু ফনা শাংবা ফাওবা তোংলমদবনি, নংহৌররোইদৌবা থোইদোকপা লৈতবনা। কূমথদুনা ঙাহৌ ঙাহৌ চৎপগী মওংদা খোঙদোয়রুই।

সহরদগী ফনা শাংনা কূমথরক্লে হায়বা, লাংবন তর্পণ উৎসব খুনবা লাকপা বৈষ্ণব অমনা তননা চাক ঙাইরম্বগুম ফমলম্বা মাইলগী নুঙয়ুংশিং অদুনা তাকলি।

নুমিৎনা থেঙদবনিনা চৎলি ঙাহৌ ঙাহৌ।

ঙাহৌ ঙাহৌ চখোকপদা ঙাহৌ চরা'ম ফাবা হায়ব'দু নুমিৎতুদা থোকলে হায়বা য়াই। সোডোক্কী নাকন্দা সিপাহী অশাবগুম পরেং লেপ্লিবা কৌবিলিয়াশিং অদুগী মনুংদা মরাইবক ফরবা অমগী মখোঙদা নহা ওইরিবী নুপী অহুম কনাগুম্বা করিগুম্বা অমা ঙাইরকপগী মওংদা ফন্নম্মী। ঐ থল্লি, তান চাইদা মখোয়গী মরক অসিদা ফমদুনা ব্রারী মতেক অমা তৌমিন্নরবদি ফকচিল্লবা ঐগী থম্মোয় অসি নৌথোক্কনিসে। করিনো পিকনিক লাকপা ওইরিব্রা! লাপলিঙৈদগী মখোয়দা য়েং য়েংদুনা চৎলকই, মখোয়সু ব্রারী শান-শানা ঐঙোন্দা মুন্না অদুম য়েংলকই। শকখঙনবা য়ানা নকশিল্লকপগী অদুদা ঐ মখোয়দা য়েংশন্নদবা শারে, য়েংবদি অদুম ময়েংই। মখোয়গী মায়থোঙ অমদি ফিজেৎ-চাকশেৎতগী চাউরাক্লা মচিন্দা নাম শোল্লিবী ঙাক মাল্লি। চুম্বসু চুমলম্মী। ইকায়রপ মখোযগী মপা অদু লাম্লোকলকপগী অদুদা অমনা ঐঙোন্দা কৌবগুম তৌখি। ওনশিন্দুনা চিংনরপ হংলুই ঐবু ওইরবরা হায়না। শোয়দনা ওইরম্মী। হরাওবোই ইকায়বোই ইথক থকৎপা ফাজিল্লগা হংলুই,

— করিগুম্বা তাকপিগদবা?

— থোইদোকপা লৈজদে, করি লৈকায় তান্না চৎপিগদবা ওইরবনো?

ফি অঙাংবা ইনবী অদুনা হায়রকই,

— ঐ 'সুম চখোকচরকপা জাৎনি।

— নুমিদাংব্রাই কোয়থোকপা ওইনা?

— হোয়।

— লেঙশল্লকখো—। পানা মতপ অমত্তসু চামিন্নখিসি। করিগুম্বা অচিনবা?

— থোইনা লৈজদে।

— অদুদি ঙাইহাকসু ফম্মিন্নবা য়াইদনা।

ইকায়রপ তৌবী চন্দোল শিরি তেল্লপ হাপ্পী অদুনা নোকফেৎ তৌরগা নোৎশিল্লকই।

চুন্নিবা জাৎলনে তৌরিবসিবো! মওং মওংগী পরিং অমা খল্লদুনা লাকপদগী অমম্বদা হাবুঙনা লাই শারিবা জাৎলনে, অদুসু নত্তে। হেলোইনা পুবদি মশাবু

কাউজৈ হায়; ঐদি ঐগী মিং নিংশিংলি, চন্দ্রসিংহ, ইপা নিত্যায়, অপোকপী তম্পাক...।

ইথৌ ইলৈহেক লৈতনা, কাবক চিংনরপ, ইয়া য়ানিংনা অদুম চঙলে। মখোয়গী অচৌবা ট্রঙ্ক অমুবা অদুদা রুমাল অচৌবা অমা তরু তরু থারদুনা লেংশিনবিয়ু হায়রকখি। ঙাওফিং ঙাওফিং ফম্মে। বার্ত্তন ফংবদি ক্লাগীদনি, অদুগা পুথোকলক্লিবনা কমলা তন্থায়, লফোই, অব্রাথবী অমুনবা, লড্ডু-কায়রি কায়রি তৌবা মঙা-তরা, খুইরপতৌবা জেলিবী অহুম মরি। ঙসাই নুংথিল কুইরেমখৈ তুমশিল্লুরগা হান্নগা পূক অদু কয়াগা নুংঙাইতবগা করিগুম্বা অমত্তা চানিংদ্রবনি; চাবা ইয়ামক য়াদ্রবনি। চজিক্কা ওইশল্লে। অদুবু 'হাবা ইয়া য়াদ্রমালে' হায়জিল্লক্লবা অদুদা – ঐ, য়াম্না হাওপ্রে, ঐনা হৈনজবা পোৎশক ঙাক্তনি, হায়জল্লুরবা অদুদা চাদবা য়াদ্রবনা ঐনা শায়রগা য়োৎপা অসি, য়োৎশিনগনি খল্লুবদা শেগ্রাক পেতী নাই নম্বমুক কি, মিৎ অনী অসি কোরী কাই; য়োৎল থোকলক্লে তৌর, য়োৎশল্লে খরা থোকলক, খর হেন্না শাংবা খুৎয়াইনা ঈনশন্দে হায়বদা খাক্লে। কয়াদি হাওত্রে। চজিক ওইশল্লে। খরা নোকশিন খরা ঙাংশিন হুন্তোকসি কদায় পুসি কদায় খন্নরম্রবা হুম্মি মরিনি শুরবা মনম হায়রপ হায়রপ চেল্লক্লবা মাল অদু ঐঙোন্দা লোইনা পীজরে। চায় ঐসু। অচোই'পা চাগন্দবদা ওখাক্লা হায়নরিবা ঐনি অদুবু কয়া য়াম্না চাথোক্লে।

ব্রারী শাই, মিং হংনৈ, লৈফম তাক্লে, থবক খঙহন্নে, নুঙাইবা পামজবা মওং ফোঙদোক্লে। ঐসু ঙাঙনরক্লবদি অঙম-অরাই খঙদে হায়নরিবনি, অদুবু মীরাল ঙাক্লি খন্দুনা খরা খরা খাকলপ শাই। মখোয় অহুম'দুমসু লাইরমদে, হইজন-লাকশন য়ারমদ্রে ঈশিং লিত্তে। মতমগী মরমদা ব্রারী শারম্বদগী অমনা, শমশাংবী অদুনা ব্রাদি কয়া ঙাঙদে অদুগা অমুমুক ঙাঙথোকলকপদদি চাম শকপিনি, আ-আ য়ৌই, হংলকই,

– য়ূম পানবিরব্রা?

– ওইদবা ঙাঙবদি নুঙাইতবনিনা পানজরে; য়ূম্না পানবিবা ওইনা তৌরদুনা য়ারবদি ইশানা... অদু ইবেম্মখোয়দি?

– ঐদি পানজরে, অহুমলক্তুম শুজরে; অদুগা পাঙদবী অনী অসিমদি অমুমুক ফাওবা পানবা ঙমদ্রি। কনাগুম্বা তান চাবা লৈরবদি তাবিরকউ, লৌ-কা

য়াম্না লৈবা জাৎনি।

— লৌগী ব্রাদি হৌজিক কান্দবু— তাদ ইবেম্মা অনীগী মতা চাবা অমমম ওইনা তৌগদ্রা নৎত্রগা অমত্তনা য়ারবদি—?

— পিশক পিক্লিৎতেদগী লোইনরক্লবী ঐখোয় অহুম্মকপু পুন্না অমত্তদা য়াইনে।

— অস, হোয় নাম শোনবা চৎমিন্নবদসু ইমুং মনুং পুন্না মতা চারে হায়জরিবা। ঐখোয় মরিমক য়েংনরগা নোকই। থব্রায় অসি কয়া নুঙাইরে। পূক্লীং অসি তয়াং তশোয় পেন্নবগুম উনে। নোক্ল-নোক্লা মরক অদুদা ঐনা নোৎশিনখি,

— লুরিবা অমনা হুয়েং অহনফমগী ব্রাথোক?

— অদুগীদি লাইদা নোংমা নোংমা চার্জ পুনবা নৎত্রগা ভোট তৌদুনা খল্লগা হাপ্পবা হায়দুনি।

অমুকসু নোকমিন্নে।

খঙহৌদে মমলি মমলি তৌশিল্লকপা। মমলকপগা লোয়ননা মখারোমদগী; থোইদোক্লা মংলম্বা উখিদে, নোং অসি ঙুং ঙুং খোংলকই। মখল্লি ঙসি অসিদি ইবুধৌ ব্রাংব্রেন্না কুমতম্মীসে, চৈগী ঈচাওদুম লাক্তনকো। অঈংবা নুংশিৎ শৎ য়ৌরকই, খোংলম্বা অদু য়াম্না হেক্তা নকশিল্লকই, মরিক মরিক হেক্তা চুবা হৌরকই— হৌরকপগুম তৌই। প্রলয়গুম লাউখোংদুনা হায়জল্লক্কদবগী মওং হায়ফেৎ উবদা ঐখোয় মরিমক ফূক ফূক হৌগৎলে।

নাক-য়েত্তা য়েংখিবদা ফন ফন শাংনা লাপ্পা ফাওবা থুপ্পা য়াবা য়ূমগুম্ব-শঙগুম্বা অমত্তা উদে। অব্রাংলোমদা মাইল অমরোম খরা কল্লপ তৌরিনি, দুকান মচা অমা উই। মদুদা নংব্রা য়েংসি হায়নরে। গাড়ী অদু শৎ তোংখত্তুনা কল্লপ থৌরবদি হেন্দোক্লা নংগনি। অদুদা লুরিবা অমদি মীদি মরিনি; অনীরক হনবসু নংলোই। অদুগীসু মথক্তা ঐনা ফমলম্বা ট্রক্ক অমুবা অচৌবা অদুসু লৈরি। উপায় খঙনদে। মরিমক চৎমিন্নবা ওইনা চেনমিন্নবদা তারে। অদুদি পোৎ অদুদি? লৈহৌবা অমদি চোৎহনবা য়াবা নত্তেসু হায়জিল্লক্লে। ঙসাইদি কনানা পুরকপনো খঙদে হৌজিক্লা মখোয় অহুম মচি মচি পাযনরগা চেনবা তারে। নুপা চঙ-চঙ লাউবা অমা য়াওনা য়াওনা তনৌ তনৌরিবী অহুম অসিনা করম পুবা য়েংগনি। কনাসু কনাসু উবা ব্রা নত্তে; টাই-নুং পুল্লি হায়ব'দু মঙাই অউববু লৈত্রবদি অতে কয়াসু ময়ূম ময়ূমদদি মীরৎ-নারৎ য়েংলগা

নুপী অঙাংদা ঙাইদুনা থবক নংনররোই হায়দুনা হঙেন সুমচিত্তা নত্তে পায়নরিবা, উবু উদ্রবদি য়াম্মোক পায়দুনা চকে-চকে খৈনরিবা ঙাক্তনি নৎত্রগা অঙাংগী ফত্ত-হাওদি পোপ পোপ শূদোকপদা অঙাং'মাগী ফি ওম্থোকপা অমা হেনজিনখিবা অদুদি খঙলবসু হায়দোক্লপোৎ নত্তে। সহরদগীসু থাগ্লপ তৌরে, পুরগে লেপ্লে। পুগে হায়দ্রো ব্রাখঙদবা পাঙদবা তাশিললক্কদৌরে। মমিৎ তরুক অদুনা হায়জ-থেমজ-মিৎয়েংদা তহা তহা য়েংবা হৌরক্লে। মথব্রায়সু ব্রানরপ তৌরকপা মতাং অদুদা ওইরে নুপাগী অতূম্বা নোংশাগী থম্মোয়না পাম্বোম শ-র তিংলক্লিবা। অদুবু কয়াদি নুঙাইবা থবক নত্তবনিনা; মানা কোকথোং হাইগৎলগা মাইল অমা-অমমখায় নোং মমাঙদা কুলীনা রেল তান্নগদৌরিবনি, ঐসু পাক হেক হায়রুদে। মমৈদা – 'এ য়ানি ঐখোয় 'সুম তৌজগে' হায়রক্কদ্রা হায়বা শারদুনা হায়রুরে,

– ইবেম্মশিং গাড়ী অসি ঈনবা হৈবা য়াওরগদি পোৎ অদুবুদি ঐ হেক্তা পায়গে কৈদৌগে।

হায়গে মচিন কাখৎলম্বা মতা হেক চানরুগুম থোক্লে; অমনা হায়রকই– ঐ হৈজে ঈনজগে; অদুদি তাদনা খরা ব্রাবীবা তারেদো পাঙ্গল শোনবীশিংগা সঙ্গ ওইব'সিদি।

হায়না হায়না গাড়ী অদু তাপ, মুনবোইনবু তৌইদা। ঐসু থৌনা অমগা লোয়ননা, পুদবদি য়াদ্রবনিনা মায়য়োক য়ারে। লৈশাবী অমনা হায়রকই,

– তাদা য়াম্না খুদোঙ চারোইদবা লৈরগা ঐসু মচি অমা পায়জগে।

– য়ানি ইবেম্মা। চৎলু ইবুঙ তৌরক্কে নোং য়ৌরক্লে।

– অদুদি য়াম্না নুংঙাইজরে, লমন তোল্লবী ঙাক্তনি, ঐ থোনকৎচরমগে।

– ইবেম্মা য়ারে, চেল্লু নতা অনী'সিগী তুংদুম ইলহৌ ইবুঙনা হাল্লক্কনি, নফি অদু চোৎলগা নুংঙাইরোই। অচোৎপা ফি শেৎ-চাবা পূক য়েকপনি।

তফি তফি চেনখৎখরে। ফুরিৎখাওদগী রুমাল মচা অদু লৌথোক্তুনা লেংবান্দা খম্বোই থাবোই তৌরগা মশক ইখঙ খঙদবা ট্রঙ্ক অদু খূৎ নামনা লেংবান্দা শৎ লংখৎলগা মখোয় অহুম তানখৎকে হায়বগী আশাদা তাপ পায়, লংখৎকে তৌববু ঐদুম ট্রঙ্ক অদুদা উপশিন্দুনা তুশিনগে তৌই। ইয়াং য়াংবোই খল্লি– হে-রা। হায়দুনা খূৎ তুনী চঙলগা মুকখৎপবু মচি লেঙদে, লৈজবী থাদুনা মুকখৎলুববু লেঙবান

কোচি নাম্খেক্লে তৌই; খ্বাং অদুব্রাইদা জিং লাওখিবু, মিৎতা লামৈথানবী মচা পরেং লীশীং তরানিথোইরোম পাই। খ্বাংদা খূৎ ওয়থংবদুনা খঙনম নম্রগা ফমথৈ হরে হরে! সুগৎলগা মরক অদুদা চেল্লপ চৎখ্রিবী অহুম অদুদা খজিকসু য়েংলুই। অমদি লেপ্তুনা য়েংদুনা লৈবা উবদা শামুমুক কনখৎলকই ঐ, ফূক হৌগৎলি। ইতা তাখিদবা রুমাল অদু খুনগৎশন্নরগা মঙোনলোমদা ওনশিল্লগা ফৎ-ফৎ কনথোকলুই। মানা হন্দুনা চৎখিবগী অদুব্রাইদা লেঙজুমদা ক্রোক লাউখিবা মফম অদু মেৎলগা ঐবু তোক্লসিরা – খল্লি। মাঙওইনদুনা পোৎ অদুদা শংত্রিক ঙাইহাক য়েংলুই। নোং অদুসু মরক্তা মরিক অচৌবা য়াওগে তৌশিল্লক্লে। তোকথোক্লগা চৎখ্রো মখোয়না ঐবু করিনি খনখিগদবা; নৎত্রগা মখা পাংনা ইমৈ থাঙ্গত্তুনা চেনখ্রসিরা। ঐগী গাড়ী অদুদি– ইংলিশকী হন্বরনি, লুপা চামঙা চা-তরূকপু থা-থারো। লুপানা লুপানি অদুগা মখোয় অহুম অসিনা... ফৈ পুরগে।

করিবু হাপ্পনো মহা লাংবাইবীশিং'সিবো! নুঙঙাক্তা হাপ্লবা জাৎলা, লুমখরেদকো! চাউনা চাউরিবা! পুঙয়েবা ওজা অদুবু হাপ্লবরা কৈনো, থাজরক্তুদুনা– "পুঙয়েবা ওঝা, ওঝা, হো ওঝা–" কৌদুনা য়েংই। য়াওদ্রে। পুরগে। নোংসু য়ৌরক্লে। নুপামচানবু হে-রা! হায়দুনা ঐগী মচিং অদু হৌরক্তুনা নাকল নাম থোক থোঙ্গৎলি। ময়ুংদা থোক য়ুংখৎলগা লব্রাইদা হাপকে হায়দুনা লুকথদুনা কোক্লা ঙা-রগা উপু মচি অনী অদু খূৎ নাম নামনা পায়রগা মুকপবু – ইমাই!! হৌগৎপা ঙমদে। লেঙবান্না পৈথরগা চেপ্লপ হন্না হন্না মূকপবু হামেংনা খোংনাং লায়ওইরবা অমা ব্রাইথেক্লে তৌবসিমঙাইগ্রে। নোংসু কনশিল্লক্লে কমনো। ঐ ঙসি চোপ্লেদো। চোপ্লে।

মনাইগী অব্রাবা উবদা যন্দম্বপতি শ্রীকৈলাশপ্রভূ অদো মফম মরাং ইখঙ খঙহৌদনা যনশেল্লুবা হল্লকপা নুপা অমা ওইদুনা ফো-ঙ ফাওরক্লে। 'ঐ হিংলে' হায়ব'দুদগী হেন্না হরাওজে ঐ। নুপা অদুনা উচিন নাচিন্না কন্না হোৎনদুনা থোনকৎপিরম্রে। মাদি মহায়জরম্মী ঙক লৈথেক্তুনা তোক্কনি, মী অমা অনী কৌবিরুখোদা! করিগুম্বা হোরেল থাদরবদি পোৎসু মাঙগনি অদুগা পাঙ্গলসু ব্রাগনি।

– "এ য়াজরনি, ঙসাইদগী পুজরকপনি, ঙাইহাক পোথাজরম্বনি" হায়রুবা শাই ইকায়বদগী। যন-মাষ্টর অদুনদি ঐগী ফীভমদি খঙদবনিনা অওইবা অশেংবা তাকপিরমখিরম্বনি।

ঙস্যাইমখৈদি লৈখাদা লৈরম্বনিনা ফৈ; হৌজিক্তি লব্রাইদা কাথ্রে। খোঙফম অনী মরি চৎপকা নংহৌদে খ্বাং অসি জিং- জিং—। ঙক্কী অস্বাইদা তুংগী শিংলী অমা ত্রিং-ত্রিং ত্রিং। কন্নাক অসি তুংলোমদা থোক থোক কোম্থোকপোই নীংই। নুপামচাগী থৌনাদা খা-চিক্লগা খোঙ অসি শেম শেমদুনা থাংই। অদু মঙাইরে হায়দুনা খরা য়াঙলপ চৎকে হোৎনরুই। ফৈনা হাইথগে তৌই। মুক্তুনা চৎপা লাক্ল রিঙৈদা নুংশিৎকা লোয়ননা নোং অসি নুঙশুক নুঙশুক’মুক চাউরদুনা বম-বম-বম। নোং তারক্লে হায়বা শারদুনা খোঙফম অনী মরি তহা তহা থাংলুই। মদুদা ঐগী লব্রাইদগী মহা-পোৎলুম অদু ’সুম লূমথরক ’সুম লূমথরক অহানবদদি ফৌপোৎ অহুম-মরিদা লূমলম্বোই নীংই; মাইল মখায়মুক চৎশিল্লক্লবা, নোংনা পুমচোৎ চোৎলক্লবা মতাং অদুদদি ট্রক্ষ-প্রভূ অদুনা লূমলকপসি সোড়োক কোইলাস থাবদা লৈতেম তেমশিন্নবা ইঞ্জিন্না চিংবা য়োৎপুমগী রোলার অদুগুম্বা মাপললোম লূমথরক্লে। নোং মরক অদুদা য়াঙলেন্দা হুমাং অনপ্পী কারক্লে, খুয়াদা মৈজাউবী চাকলক্লে। চাউরাক্লা নুং-পান ওল্লে। মদুগী নুমিৎ অদুদা সরকারগী মাইল অদুনা শাংলম্বসিসু অতৈ মতমগী মাইল মাপল্লোম ওইরম্বা য়াই।

উচিন-নাচীন্না য়ৌরে। ঈশৈ শকপী অহুম অদু দুকান মপু অদুগী গান্ধীদা হেক ফন্নদুনা ব্রারী শাদুনা লৈরম্মী। চুরীদা ফনা কুইনা কনানো অমদি থোক্লক্কব্রা হায়দুনা ঙাইদুনা লৈ। থোকলক্তে। উখোকতেন অমদা লামদুনা পায়রগা অদুঙৈ তেনজিংনা এভারেষ্ট মতোন্দা উনগী শীংজংদা ঙাকলৌ পীরগা মশাবু চিংখৎচবগুম চিংখৎচরে। পোৎ অদু থাবিনবা মী অমা থোকলকপরা হায়না ওম্থোক্লা ব্রা-না ঙাইহাক লেপ্লি। থোকলক্তে। মওং অমনি খন্দুনা কোক্তগী প্রভূ-ভার অদু থবাকলোমদা শিথহন্দুনা খুকউদা ঙাক্লগা লৌথজরে। খুরাইগী শরূ অসিদা ট্রক্ষ অদুগী নাকচীনা তকফাৎখিববু ইমিত্তা ইমাপোকপী ইবেল অদু শং শং উই। মশক খঙহৌদে হায়দুনা নুঙনাঙলম্ব’দু নুমিৎ অদু ফৈ— ইবেল মশক খঙজহৌরে। নোংসু মতাং অদুমক্তদা লৎলম্বদগী পুমলৎ লৎখরে। মওং অদুদা ফমথনিঙদ্রদুনা ঐগী গাড়ী অদু পায়রগা চৎলগে হায়রুই। তাকলমদবা ফজদে হায়বগী তৌবনি ব্রা-লান করিমতা ঙাঙনিঙবদি হায়রুনু—।

— ইবেম্মখোয় ইবুঙ য়ৌরগে।

— ফনি অদুদি পঙব্রা-ব্রাবিরেদো ব্রারৌবিনুকো।

‘এ করিগী—’ হায়দুনা পে-রদুনা কপ্লিং কপ্লিং মোমোন মোমোন তৌরম্রগা গাড়ী ঈন্দুনা থোকলক্লে। রং থাবা কুইদ্রিবা উপু অদুদগী কন্না তক্লবদা পুমতৈ তৈরবা ফুরিৎ অদুদা হস্থনা অমুক্তং য়েংলগা মচুম পোপ-পোপ তারবা টাই অদুনা মায় মিৎ অমুক্তং তৈথোকই। ইচোৎ চোৎনা ফারবা শম অদু ওয়গী খুৎশা লোনশিন্দুনা শমচেৎ হাৎপা ওইনা লু-তুংলোমদা শৎ অমুক্তং হাইগৎলগা গাড়ী কাখৎকে হায়দুনা খোঙনেৎ মতা য়েংনা য়েংনা দুকানগী মাঙ্গোনলোমদা লৈদুনা য়েংখিববু ট্রঙ্ক-প্রভূ অদু মহাভারগী শায়োন্দা কৃন্দুনা লৈরম্মী। উরুবদা শ্বায় লাওই, খোঙদগী তোন ফাওবা তু খ্যাও চুংই। চিক চিক লাউরিবা খ্বাং অদু মেৎলগা গাড়ী তোংখত্নুনা থৌগৎলক্লে।

য়ূম চঙফাত্তে, ঈশিং ঈশিং, অশাবা; শাহল্লু লুম্মু থিল্লে হায়দুনা লুমহল্লগা ঐখোয় শ্রীমতীদা য়ৈহনবা হিগা অসি মিৎ ফাওবা খাক্তে। মদুদগী য়েৎলোমদা চেপলম্বদগী ওয়রোমদা য়াওনবদা মী অনী অনী চঙদুনা ঐবু ফমশেন্নব’সি, চনাং ইন ইন্দুনা নুমিৎ মাপন্নি পূরানি। তরানিগী অয়ুক্তা হৌগৎলি। চৎপা খরা খরা য়াবগুম তৌই। দারী অকা-অকুমগী ব্রাদি লায়রি ফমলম্বদগী হেক হৌগৎপা, হৌগৎলম্বদগী হেক ফমথবদা খ্বাং য়াঙলেন, লেংজুম অসি ফো-ঙ ফোঙ কায় কোক ঙাওফিং ঙাওফিং তৌই।

ইমাই! নুমিৎ অদো!! ট্রঙ্ক অমুবদো!!! ❑

# ঐগী রেডিও

কয়াদি হেক ফজরে ঐগী অনৌবা রেডিওদো; ফজৈ; ওখাক ফজৈবো। পঙব্রাংদি ব্রাংদে শাংলপ তৌরদনা অহাংবা মেজ মচা অদুদা পুমথন থনবোই নীংই; বেন্দ অদু, মৈ থাদোক থাজিন তৌনব'দুনে, ব্রেব ওম্বোক ওনশিন তৌনব'দুনে করিনে মাপলদি শুফাৎত্রবসু তরেৎতি হেল্লে। ইলং লংলদুনা মখোল থোকলকফম অদুদা বর্মাগী চীংশুমক্কী মচুনি; মরক্তা ঙাংলি ঙাংলি তৌবা লৈই মচা মচাকা চেল্লদুনা; ওম্বোক্লা পাম্মী। ফজৈবো ইমাঙনি হায়দুনা হায়বা নত্তে, ফজৈবো। মদু হেক থম্বদগী ঐগী তুমফম চাফম থকফম, মী-ফমফম পূন্না ওইনবা কা মচা অদু পুম্ঙান। ঙাইহাক চখোকলুই হঞ্জিল্লক্তুনা মায়খুমফি অদু শৎ হাইগত্তুনা য়েংই, ফজৈ। ঙাইহাক অমুক অম্বাই ফাওবা চখোকলুই অমুক য়েংই, অম্বাইফাও ঙাহৌ ঙাহৌ চৎলুই হৎ হল্লক্তুনা য়েংই, নাল্লি তৈথোকই। অউবা মীনা উরম্লবদি হায়না চিংনদুনা পর্দা খল্লবা থোঙনাও অদুদা লৈথোক্তুনা য়েংলুই। ফজরম্বগা য়াম্না পামজনা চেঞ্জরুবগা লুপা চনী'মা চহুম্ম'দুদি পাম্মূদরে। শেল য়াম্মেমখৈ থীদুনা থাংথনরুরগা ঐখোয় অবোক্কী চন্দোল

উপু অফৈবা অদু মানবসু পিক থন্না য়াওরি। ঐগীদি লাইবক ফবা হায়ব'দুনি ঐনা খঙলক্তুনা তৌরুবসু নত্তে, তান চাবা হায়ব'দুনি। পামজবা হায়ববু অহিং মিকপ থোকলকপদা, পোদোন থোক চুখৎপসু ইকাই, মৈখেৎ খেৎলগা অমুমুক য়েংলিবা জাৎনি।

মমিংকাসু ঐনা অমুক্তা তাদ্রিবা পুমনৌ নৌবা রেডিওনি। খবর অমদি অতৈ চেফোঙ মমুদ তানা পারুবদগী ঐদবু থেংনরুবনি; মণিপুরদদবু নত্তে আসাম, বেঙ্গল, অৱাং নোংপোক মায়কৈ অসোমদা ঐগী'সিনা ইহান হানবা ওইরিনি। ফাগি-ওই করিওই পোষ্টকার্ড অমদা খোৎলগা থাদখিবদগী কোক হেক থারক্লে। তান-না চারিবসু ঐগী ফংজৌ হায়ব'দুনা, রেডিও অসিগী মপু ওইজৌ হায়ব'দুনা চহী তরেৎলোম শোৎলুরবা অচেনবা স্কুল অদুগী তলব অদু সরকারনা পীরক্লে হায়দুনা ফংবা মতাং হেক থোকউরে। খরা ৱাৎপা অদুদি মরূপ মপাংদগী খর'মা লৌরে অদুগা মতম অদুদা ওফিস অদু শেঞ্জা থুমজা মচা অমতা হেক থেংনরুব'দুদা চপ হেক চারে। থুংলরে হায়বা পাউ হেক ফংবগা ডাক-ঘরদা চত্তুনা হন্দোকলুরগা ওফিসতকা চঙলমদরে সীখা য়ূমলোমদা লাক্লে— অমদু কোল্লদুনা।

অমা লাক অনী চঙলক অহুম তিল্ল; নুপী অঙাংনা ক্রক ক্রক ঈন্নররে ঐগী মৌ-অনৌবী-রেডিও য়েংবা লাকপনা। য়োমলকপা চে-ফি অদু নীংথিনা লৌথোক্লে। লৈরম্মী লংলদুনা, ফজৈ ফাদি-ফরা মরক্তা মণিমুক্তা য়োমলম্বা থেংনরুব'দু মঙায়, নীংথিজৈ, মেজদা লৌথোক্তুনা হেক খিনবদা ঈশৈ শক্কদবগী, ভাষণ পীগদবগী থৌরম পরেং লাম্থোক্লক্কদবগী হান্ননা ময়া কাদুনা ঙংদুনা ঙাই' লৈ।

হায়ন-লাক্লরুদে গোপালনা খোঙগ্রাও থোক তাখত্তুনা তুলসিবোং ময়াদা হৌরিবা কৌবিলিয়াদা তাপ তাপ কাখৎখি-এরিয়েল তারা হেক্তা তিংলুই। আর্থ কনেকশন হেক্তা শমজিল্লি। কোক পানশিল্লি, তেক হাংই, কিৎ নম্মী, উরু উরু লৈ মখোল হৌরপনা অহানবমক্তদা শকলকই—

... ... ... আয়া কোঈ।
বাগোংমেঁ বাহারোংমেঁ আতা জাতা
আয়া কোঈ, আয়া কোঈ... ... ...।

ময়েক শেংই, ফজৈ গৌহাটি ফজনা ফারে। অব্রাংগী তা কালা হোবে হোবে চঙলকই। করি করিনো হায়রে। থাগৎপনি হায়বদি খঙই ময়েক করি করি হায়খিবনো ঐ কাউরে। মীরক খায়-খায়দুনা লাক্লগা চপ লেপ্লে; অমুৎপা বীড়ী অদু মনাদা কোক য়েপশিল্লগা লৈররে-হুৎ-হুৎ য়াম্না খঙ-হৈনা হোৎনরে। তা কালাগী খূৎলৈদা মখোল খজিক ওল্লগা নুরা রেডিওনা ঈংনা শকলকই,

জীবোনো বোন বেগে পাগোল পরা

আমী... ... ...!

মখূৎ মশা শেমদুনা লৈরবা নিমায়চান্দনা তা-কালাগী মফম শিল্লগা ব্রাকৎপগী মওংদা কোক শেমদোকউরে। থৌদা ইনবদা মথক লৈত্রবী রেডিও দেবী অনীরক হায়নদে লাউরকই মখোল অমুক ওল্লগা–

"ডিস ইজ ওল ইন্দিয়া রেডিও, ডি নিউজ রেড বাই সুমিত্রা নায়র... ...

অসুম্না দিল্লী ফারে, মাদ্রাজ ফারে, বোম্বে, বিবিধ ভারতী লোয়ননা সিলোনগী খোঞ্জেল নীংথিনা ফারে। ময়াম অদু পেন্নরে। অপেনবগী ব্রাহৈদা কল্লকপগী মিৎফম ঐনা নৎত্রবসু অতৈনা উনহৌবা য়াওই।

মঙানি তরানিদো ফরম্মী। ময়েক্লা শেংলিবা; মখোলনা নুংশিরিবা মপাবু লৈতবোই নীংনৈ। ময়াম্মক্লা ঐবু থাগৎপি। রেডিওগী মরমদা কারবার তৌরিবা হৈশিংলবা কাঙবুনা ঐবু হন্না হন্না থাগৎপমক তৌদ্রবসু মীওইবগী লাইবক্কী মরমদা দার্শনিক অমগুম মাগী মত ফোঙদোকখি। মঙা-তরানি অদু কনাগী মীগী থবক, ঐগী ইথৌ, সরকারগী দণ্ডি করিসু নীংশিংলুদে। লুহোংবা অনৌবনা খুদৈ ঙাঙনা লাংবা অমা খুকউ মখা চোম্প্রপ শেৎলগা শুমাঙদা, য়েনখাদা, লাপ্লবদা ইখোল মতোনফাওবা ঙাহৌ ঙাহৌ চত্নুনা শংব'দুমঙাই। মীনদি থাজরোই, লুহোংবদগী শরূক কয়াতং হেন্না পাইম নৌথোকখি ঐ।

নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদি অয়ুক খুৎলামখামদগী অদুম হৌরে। হায়রিবা নুমিৎ অসিদা ঐখোয়গী আফিসতা থবক তৌমিন্নবী নুপী অহমখক– অমদি মৌনি অনী অমনা খোয়নৌ মতা শারেপ ফারকপদগী পংয়াক য়াকশিন্দ্রিবী ঙাক্লি – মখোয়'দুনা ঐগী রেডিওবী অমা লাক্লে তাবদা অমুক্তা য়েংনিংখরেদা হায়রকপদগী ঐনা শোয়দনা

লাকপিনবা হায়জিল্লুরে। অমুক্তবু নত্তে নমহায় নমহায় মরি-মণ্ডারক হায়জিল্লুরে। থাংজ নুমিৎকী আফিস কাদগী থোকমিন্নরকপা অদু ফাওবদা শোয়দনা লাকউ হায়রুরে। রেডিও য়েংহন্নীংবগী ব্রাদি লায়বু লায়রদুনা লৈশাবী অনীদুগী মনুংদা মুরঙ তৌবী রাশি লৈবী অদু ঐনা পামতক চারকপা কুইরবনি। হায়গে হায়গে নীংবদগী হোৎনগে তৌরুবা হৌজ হৌজ অহন্নক্লুম্বা শুররিনি। মখোয় অনী অদুমদি লাক্নে লাকসনু লাকওই তোক্লবসু হেন্না ফৈ। ঐগী হায়রববু মুরঙ তৌবিদো, মাদা ঐখোয় য়ূম খণ্ডহনখ্রগা লোইরে। অখোংবী অসি উহন্নীংবগা লৈফম খণ্ডহন্নীংবগা অপাম্বা অনী হেক পূনখিবনা অয়ুক অদু য়েন-কাদি লায়রদুনা মকু ফাওবা তূমদ্রি ঐনা য়াহৌবা।

ঙরাং নুমিদাং ইমানা কৈথেল কাবদা লৈরকউ হায়খিবা অচা-অথক ময়াম অদু মথং মথং য়েংলে। শেম-শাবা য়াবনা শেমজিল্লে, ঙৌ-খোৎকদবা, থোং থাক্লদবা অতৈ অপূম্বা ইচন মরি'দু হৌদোক্লুনা লোইহল্লে। কাবুদি ঙরাং নুমিদাংনা লৈতেংলন্নবনি। অয়ুক্কী থবক হেক লোইবগা চুরুট অমা ফৈনা চপ্পদুনা রেডিও দেবীদা পূজা তৌনবা চঙলকই। তেক নম্মী, কিৎ নম্মী শৎ শৎ লৈ, হৌরকই–

'... বন্দে মাতরম... বন্দে ... মাতরম'

'বন্দে মাতরম' লোইখরে। থৌরম পরেং মথং মথং চথরক্লদবগী ঙাইহাক লেপ্পুবগী অমুক হৌরকপা মতাং অদুদদি হৌরক্লে–

'ভুক .... ভূক! গো...' ভুক ব্রক ভুক-ভুক...।'

বেন্দ অমা নমদুনা য়েংগে তৌরকপগী অদুদা মখোয় অহম অদু লাক্লে। চেঙ্খোক্লুনা ওকলুরে। চঙমিন্নরক্লে। নীংথিনা শেম-শারবা অব্রাইবা লীগী চৌকিশিং অদুদা ফমহল্লে। অহম অদুনা মাগী মাগী ফজ ব্রাহৈদা ঐগী অনৌবী-অখোংবী'দুবু থাগৎলি। তমুবী রাশি অদুনা হায়রকখি,

– চুম্মীদনা মীনা হায়নবা ফজৈ, পাজরেদা সত্য।

মদুদনি ঐনা চুরুট লাল্লুরিবা। মৌ অদুনা ফাগি তাথোকপা মওংদা উবিরমদ্রবদি ঐবু পেং জাৎ অমা ওইনা তৌরে-কা খনখ্রবদি ঐদি লোইরে। "চা-নুংদি লায়রি তারসি কমদৌগে য়েংলসি।" হায়নরকপগী অদুদা ঐনা ইতা তানীংদবা ইথৌ থৌশাদবা শাশন্নদুনা তল্লপ্পা হৌগৎলি। হংই ঐনা ওনশিন্দুনা,

— করম্বা ষ্টেশন তাবিনীংবগে, ভোইস ওফ অমেরিকা তাবিনীংব্রা নৎত্রগা বী বী সী?

— ঐখোয়দি অমা হেক্তা য়াই।

— হে-রা ঈশৈদুম তাসিবা ইচে।

— ফৈ, অমা হেক্তা তৌবিরো।

— ফনি, অদুদি অরিবা ফিলমগী ঈশৈ অসি, সিলোন হাংজরগে।

— ফরেনে!

তেক, বিৎ, শৎ, শৎ! মদুদগী মানা তৌথোক্লকপা কর্ম্মদু খল্লুবদা তু চুংই। অহানবমক্তদা ঙংলম্মী— ব্রং ব্রং ঙুং— ঙুং...। ঐ থৌশারুদে। হায়খি, ষ্টেশন হাংদ্রিমাল্লে। তমুস্না অদুনা ঘড়ী য়েংলুরগা মতমগী হায়রুরবদি হেল্লে হায়রকই। খুদাং লৈখত্তুনা য়েংলুই পুঙখায়মুক হেল্লন্লে। ওন্নরব্রা কৈনো হায়দুনা শৎ শৎ লৈরগা মপা চা-না থমলুবদা কয়া নীংথিজনা শকলক্লে— 'লার লপ,লার লপ— — দা।' অহম্না থাগৎলি। এ, লিরবা অমা তানি তানিং লৈরম্বনি, কুইরেদা তাখিদবা হায়রকই। ঐ চাউথোকলপ নোকই। পুরকপা চা অদু থকমিন্নবা ফমগে হৌরকপগী অদুদা হৌরক্লে—

ব্রিং—ব্রিং —ভুক-ভুক... ভু—ক— — লারলপ ভুক-ভ্রুক; অজি — — উইস— হ্-ই-স!! ...ঝুথে লরি— ভুক— গ্রে-গ্রে... ক্রুক...ভুক...গো...।

চঙশিন্দুনা শেম্মুই, লৈরুই। য়ারে, শকহৌরে। হেক ফমথরুবগী অদুদা — গে — হুইস... হু—হু... গ্রোক...। মিৎ-না য়ুংখত্তুনা শেম্মী। কয়া কুইরনো শেমলক্লিবা ঐ ভাব তারুদ্রে। অমনা হায়রকপা তাখি,

— চা ঈংখ্রে। সিলোন লাপমল্লমাল্লে গৌহাটি হেক্তা থাবিরম্মো। ইম্ফাল ওইরবসু য়াইদা।

— ফনি।

ঐনা থারুরিবদো গৌহাটিনি, ঙাঙলক্লিবদো ইম্ফালদগীনি। অমদা কিৎ নম্মী— ব্রিং... ব্রিং... অমমুক নম্মী, হুইস... হুই...স; অমদা য়েংই গ্রো.. গ্রো.. গে...। অমনা হায়রকই,

— অ গৌহাটিদদি নোং চীং চুবা, নুঙ কিম্থরকপা য়াওবা ড্রামা অমা

তৌরিমাল্লে—, অদুদুম তাসি কৈদৌবগে।

— "আ মাগীসে, এরিয়েলদা নুংশিৎ ফুরমাল্লে য়ারনি" — ইকাইবা খাংলপ ঐনা খুমখি।

হু— — ইস, হু—ই—স, উং— — উং।

— "করি ষ্টেশন ওইরবনো?" — অমুবীনা হংলকই। "বিবিধ ভারতী ওইরমাল্লে" — মৌ অদুনা খুম্মী। "ও নোংমাইজিং নুমিত্তদি ড্রামা লৈবগুম তৌবনি। নোং নুংশিৎকী দৃশ্য অমা উৎলিমাল্লে; হলুব্রা অসি ঐখোয়দি হৌজরে" — অমুবীদুনা হায়বা তাই।

— ফনি হাবিরো, লৈরি...।

অমনা অমা হায় অমনা অমা খুম্মী মখোয় অহুম অদুনা ঙাঙলি। ঐদি পোইনুগী অয়ুক অঙনবা অদুদা য়াংলেন্দা হুমাং কাররক্রে। উচিন নাচিন্না য়ারে লাউরকই... লৌবিরসি পায়খোম্বনা শকপা লাইশোল ঈশে অহুমথক মথং মথং ওইনা ভুক! গো... ঐখোয়গী ইম্ফালগী ষ্টেশন অসিনা মরক মরক্তা বেরা হেক হেক তৌবসিনা—!" — অমনা হায়।

— "হোয়নে।" —খুম্মী করম্বনো অমনা। বেরা নত্তেদা টেপ রেকোর্ড মখোলনি।" হায় অমনা। ঐ মায়কৈ মমশিল্লক্রে। গ্রে... গ্রো... গ্রোক ব্রং... ভুং... হু—ইস। অমনা হায় — 'এ, এ, চুম্মে। মেচিন উংবগী মখোলফাও হেক ফাবা ঙম্মী। হন্দক্কী রেডিও অসিদি ফৈ।" রেডিও অদু লৈনা লৈনা, শেম্না শেম্না মখোয়না ঙাঙনরিবা পূম্নমক নাকোংনতা নত্তে আ— দীর্ঘ য়ৌনা শোক্লা তারি। ইন্দ্রি নিকলক্রে ঐগী। খূৎ নিকলক্রে। কমনো তৌরিবসিবো, ঐ ঙসিদি কূম্মে তারেদনা তারে, কূম্মেদা কূম্মে অতাক্লরে। চানা চানা ঐঙোন্দা অমদি ঐগী রেডিওদা মুন্না য়েংলগা ফাগি হৈবী মৌ অদুনা ঙাঙলি। কনসু কল্লিদা মাগী মচীন্দো! অনী'দুমদি খরবু ফৈ, মানা হেক ঙাঙবনা, মী মচা অনীদু করি খল্লিদগে।

তৌহিক্লিবনসু রেডিওনে'বা অদুসু মখোল খোকশিল্লক্রে। ঐবু লাঞ্জরক্তবনিদা! অমুত্তদি ময়েক মশা শেংনা শকউদা, য়ারোই হায়বা লৈরগসু মখোয় অহুম অসি চৎথ্রগা পুক্সিগী ওইনা য়ারোই হায়রবসু ফরে। হে ঈশ্বর, য়াবিয়ুদা! নাম থনুংদা নিংশিংলগা চমম্নরবা বিভুলা মরক অদুদা অনৌ অনৌবা আশাগা লোয়ননা লৈরি, নম্মী উংলি।

শক্কে, ঙাঙদে। ঙাইহাক লৈরগদি ঙাঙবা লাউবা গো-গো তৌবা অদু চপ লেপখরে। খরা ফরমাল্লে খল্লুরগা মখোয়্নি হায়বা মরিক মা ফাওবা থোকলক্তুরে। লৈ, নম্মী, মেৎলি, উংই। শক্কে ঙাঙদে, খুমদে তূমিন উতুপ খিনগুম লৈখ্রে। উপায় লৈত্রদুনা ঐ ওন্থোক্লা তম্না মখোয় অহুমগী মমাঙ অদুদা ফম্মরে। ব্রারী পাক-না শারক্কে। ঐসু ঙাঙলুদে। ঐনা লাকপদা মৈ অদু মুথৎলমদ্রবমাল্লে ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা অমুক তপ্না ঙংলক্লে— উং... ... ...

গ্রে-গ্রাগী মখোল য়াওরক্কে। অমুবী অদুনা এ, খোংলক্লে য়ারে, হায়রকপা অদুদা ঐখোয় মরি পুন্না রেডিও অদুদা চপ মান্নলা য়েংশিল্লি। অঙংবা মখোল অদু অসুম হৌরক অসুম হৌগৎলক 'সুম কনখৎলক— ব্রিং... ব্রিং...হুই... হু...ই...; মমৈথংদদি কা অদু কায়খ্রবোই নীংবা মখোলদা ফে—কস! ঐ খংপ্রেক খংই। য়েংখিববু শংলি শংলি তৌবা মৈ অদু মুশিন মুবা মরিক মরিক পরেং জাৎ জাৎ অমা ওইনা তৌথোরক্লে। অতৈদি খঙদে ঐদি ঙকখিবনা ভাব অমা তৌরিঙৈ চৈরক অদুদা কিবা অমসু য়াওরক্লে। মতাং অদুদা অঙৌবী মৌ অদুনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরদুনা হায়রকই— এ, এ কমনো হন্দক্কী রেডিও অসিদি টেলিভিজনগী শরুকসু য়াওরে ঈশৈ শকপা মী অদুগী মকোই অশাংব'দু উরে তো তো-য়েংউ।"

থাজরুই ঐসু। ঐগী ব্রাখলগী শক্তি চৎখরে; মায়কৈ পুঙমম মমখ্রে। মখোয় অহুম করম্বা মতমদা চৎখিবগে ঐনা করম্বা মতাংদা থিন্দোকলুবগে ঐ খঙহৌদ্রে, ঐনা ভাব খরা খরা তারকপা মতমদা ঐগী রেডিওনা উং... উং.. গ্রে...গ্রে... হুইস—হু-ইস বে ভুক ভুক...। ❑

## নুংশি চিঠি পরেং

শকখঙদ্রিবী,

য়ামদ্রবদা ঐনা খরা হল্লমগদবনিনা ইবেম্মা হায়না হেক্তা মিঙ্গৌরগে, ব্রারৌনু। চিঠি অসি ফংবদা থাজদবগা লোয়ননা অঙকপা ফংনা ঙক্কনি হায়না খল্লি, অদুবু ঙাইহাক ঙকলুরবসু খরা হন্থরকউ। ঐ কনানো হায়বা শমলপ্পা হায়গে—

থা অমা অনীগী মমাঙদা ইবেম্মবু কনানো অমনা হায়রে হায়বা খঙলমখিগনি। ইবেম্মখোয়গী অহল লমন্না লাইরিক খরা তমহনখিগনি, থাজ-য়োনজ মতম খরা ব্রাৎলি হায়রম্বদগী ইখঙ খঙহৌদনা পীখ্রে, পীনবা তারে হায়না লেপ্পরে হায়বসু তারম্বা য়ারে, তাফমসু থোকই। মঙানি তরানি, থা অমা অনীসিগী মমাঙগী ব্রারীনিকো মথক্কী অসে। ইবেম্মনসু অহল লমন্না হায়রবদি অদু মঙাইরে হায়না য়াবিবগুম্বা অমা তৌরে হায়, ঐনা তাবদা। মশক মশা ইখঙ খঙদবা বর ওইজরবা য়ারিবা নুপা অদু ঐনি। য়ামদ্রবদা মিং ফাওবদি তারম্বা য়ারে ঐনা তারিবা অসুম্না।

অদুগা ইবেম্মা ব্রারৌনু, থৌদাবা তাকপগী ব্রা নত্তে, সুম খন্নবগী ব্রানি,

হয়েংবাই মৈরৌ হেনজিন্নব্রগা চাগা কাখিগদবগী মহত্তা ইবেম্মরোমদগী অককুবা মত অমা মায়কৈ অনীমক্তী অহল-লমন্দা ফোংদোকহৌবনা শাফরোইদ্রা? ঐদি ফগনি খল্লি। ঐগী থোইনা খল্লুনু ইবেম্মগী অপাম্বা অদুমক য়াই নৎত্রগা য়াদে হায়বা অদু অশেংবা হেক্তা হায়দোকহৌবা চুম্মী। শাউগনু–

নহাক্কী

শকখঙদ্রিবা অমা

মিংতমক তাজরিবা ইবুঙো,

থাজ-জদ্রিবা চিঠি অদু মতম চানা ফংজরে, পাবদা মপোক অমা পোকপগুম খনজৈ। নচন্না হান্না খনজখিবা কুইরবনি অসুন্না করিগুম্বা মতমদা ইদুনা থাজগে হায়না। অদুবু লময়ানবগী থবক ওইনগা থোকখিবগা, পাঙ্গল শোনবীশীংদগা চনখিবগা হৌদোকপা ঙমজখিদরে। অসিগুম্বা মওং অসি হৌদোকপিরকপগীদমক ঐগুম্বী অহল-লমনগী য়াথং ইনগে ঙাইজরিবীশিংগী মায়কৈদগীতা নত্তনা শকখঙ অমদি নুংশি লুহোংদা থাজবী ইতারোইশিংগী মায়কৈদগীসু হন্না হন্না থাগৎচরি।

নচন্দা খজিক লমজীংবিরকখিবা ব্রাহংগী পাউখুম পীজরি।

– ঐগীদি অনী মরি শুজদবী ইমা অমদি ঐবুতবু খনবিদুনা লৈজরিবা পাবুঙ অনী অসিনা হায়রবদি লোইজরে। অদোমদা মওং কায়খিগদবা লৈরবদি চাউরাক্লা য়ারগনা, অককুবা মত অদুমক ফোঙদোকপিবনা হেন্না ফগদ্রা খঞ্জে। ননাওবু ময়াম মমাঙদা ইকাইহনগে নৎত্রগা চানবীগে অদোমদা লৈরে। 'সুম ফনি খনবা অমা তৌবিয়ু মওংতদি ঐঙোন্দসু খঙহনবিরকউ। অদোমগী মত অমদা ঐগী অরোইবা ব্রারেপ্নি খনবিয়ু। লোইজরে।

অদোমগী ইজরকপী,

অমা–।

অহল্লমন নিঙবী ইচন্দা,

হনবিরকপা চিঠি মতাং চানা ফংজরে। ইবেম্মগী পুকচেল পুরকপা চে-মচেৎ অসিবু পেন্না থাগৎপা ঙমলুনবা ব্রাহৈ মতিক চানা লৈজদবনা ঙমজদ্রে। ইরকপা মপু মহাক অদুগী মরীদা করি খল্লম্বা য়াবগে ঐসু খঙদে।

ইবেম্মগী পুকচেলনা তাকপদি অহল লমনগী বাক্যনা দেব-বানীনি, মখোয়গী

য়াথং ইনগনি অসিনি। অদুনদি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি কোকয়েৎ-পোৎলোই অমদি লৈ পরেংগী মওং অমা লাক্লবা তারিব্রা হায়না থাজরে। নুমিৎ অদুদদি ঐখোয় অনী ঙসিফাওবগী অসুম্না লোৎনবা য়ারক্লোই, শীলা ফিজংদগী থোক্লরকখিনি কেকু ফোঙনরকখিনি, কো! মতম অদুদা ইবেম্মনা ঐবু অহানবা হেক উবা মতমদা, নীংখা পুমকায় কায়নবগী শকফম পুদুনা লৈবা শোয়দনা থেংনবিগনি। ঐ অসি পাখঙনি, অদুগুন্নবা পাখঙনি মহাক অদুবু কনাগুম্বী লৈশাবী অমনা করিগুম্বা মওং অমদা পামলুবা নুংশিরুবদি হায়রুনু য়েংবা ফাওবা য়েংনিংদবা জাৎনি; — কোক অসিদা শমনি হায়বা য়াবা মুরপ তৌবা লংলা অমফাও য়াওদ্রে, লুহোংবা নুমিত্তবুদি কোকয়েৎনা খুমজিনখিগদবনিনা উরোই, য়ূমদা ইবান্নিদা ঙাইরবা মতমদা ওইরে শং শং উগদৌরিবসে। চহী হায়রা হন্দক্কী কাং অদুদা নিফুদা পংথোই থোইগদবদি নত্তে। খল্লু মুম্না খম্লৌ। খুয়াদগী খল্লগা পাউখুম পীরকউ। নিঙমদবা হায়বসিসু লায়না মখল অমনি কাউগনু। লোইরে।

নহাক্কী
রতন সিং

চানবিরকখিগদবা ইবুংঙো,

পীনবীরকপা চিঠি ফংজরে। ইবুংঙোগী পাউ তাবদা হেন্না নুংঙাইজরে। মরমদি হায়জবা ঙমজদদুনা লৈজরন্নবীনি ঐসু। অদুবু ফোংদোকপা হৌবিরক্লবনিনা ননাওসু করিগুম্বা খরদং ফোংদোকচরগে।—

ননাওগী ফীভমসু পংনোপ নোপ্লোইদ্রা খঞ্জে। ঙসিফাওবা চহী কুম্লমঙা-তরূক লৈশাদুনা হাইনা-হুম্না পাঞ্জরকপগী মনুঙ অসিদা কনাগুম্বা পুকচেল চাউবা থোইমুনি হায়বা য়াবা জীব অমত্তা ঐগী মাঙদা তুবৎপু চৎখিদ্রি। থোইমুগী ব্রাদি লায়রদুনা মুরপ তৌবা জীব অমত্তা ফেৎ হায়খিদ্রি। মরমদি লৈরাং ওইবীশিংগী পূম্নমক্লি হায়নবা নীংথিবা হায়বা শুণ অদু মরিক অমা ফাওবা য়াওদবনা। য়াম্না হায়জরুরগা থোইনা কান্নদে, হয়েং তুংদা নুঙাইবীরক্তবা য়াই শক্কী মতম অসিদা থম্থবিহৌ, মতম খজিক লৈরিঙৈ অসিদা। খনবিয়ু।

অদোমগী চান্নবী
শীলা দেবী।

কুমারী শীলা দেবী,

নঙগী চিঠি ফংলে। নুঙাইরে। অশেংবা অচুম্বনা মমৈদা জয় ওই হায়বা ব্রা লৈ। ঐগী অশেংবা মূর্ত্তি তাক্লগে। নঙ কিগনু, খং-লাক্কনি, ঐঙোন্দা খংখিবা অয়াম্বা মমা কৌবা নংনখিদে। — কা হেন্না নোয়ঞ্জে হায়বতনি ব্রাংদা লাক্কুবা নত্তে ফুট মরি মখায়গী বোল শীঙনবা ইকোম কোম্না য়াওজবা অদুম ফংগদবা জাৎনি! অঙাং ওইরিঙৈদা চৈতেক্কোৎপী শীঙনবদা মিৎ নামদি ঈশ্বর লাইরেম্বদা কথোকখরে। চহী মতাংননি খঙদে ঐনা তৌজরুবা কর্ম্মননি খঙদে অহানবদদি ওয় থংবা নাকোং অসিমত্তনি খরা তাথীরম্বা, হন্দক চহী অম'নী 'সিদদি য়েৎ অসিসু ময়েক মশা খঙদে ঙোং ঙোং ঙংদুনা লৈখরে। মিৎ অমদি নাকোং অসিদি অমমম্না পুন্সিনি হায়নরিবনি। নঙগী ওইনা খলহৌ, মতম অসি পংলৈ লৈশিল্লক্কবনি।

নঙগী—

লিরবা কুমার, রতনসিং

নুংশিজরবা,

পূম্নমক পাজরে, খঙসু খঙজরে। হৌবদগী হেক হায়দোক্কে খনবদা ঙমদদুনা লৈজরক্লবীনি। হায়দোকপা হৌবিরকপা য়াম্না ফরে। থায়না নুপীমচা পূক্কক চাউরকপগী অদুদা অমাঙ্গোই তান্নবদা লাইবক চাউবী ইতারোই অমগা থেংজিন্নদুনা মথক থংবা য়া পরেং অসিদা য়াওরিবা য়া অসি চাউরাক্না অহম মরিদা মঙাইরে। চিনবান অসিনা চাক থোংবদা উইরুদুনা অশাবা লৈরংদা ভুশন্দুনা মখাথংবা চিনবান অসিমদি কমলা মশুং অকাবদু মঙায়রবনি। পুক্ক চাউরকপগী অদুদা টাইফোইডনা লান্দাখিবা, মাগী মনা ওইনা য়েৎথংবা খোঙ অসি চিংখরবনি, পঙনা চথোকচদে, চথোকপা তারবসু লনাইগী শেমজবা গাড়ী অমা ইথা থাজদবনি।

অদুগা শক্তী ব্রাদি লাইনা শাবনি। অদুদা মীওইবা ঐখোয়না খঙনা খঙনা শেমজখিবা, চুমথোকপা ঙম্লোইদবা লমচৎ খরসু লনাইগী ওইনা লৈজরি ঐনা খঙহঞ্জগদবা। ক্কা অসি নোংমদা য়ামদ্রবদা লোম্না অমদি ফোংনা মতপ ২৮শুম্বা চাজে; মদুনা খরা লৈজরিবা য়া অসি মোগোল মতমদা শারম্বা চেকপল অমনব'দু ঙাইরে। অদুদগীসু মথক্তা মৈথু শিজিন্নবা অসি নহা অমা ওইনা থোইদোক্না

হৈনজে— অঙৌবদি ঙৌ ইশা শাই হায়দুনা কয়া তৌজদে উনাগী অদু পূং কুনমরিদা মপুল তরেৎকাদি কোন্নফাত্তে। খনবিয়ু অদোমগী মত অদুনা ঐগীসু অরোইবা পুকচেল ওইজগদৌরিবনি। লোইজরে।

অদোমবু শোঞ্জরিবী:
শীলা দেবী

ঐগী নুংশিজরবী,

নঙগী চিঠি ফংলে। নঙনা হায়রকপা ফরে, ঐসু হায়নীং হায়নীং লৈরম্লবনি। নঙগী ক্লা অদুদি ফরি ঐদি ক্লাদা নত্তে হকচাং নুঙাইনবনি হায়দুনা অশাবা অসি, নোংমদা হঙ্গৎ-হন্দা লৌনবা নুঙাইতে হায়দুনা খিল্লগা হোৎনরে। মদুগী মরক অদুদা মিৎ-না শিংনবনি হায়দুনা হায়নবী কানি অদু চাং নাইরপ হোৎনরি। জ্বার হায়রা ঐগা থানবা শুকয়া য়াদ্রবা শিনফম্লি। হরান চিম্থিদি কয়া তৌদেদি হায়রগা তাঞ্জা ফংলবদি নাম্থোকহনখিবা সুকথেং থেংনদে। মীগী গাড়ী হূরুবগী জেলদা চহীমুক করিমুক্তনি হন্দক্নীদুদি। নহালব্রাই জেলদা লৈরুবা অদুদি মীগী লীক থৎলুবগীনি। খল্লু, খন্থবনা নথৌ ওইয়ু। লোইরে।

নঙগী—
রতন

ঐগী রতন,

চিঠি ফংলে হায়নরিঙৈদা হায়হৌরগে। হায়গুমসিরা খল্লম্বনি, নারুবদগী লোল য়ৈশিনখিবা কুইরে। খনবিয়ু। হায়রকপা অমদা লেপ্লগদবনি। শারৈ খরা খরা হৌজে হায়বদনি ঐখোয় লৈকায়গী ঙাক্রামখৈ ঐনা চাবনি হায়নৈ। কুইদ্রি ঐদি খঙবা।

রতনগী
শীলা।

ঐগী শীলা,

ফংলে, পারে। লুরিবা অমনা ঐ অসি নুপানি হায়জবতনি—। মুন্না খল্লু।

নঙগী
রতন।

ঐগীসু মবুংঙো,

খঙজরে। হয়েং নিংঙমহৌরোইকো, খনবিয়ু।

সুপ্নগী

শীলা।

লেপ্নখিবা নুমিৎ অদুদা রতন্দা শীলা লুহোংলে। নুমিদাংগী অহানবা উনবদা ব্রা অমতা ঙাওনবা তৌদনা শংত্রিক শংত্রিক য়েংনদুনা ফনা কুইনা লৈরে। অমনা ফমাংদা চপ লেপ্পী, নুপা অদুনা হনজিল্লকপদা ঙায়রি, থোঙজিন্দা লেপ্পী। অঙানবা মৈঙান অদুদা ঙাইহাক কুইনা য়েংনৈ। ওন্থোকপা অপাম্বা অমদি খঙনীংবা অমগা লোয়ননা কৌরকই রতন,

— শীলা—।

— তাকপিয়ু — মিরবা খোঞ্জেলদা শীলা খুমলকই।

— নখোয় নুপী হায়বা জাৎসিদি মহা মীনম্বী ঙাক্তনিদনা।

— হোয় নুপা হায়বা জাৎ মখৈনা লৌনম চাউবীবদগীনি।

অমনা অমদগী তাদে, হেন্দে। অমনা নুপানি হীরম খূদিংদা নোপত্রবা। অমসুং অদুগুম্বা বর অদুগী মতিক চপ চাবী কন্যামক্কি অমনা। ব্রাহৈশিং অসিগা লোয়ননা অনী অদু য়াম্না চীঙলেম্না মোমোন তৌমিন্নৈ। ❑

# মপা-মচা

ঙসিদগী চহী য়াম্খেরোম খরা শোল্লে ইম্ফাল সহরদগী মখারোমদা মাইল কুন্থ্রামুক লাপ্পা মফমদা লৈবা অচৌবা খুল অমদা অমুশাং কৌবা নুপা অমা লৈরম্মী। মমিং অশেংবদি অমুবা কৌজবনি, কুচু অদুগা মতা চাবনি, অদুদা ময়াম্না কা অমা হেন্না ব্রাংই হায়দুনা 'অশাংবা' হায়বা অসিমা নপশিনবীবনি। অশাংবা হায়বমক য়াই ফনা ফজনা ব্রাংই– মতা ইচা চাদনা। ব্রাংজরগতা তোক্তি কাক্লা ফমদেকপ্রবা ব্রাতোনগুম কোল্লপসু তারি। কোনবা মকোন্দবু তুংলোমদা মখা লোংলদুনা কোল্লি। পাখঙ মচা ওইরিঙৈদা পায়রম্বা লীচৈ অকোনবা অদু মীয়ায় চল্লক্লবা মাইবা শাদুনা কোয়চৎ চৎলবা মতাং অদুদা শাংলবা লীচৈ মশাং পায়রক্লে। (মতম অদুদা পায়নবা লীচৈ অদু চৎনবী ওইনা য়াম্না শাংনৈ কোনবগী মহুত্তা মরু চাউরপ য়াওনরম্মী। শুদুনা চৎনবগী মহুত্তা চিংদুনা চৎনরম্মী।) ময়াম্না শাংলে হায়না পায়নরিবা অদুদগী মসিনা কা অমা হেন্না মশাগী অশাংবগা চাননবা শাংই, শাল্লি।

ময়াঙদবু খরা কংজে হায়বতনি মরিম্না লৈরিবসি মচিংনা চাউরিবদি ষণপোৎ

খোয়বতদা অররেরোমগী ষণ অমোম অদু মমৈ খুৎহাই ফজদে হায়দুনা ঙন্তা কুমলক্লগা ইখোল মতোন্দা থৌরী তেল্লপ পুন্নগা ফৃথব'সি ফৃথবসি খুলগী চোঙলম চাদবদা হায়নরিবা পাখঙ ফাওবা মমিত্তা মপি তরং তরং ঈরা চেল্লি। ফৃমল্লবা অদুদা– 'ও...' হায়না লাউরন্নগা ষণবী অদু থৌরী বৎ থদৎলগা মমাঙ পাংনা চেনখিববু, অদুম হল্লক্তরে। চহী অদুদগী ষণ মপাং অমা লৈবা ফরক ইতা তাখিবদগী মাইবা অদুম শাবা হৌখ্রে।

ফিংলিবসু মহানি, মমায়না থকখিবনা মপা ব্রাই। কক্ত অমা ফৈনা চিংলদুনা অয়ুক ঙন্তা, নুমিৎ ফক্লাং শীখোঙ য়েরকপগী অদুব্রাইদা মথন্তা ইহান হাল্লদুনা থোকলকপগী অদুদা, লম্বেলদা মনেম্বোক অদুনা চৎলবরা অঙাং? হায়না হংলকপদা 'খুরাবু অম্বাই ফাওদা' হায়না থোক খুমদোকলুরিবনি। খরা চৎলগা ভাব খংতা তারকপগী অদুদা ইকাইরক্লবনি হায়দুনা লৌরীদা ফন্নগা থবক অদুম তৌদ্রে, কক্ত অদু থূন্ন হৈদোক্লা ওল্লা, থূন্ন ওল্ল, মন্নি মন্নি তৌবা ফাওবা থকই। শাউগল্লিবনা মচা অদু নুমিদাং চাক নোং-ফাদোক হৌদোকপা তারবা মতমদা, অমুক্তনি কৌরম্বা, খুমলক্তবগী অদুব্রাইদগী হৌরে মমিৎ অদু ঈ কাবা। নিংথমথাগী ঈংথ্রবা মতম অদুদা অয়োকপা পুলগী ঈশিং অদু তুম্বানা কল্লগা অঙাং মমায়দা জ্রাই। অঙাং অদু ইক, ইক ফুক হৌগৎলগা মনীংথোংলোমদা থোকখ্রে। করি করিনো ঙাওবু ঙাওব্র'দনি হায়জরুবা মাগী নুপী, অঙাং মমা অদুনা। মদুদা মখৃত্তা পায়বা তুম্বা অদুনা মকোক্তা পো-ক! নুমিত্তুমা চরা অদুম হেল্লে; অঙাং খিদোক-খিজিন্দা অহিং তূমদ্রে। কিগল্লিবসু নুংথিল পোবোপ্তা মখুলগী লৈরক অদুদা মী অমত্তা চত্তবগুম থোকপা মতমদা করিগুম্বদা হোরেল কোক হেক থেংনবসু খঙদে হায়দুনা হনুমান মন্ত্র মচিন্দা মুরুম মুরুম শোন্দুনা চৎলি। মতাং অদুদা লংনরিবনি নৎত্রগা কুইনা উনরুদ্রবনি হায়দুনা মঙোন্দা ফিংলপ কৌরুরবা কৌরুরিবা মী অদুমা খুদক্তা তোইরে, নৎত্রগা ওঝা মাইবা অদু মথন্তা পাখৎচখিদুনা থা'মুক্তি লাইকন্নবা শোয়দ্রে।

ওঝা অমুশাংগী মনাইনুবী অহল অদুগী গর্ভদগী হেক উদয় ওইবা হৈক্রু কৌবা অমথক্তা ঙায়জরবা মচানুপা অমা লৈ। মপাগী হেক মচানি হৈক্রুদো কৈনা তোকপা পোকপা হৌনদে মপামক্লি শাবান্দো। মনাতোন খংনম, নাখাং খংতেক। মমিৎ অদু ঙাক্রা, মপাদা মপাসিমঙাই। তৌবতবু মমাগী গর্ভদা লৈরিঙৈ থা তরেৎ

ফাগৎলকপগী অদুদা মপানা মাইবা অচৌবনিনা, মদুদা মশা ফরক্লবনি, লৌশিং শিংলক্লবনি কুইনা পুন্সিনবনি হায়দুনা মমা অদুদা পীজরিবা হীদাক, শোনখ্রিবা মন্ত্র; হৈক্রু অদু লৈতানা হেক লৈবা ঙমদ্রদুনা নুমিৎ, থা, থাবানকা য়েংলমদরে, অদুম থোকলক্লে। জন্মসু ফৌগুখোঙদা, মাইবা মাইবীকা অমত্তা দরকার লৈহল্লমদরে— হৈক্রুদো। তৌবতবু মা হেক পোকপদা মমা অদু হীদাক-ঙাম্বক অনীরোমদি জ্ঞান মাঙদুনা পংথৈ। থা খরা গুরমদবগী তৌবনি মপাগুম ব্রাংলম শাংলমগদবনি। অদুবু মতা অমা চাখিদবদগী চহী কুনগী অদুব্রাই ফাওবদা মাগী অতেনবা লম অদুমুক্তা ব্রাংলগা তোক্লে।

খুল অদুদা লৈবা থাইনা শঙলাকপনি হায়দুনা কোনুং পংকাদা কাদুনা লৈরম্বা, হৌজিক্লা অহল ওইশিল্লক্লবননি খঙদে তল্লক্লবননি খঙদে ফমদুনা ব্রারেমলোমদা ঈনখ্রবা মাইবম পাঞ্জি অদুদা অমুশাংনা মচাগী মীরেপ মীশাংগী মরমদু তানজরুবদা শঙলাক-মাইবা পাঞ্জিনা হায়বিরকখি— এ, ইবো'শাং, ব্রারুরনু খুরানা ইগুগীদমক্তা নুংঙাইমন্দ্রদুনা হাপ্তা অহম চঙনা খোৎলে, য়েংলে। ফল পীনবিরেহৈ অতো। নচাগী নরাইবক অসিদি কালমৃত্যু নক্ষত্রদা পাথ্রা যুক্তী ছত্রনা ফেৎ-ফেৎ হাইবা মতমদা যোগনী লাইজৌগী পুংফমদা পোকপনি। মহাপ্রলয়গী মৈরী লোয়নরকইহে।

— খুরাবু, খুরাবু।

— অদুনা নচানুপা ব্রাংগনি, চাউরক্কনিকো ইবুংঙো। শোয়দনা ব্রাংগনি। ঙসি ঙরাং চহী মঙাম-তরামসি অতো নঙ দোসা কয়া পাঙদেনকো।

— ইবাইবু, —অ খুরাবু। দায় য়াদবনা করিনো, হায়' কান্নদে। নহালদো নগুগী নুংঙাইত্রে, শঙ্গোম অসি চাং নাইনা খরা খরদং পীজনবা হায়দুনা যণ হাতম অমা লৈজরুবনি, আ শামুরৌদগী। শেলগু গুনা থীরমদ্রি, শেল-লুপা অহমগা মোরোক লাইতং অমগতা মথীরম্মী। আদা লম্বেলদা অসুম লাকমিন্নবনে ককচিং খুনৌ চঙদুনা ইতাও অমগীদা চাক চখোম্মুক্তা য়োৎলুরিঙৈদা কদায়' চৎখিরম্নবনো খঙদ্রে, লৈরমদ্রে। দোসা অসি পাঙদ্রি।

— হোয়নে, শনিনা শায়রক্লিবগুম তৌনা ফাওইনে। শনিগী ফল অসিবু নঙগীরা, লহাল কৈশাম তস্ফাজাউসু দোসা য়েংবিয়ু হায়রম্বনি, মাগীরা কৈনো— ভাব লাম্বা ফংদদুনা লৈরম্নবনি, নঙগী ওইবা তারে।

— হোয়, ওইরমগনি।

— অদুনা নচা অসি খরা খরা ব্রাং-চাউজরকই শনিনা কোক হেক চাথোক, খরা ব্রাংজরকই হেক শাইদৎ ব্রাংজন থীরিনে কো। অদু ইবো কুইররোই মব্রাংলক্লনি।

— কয়া য়াম্না ব্রাংলক্কনি তাদ, খুরা! ঐমূক-কাসিং?

— এ নঙনা ব্রাংবদি কচ্চানি নচাগী অদুগা পানরুরবদি। য়াম্না লুনা তমহৌদুনা হোৎলবনি লহাল নোংমা অঙ্কদা মমিং চৎলবা ইম্ফালদগী গুরু অমা লাক্লুনা নচাশিং তম্বিবদা ঐনা লোম্না তাহৌবনি— অদুনা নচা হৈক্রু অসিনা হৌজিক হৌজিক ব্রাংলিবা অসি কয়ানো?

— খুরা খুদুপ অহুম ফাবাত্তে।

— চহীনা কুন কো। অদুনদি য়াম্না শাংনা পাগুমসি মানা চহী হুম্ফু শুরকপা অদুদদি ব্রাংগদৌরিব'সি খুদুপ তরূক হায়বদি ফুট মাপল, ময়াম ব্রাংনরিব'সিদগী শরূক অনী, তু ঐখোয়গী শাইজিন অসি হেনদৌরিবনি।

তাবদা অমুশাং হরাওনা হল্লকখি। পাঞ্জিদুনা হায়রকপা মতুং ইন্না তৌখ্রিবা থৌ, থাখ্রিবা চাবান, কৎখ্রিবা ক্ষীর খুরুমখ্রিবা শনি।

হৈক্রু অদো মপাদৌনদি ফিংদে মমায়দবু খরা হেন্না থকলপ থোকই। হেন্নবা হেন্নদবগী ব্রানা অমনি কিগনবগী ব্রাদি মপাগী মচানি। নোংমা মমান্নবদা খ্রি কাপ্পী শান্নবদা মীনম চায় চাদে খৎনরকপদা খৎনরুই। মমান্নবা অদুনা থাঙনা য়ানগে হায়রকই হায়দুনা মপাদা থোক হেক তমলুরে। মপা অদুনা নঙনা হান্না য়াল্লুচো হায়না থাঙ থোক্তো পী। তাপ পায়রগা চেনখি। মমা অদুনা ফারমদ্রবদি মপামচাগী লীলা মখা চত্থরমলোইদবনি। ঈংনা লৌশিং চাউবীনি নুপীদি।

নোংমা নুমিদাং অমা, থামম্বা মতাংনি, নোংসু থিৎলী থিৎলী চুবা; মম্বনা হায়নিংঙাই লৈতে, মিৎ পাল্লি হায়বা থাজনদদুনা অমুমুক মা-মাদুনা রেংনবা মতাংনি; নুমিৎ অসিদা মপা অমুশাং অদু লীচৈ অদুমগা থেক লোংবা মথা অদুগা পুরদুনা মযূম তান্না হল্লকই মথস্তা। পূক শূরুবা হল্লকপনি। য়ম্বু অদুনা ঙা অহাওবা থোংই চাক চাখ্রসি হায়রবা অদুদদি, নুতিগীদি মন্নি মন্নি তৌফাৎত্রিঙৈদা লাক্লগা য়াচংবগী অদুদা ফূক হৌগৎতুনা মখূৎ নারে, মকোক লূমশিল্লক্লে হায়দুনা চৎখ্রিবনি। ঙসিদি য়েৎলোমদা 'মুক শূই, ওয়দা 'মুক মেৎলি, নঙ্গল্লোমদা তাপ-তাপ হেক পায়— খঙজ হৈজবা

মওংদা অরৈবমখৈ শূদৎলে অনাবদো। চার চারগা হল্লকপনি, মৈসু য়াওদে। থিনগে খোৎকে হায়রকপসু মাইবনবু কি হায়ব্রা হায়জল্লুবদুনা মতেক অমা পোঙলুবদগী তোক্লে। মৈ পুনিঙাইসু লৈতে; নুংশিৎ মরক অদুদা অমখক্তা ঙায়বা থিৎলী থিৎলী চাক্লিবা, কা তরেৎকী য়ূমজাউ অদু পুরিবা পোদোল অদু পুরবসু মওং চাদে অদুম থোকলক্লে। দারী ফন হেক চোংথবদগী হৌরে মকমলাক নীকপা। মন্ত্র অমা মকোক মমৈ মফম মরাং খঙদনা শোনবোই নীংশিংবোই তৌদুনা চৎলক্লে।

মচানুপা হৈক্রু সিংহ অদুমসু মতাং অদুদা চাক চারগা ঙাইহাক ফল্লবা মতুংদা নুংশিরৈখোয়দা হীদাক ঙাম্থক অমা থকলুগে চত্তবা কুইরে কাউরল্লগনি হায়দুনা মাগী বাঁসী অদু পূক্লোত্তা য়েপ্লদুনা খুদৈ গুঞ্জা কাওর-কাওরদুনা খন্দিতা লেঙথোকলক্লি। ঙসাই ষণপোৎ কারকপদা চেংহী লুবা থোক য়াওরুবদা বাৎ খরা তৌনরকপদগী থোকললকপনি নৎত্রবদি য়াচঙগে তৌরকপগী অদুদা মপাগী তোংজৈ লৌশীনবা থোকপদা মমানা লেপ্লরিবনি,– থৌনাদি। ঙরাং অদু নুংশিরৈখোয়রোমগী লণ্ডন-ব্রাহৈদা ‘থারোংবা’ হায়বা ব্রাহৈ অদু শীজিন্নখিব’দুদা নুঙাইতবা অমা হেক য়াওখ্রদুনা মথা লুকলপ তৌদুনা মঙক লুকথরপ চৎপা তম-তমদুনা লাক্লি। মপা অদুনা লোংলপ মচা ইবুঙো অদুনা লুকলপ, অমম্বা মরক অদুদা মপা-লাকপদা মত হেক তিন্নখিদুনা মীনা হায়নৈ হায়রিবা তেরা অচৌবা অদুগী অশূকপা মরুম মপামক্তদা মচানুপা অদুগী ফিবুলহাবীগী ফিবুল অপৈবা মানবা কন্দ্রংগী লব্রাইলেমফু অদুনা মপাগী য়েংথৌমপানগী মোনপাক অখুইবা থবাক অদুদা সনজিঙগী চীংমায়দা ইন্দ্রগী বজ্র তাবগুম দা—ঙ।

লোইরেদো অনীদো! খং-লাকপা, লাউখোংবা-কা-নংলমপোৎ নৎত্রে; মমায় হুৎ হুৎ লৈথোক্লরগা শমজী খাইনদুনা হোৎনখিব’দু হেক য়ারিবমখৈ শাংনা চিংথোক্লবা রবরগী লংলা অমা ময়ায়দা ব্লেড ময়ানা থবৎ খঙকক ককথৎপদা ওইখিবা মওংদুমক্কা মান্নখি। মায়কৈ ক-কা খক য়েংন খঙনদে, কয়া শাংনা চেল্লে কদাই য়ৌরে কদায়দনো, অমত্তা খঙনা-খন্নদে। মচা অদুদি মনীং পাংনা চেল্লগা নোংয়াই য়ৌরমদায় অদুদা কেতুকী-হানৌ হাবুং অমদা তুশিন্দুনা ব্রাম্হজখ্রে। অদুগা মপা অদুদি খরা চেনজরকপগী অদুদা মানা চিংদুনা পুরিবা লীচৈ অদুনা মতুঙদা শ্রো-শ্রো ইন্নদুনা তান্নরকপা অদু হেক তারুবদগী কনাগী শিনি-নানি খঙদনা খরা খরা য়াঙখৎ ’সুম য়াঙখৎ পূময়াঙ য়াঙখৎ অসুম চেল্লকপনিনা, পোথাবগী ব্রা ঙাইহাক লেপ্লুবগী ব্রাদি লায়রদুনা মা

কনানো করি তৌরি করি তৌরে হায়বা য়ৌনা নীংশিংবা শংদে। চেল্লি লীচৈনা তান্নরি খন্দুনা। গাড়ী ষন্না মমৈ ফীরান শাদুনা খৌ শাবদি ঙাইহাক্তনি ছিগাগীদি লায়রদুনা তাং-তাং চিকশিল্লক্লবনিনা হেক লেপ্লি; অরাং-অচৌবনা খংহল্লবা শগোলসু জগৎ ব্রাংমা লান্দুনা চেল্লুরবসু হনজিনফম থোকপনিনা চপ লেপ্লগা অদুম মহনজিল্লকই। অমং য়াইথোং কুমজরে। হন্দক মহাবলী শ্রীমান অমুশাং ওঝানা খাইরকপা শমজী অসিদি খুরূপ থাখ্রে, নুংশিৎকী মমাঙ থাখ্রে। নুংশিৎ অদু মখা চিক্রুনা অমুশাংগী মতুঙদা লমনি-থগাইরোমদগী প্রাইদা খংইন খংইন ইন্দুনা চেনজরি য়ৌদদি য়ৌমিন্নরগে হায়দুনা।

লেপ্তুনা চেল্লকপনা, চেনজরকপগী মতিক, মাদি মমায় অদু অব্রাং ওল্লন্নমালে মরিনিগী নুমিৎ চপ হেক য়ুংবা মতাঙ অদুদা ডিমাপুর কৈথেলদা ফোং ফাওই। নাগালেণ্ড সরকারগী দাক্তর মীওইশিংনা কন্না হোৎনজবদগী মমিং-মথা তাকপদদি নংলম্মী।

মচানুপা অদু মপাগী অস্তি-সঞ্চয় য়াওবা হৌগৎ কাঙখৎ ঙমখিদে। শ্রাদ্ধ-কর্ম্মদি উচিন-নাচিন্না য়াওজখি। ফিরোই লোইরম্নগা মপাগী হকচাং লৌবা চৎপনি হায়দুনা চৎখিবদগী হৈক্রুসিং অদুম হল্লক্তরে। ঙসি ফাওবা হল্লক্লি, অদুনা কনাগুম্বনা করিগুম্বদা থেংনবিরবদি মপা মচাগী গাথা খোৎচিনজরিবা অসিদা তাকপিরকউ। ❑

## মহা-লেখকনা থাবা কোবী

ঐ লেখক অমনি। ঐনা ইবসি সাহিত্যগী হেক লৈরিবা বিধা পূম্নমক অসিদা ঐনা শোক্তবা য়াওদ্রে। ব্রারীমচা ফজনা ইজে, উপন্যাস ঐনা হৈনজবা বিষয়নি, নাটক ঐগী পামজরুবা বিধানি, কবিতা হায়রা পোকঙৈদগী লোয়নজরক্লবা ধর্ম্মনি, রচনা ময়াম্না থাগৎপিনিংঙাইশিংগী মনুংদা ঐসু থোইদোক হেন্দোকপা অমনি। ইরগতা তোক্তে পাসু ওম্থোক্লা পাজে। পারা পারা ইজখি ইজরি ইজগনি। তৌবতবু ঙসি ফাওবদা ঐনা ইবনি হায়দুনা ঐগী মিং য়াওনা ফোঙখিবা অতৈদি খণ্ডদে ঐদি থেংনদে থেংনখিদে। ছাত্র ওইরিঙৈদসু লাক্লদবা চহীদা ফোঙলগদবা মেগাজিনগীদমক্তা মিং চনজদ্রিঙৈদগী ইবা হৌরবনি। সম্পাদক মহাশয় অদুগা ঐগা শাউনবা লৈখিবনরা খণ্ডদে য়াওরক্তে। অদুবু ইবগী ব্রাদি চাবা থকপা, তূম্বা চাবা অমত্তা নীংশিংদে– করিনোনে লেখক অশেংবদি মাইবী চঙবগুম্বনি, মফম মতম নাইদে ইনিংলবা ঈথিল অমা ফাওরক্লবদি লীলা য়েংনা য়েংনা বীড়ী মকুদা খোৎলিবনি।

অমা ই, সম্পাদক অমদা থায়, তন্না হেক্তা হল্লকই; লৈজবী থাদুনা লংখিবা বোল চেক্কী ফক্লাংদা পাল্লুরগা থকতোকলকপদু মঙাই। চাদ-থক্তনা অমা অমুক ইরে, অমদা অমুক থায়। ইমাই! ধর্ম্ম চেল্লবা সাধুদা হয়ানপোৎ য়াবিয়ু হায়রুবসিমঙাই তন্না হল্লকই। অমদমুক খূৎনা হাকথেংননা পীরুই। ইরে-ন থাগৎপিরকই— অদুগা রিক্সো ভারা পীরগা লম্বেল চুমদ্রিং তাকপিরকখি।

অসুম তৌই হায়দুনা হনবা মীতাদি নত্তে। লেপ্তনা ইথে। ব্রারেম থৌরেম তৌই থাও অরেম্বদা মাঙহল্লে হায়দুনা ঐখোয় নুপীনা ঙাঙলিবসু মহানি। অয়ুক ঙন্তা চিন-য়া শেংলগা লীফক অদুমা মাঙ্গোন্দা তিংথোক্লগা চে কলম পুথোক্তুনা ফমথবগী অদুব্রাইদগী হৌরে ঐখোয় নুপী অদো মনাতোল কাম্বা। থাদক্কী মকোক পাৎপা অঙাং অদু কমলাক্তা হেক য়াল্লদুনা, ফনেক কৌরপ শেৎলগা য়ুময়ায়দা থবক লৈ খঙদে, লৈতে খঙদে চৎলি কাতু কারন তিং-তিং। চুম্না ’সুম চৎলগতা তোকপ্রা? তোক্তে ঙাঙই মচিন্দসু— ‘‘ব্রারেম থৌরেম য়েংবদা মিৎ অসি না-রে-দকো! শীং ফংই ঐনা খায়, চাক থোংই ঐ; ফৌ শুরে ঐ। অঙাং অসি ঙাইহাক্তা ফাওবা পুথোকপিনবা মী-কা অমত্তা হেক লৈতেদকো! লৈতে চঙলক্লনি অমুনবা চাগদবগীদি। হ! খারেদকো! খারেদা!!’’

ঐ খঙই মানা ঙাঙলিবসে ইনাক্তা কূল্লিবা হৌদোং হব্রাইমান অদু সুকনৎ নত্তে — ঐঙোন্দনি। মদুকা তাকবা শংদে। অশেংবা লেখক্লিনা। ঈথিলগী ঈহুলনা ইরিবনি ইশা ইশাগী খুদুমদা লৈবা নৎত্রে। ইনিংলক্লবদি পোইনু ব্রাকচিং লোম্নবগী অহিং অদুদা ফূক হৌগৎলগা ফন্নিবা লেখকনি। ইবা লোইরে। ডাক-তার ঘর খুদক্তা চত্তুনা থারুরে; মাঙখি লাকখিনি, মাঙবা য়াবা পোৎ সনা লুপা মণিমুক্তাশুম্বা অরেম্বা নত্তে মমল য়ামখ্রপোৎনি, চেৎনা য়োম লাক্তুনা শেল হেঙ্গৎনা টিকেট নপ্লগা থারুরে। মঙানি মতুং নুংথিল নুমিদাংব্রাই অমা ডাকপিয়ন অমনা লৈকায়গী অঙাং অমদা শিন্নবম্মী হাযদুনা ইশাগী খূৎই অদু ফমাংদা তাদুনা লৈরম্মী। অদুগা ফাক্তোক্তুনা পারু যেংলুবা শংদে। মশেম শঙ্কর প্রেসকী প্রোপ্রাইটর অদুদা পীরুনবা ব্রারী মচা খরা লোইনবা কন্না ইথরিবনি।

পীরুই য়াদে, ঙাঙনরুই ব্রাইয়োংদে, থারুই তন্না হল্লকই। অদুদা কয়াদি নুঙাইশল্লনি? অখঙ অহৈ মীওই অমদা হংলুরে। তাকপীরক্লে। মহা-বিশ্ব লেখক

অদুনা —“এ, অদুদি ’সুমতৌ ইবুংঙো, সাহিত্য হায়বা অসি সমাজগী মমিনি; সমাজ হায়বা অসিদি মীওইবগী পুন্সিনিদো! অদুনা মীওইবগী লমচৎ, ফীভম, ব্রাঙাঙ শাঙাঙ পূম্নমক ময়েক লানা ইথোকও, মদুতদা পাঠকশিংনা তাম্নগদবনি।”

চুম্মেদো চুন্নে। ঐঙোন্দগী খরা হান্না সাহিত্যগী সাগরদা চোংথখিবা হায়ব’সে খঙলম্মীদা! ফৈ মথক থোংবগী ব্রা লৌদফম লৈতে। ঐদি পঙলম্মীদা, অস খোইমুগা লৈরাংগগী ব্রাকোইদা মাঙহনখিদা ঐগী মরৈ হা-হা তম্না কাখৎলকপা টেলেন্ট। খরা হান্না হংলন্নবদি নহান্না নোবেল প্রাইজ ফংবা য়ারন্নগদবনিদো। করিসু লৈতবা হেমিংব্রেনা থোক মোক্তা লামায় তরা-কুনগী উপন্যাস মচা অমা থোৎচিল্লগা লুপা লাখ অমা মখায়রোম শেখখিদা! উ-নানা জগোয় শারিঙৈ, থম্বালনা খোইমুদা ওইনরিঙৈদা হেক তোকখিদা, পাম্মুইদা। চুম্মী। মীওইবগী লমচত্তা অমদি পুন্সিদা য়ূম্ফম ওইরগা ইরগেদা, ইরগে। অদুদি ঐদি মীগী লমচত্তি মুন্না খঙদে ঐগী ফাওবা খঙদে। নহালব্রাইনা লমহাংদা ইথক্ত ফন্নগা হমব্রু অপোম্বা, নাতোনচাবী ফুগায়না শাৎপা য়েংদুনা ফরক্তা মতম মাঙহল্লমদ্রবসু ফদৌবা। পঙইদকো ওঝা য়াওদনা থবক তৌবা। ’সিনা ওইরে গুরু খল্লু মরু তুম্মী হায়নরিবা। ফরে তৌরগে হৌজিক কালগী অপাবশিং অসিনা চিলহাও থিবা ’সিনা, হৈনম লৈনম মরক্তা কোয়দুনা পুন্সি ময়োল চোংহনগেদি হায়দ্রদুনা মনম ফৎখিদ্রবা য়ূমলক লৈরক খুল্লক্তা স্বর ফাওবা নীংতম্না হোনবা ঙমদ্রবা সহরগী মৈথু মরক্তা পোথাগে খল্লিবা জাৎ ওইরে। ফৈ। পঙনদি পাল্লিবা তাইবঙ— তাইপংনি। ফৈ হূইবু দোলায় তোংহনগে খল্লুবা ঐনা ঙাওদনবু কনা লাক্নুনা ঙাওবিরনি। (—খল্লি লেখক)।

নুংথিল নুমিদাংব্রাই মেজ মথক্তা চহী অমা হেল্লবা তাদুনা লৈরক্লবা ঐগী অচৌবা ডাইরী অদু পায়শেন্নে, হেক থেংনবগা হংবা, হংলগা খুদক্তা থোৎচিলহৌবা থিন্দহন্দনবনি হায়রদুনা মখুম হাংদোক হাংজিন মতম মাঙগনি খন্দুনা কলম অনম্বী অদু পায়রগা, খুদোম্বীনা ডাইরী অদু হান্না হাংদোক্লগা মরক খল্লগা থোকলক্লে চিত্রগুপ্ত বাবু শারদুনা। চৎপা মতমদসু চুম্না চৎপা নত্তে, অচৎ অওং পূম্নমক অদু য়েং-য়েংদুনা চৎলি। আনোক থোইদোক্লা ময়াক কন্দবা অদু’মগা ঙক অসি থেক লোংখত্নুনা চৎপবু ঐ অসি।

সরকারগী কোলেজ মমাঙ য়ৌরকপগী অদুদা মীওই অনীখক য়াম্না লেম-না

চৎলম্মী, থেংনরুরে। নুপা অদুদি ফিজেৎ মওংনা নহা মাঞ্জবনি কোষ্ঠীগী চহীদি য়ামলম্নগদবা জাৎনি। নুপী অদুদি খম থেংবা মতমগী ফিজেৎ অদুনা থোইনা হেন্না ফজহল্লি। লৈশাবীনি হায়দুনা সাক্ষী ওইরুবদি ঙমদে, — করিগুম্বা অখণ্ডবা খুদম অমত্তা উদবনিনা, মৌনি লৈশাবীনি লেপ্পা ব্রাই। ফজরগতা তোক্তে রাশীসু লৈ। মখোয় অনী অদু মপা মচা ওইরম্বদি য়াই, নৎত্রগা মচিন মৌপ্বাসু মাল্লি। চহী মতাংগী অশেংবা বিচারদা য়েংলুরবদি মখোয় অনী ইমুংমনুংদি ওইরমদবা য়াই। অদুবু তম্বদি ঙম্বা নত্তে। মতম অদুগা মখোয়না চৎমিন্নরিবা ঙাহৌ ঙাহৌগী খোঙদোয় অদুগা, করিগুম্বা অকক্নবা থবক অমা চৎপা নত্তে, চুম্না নুংশিৎ অশেংবা চাবা কোয়থোকলকপনি হায়বা খঙই।

ফরে, মসিদগী হেক্তা হৌরগে খণ্ডজনবা, হংজনবা অমদি খোৎচনবা। চঙশিল্লে মমাঙদা চপ লেপ্লগা ‘নমস্তে’ তৌই। ঐনা তৌরুবদি নুপী অদুদা মাল্লি অদুগা ওকলক্লিবনা নুপা অনোয়বা অদুনি। মা ওখাক ঙক্লা উই। ঐনা হংই — ‘কদোমদা ওইরবনো চৎপিরিবসিবো?’

— ‘করিগীনো?’

নুপা অদুনা ঐঙোন্দা হৌজিকমক চাথোক্কদবা মিৎফমদা য়েংলগা খুম্না হংলকই। মানা করি হংলিবনো ঐ থোইনা চেকশিল্লুদে নুপী মচা অদুগী কোইরাওনবা মিত্তা,আদরগুলাপকুম তঙাং তঙাংনা থোৎলমগদবা মচিনবানদা চাউথোকহনগদবা আনোক অদু ফাওদুনা য়েংলগা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরগা হায়খি,

— ইবেম্ম’সিবু অদোমগী কনা ওইরবনো? মিংনা করি কৌবগে? মিংসু ফজরমগনি গুলাপ মঞ্জুরীগা কৌব্রা?

— পুলিশ। পুলিশ!! হে কনষ্টেবল!” — অনীরক্তনি মানা লাউখিবা। কদায়দসু লৈরম্লিবা! সেনি মাইনি হায়বা নংহৌদে চৈতুপ পায়বা টুপী অনীখক ঐ তম্না ক্রুক-ক্রুক। হায়ফেৎ য়েংলম্নগা লেখক্কী ইজ্জৎ কল্লগে লেপ্লবোই ঐসে তুং হন্দুনা হুৎ চেল্লি। একলব্যনা উদয়গিরিদগী কাপলকপা তেন্দু’মঙাই হুৎ— ঐনা চেল্লিবা ব্রং ব্রং ব্রং। চেল্লিঙৈ মরক অদুদা ডিজল মালগাড়ী মমায় ওল্লিবনি হায়দুনা ফৈ-না লৈরম্লবা ঐ চোংলে, ঙমগদবা জাৎনি। খরা চেল্লগা হন্না য়েংলুই— অদু খরা তান্নরদি তোক্রোদনা, মখোয়গী মপা কোকতাং অদুগী মরল হূরুবসু নত্তে; তৌদে মহা পাপী

অনীদো। লূমখ্রবা বুট অদুগা ক্রুক ক্রুক ক্রুক চেল্লক্লি। শাউবোই, পাখৎপোই চেল্লি ঐসু— তুং তুং তুং। খরা চেল্লগা হন্না য়েংথোকলুই— ক্রুক ক্রুক ক্রুক মহাপাপী, তুং তুং তুং। মসিদি কান্নপোৎ নত্তে খন্দুনা থোঙ্গাল অমদা হুৎ লৈশিল্লে। ইখোলনুং অদুগী য়ূমজাও অমদা চেনশীল্লি, নাক-য়েৎ কোয়েং য়েংই। মমগা মমশিল্লকপগা ভাব তাদ্রে, মতা চাবা মফম অমদা চেনশীল্লি। ঐনা খরা খিৎ শুকই হাংলপসু তাই হায়দুনা চেনশিল্লিব'দুদি য়ূম অদুগী চাকশঙগী মনিংথোঙ ওইরে। মদোমদনা কমদৌরি তান-না চারিবসু ঐবু ঙাইদুনা মী অপার অমা লৈরম্মে। অমনা "লৈরে লৈরে 'সোমদা চেল্লে।" — লাউখি। মদুদগী মকোন থিনগাইরুবদগী খোইবীনিংথৌ ময়াম পাইথোকলকপদৌনা কদায়দবু লোৎলম্বনো খঙদে মীয়াম অমা ব্রা—। ময়াম অদুনা হূরানবা থৎলো থৎলো। হূরানবা ফারো ফারো চেল্লে তু তু 'সোমদা 'সিদ।' লাউদুনা তান্নরক্লে। ঐসু হন্দক্কী মতাঙ অসিমত্তদি থোইদোক্লা কায়জরক্তবা ঐনি, লেখকশিংগী ইজ্জৎতদি কল্লন্নগে খন্দুনা ব্রাপল মরক্কী শম্বল অদু ঙম্বা ঙমদবা থল্লুদে হন্দুনা চোংই। অব্রাংবা চোংলক্তবা নুপাদি নত্তে লানবদি লাল্লি। অদুবু নাম্থোক্তুনা চেনবদি য়াখিদে। মনুং চঙফমগী অসোম থংবা সোডোক মচা অদুদা মী ফূবদা হালেংবা লৈত্রবা নহারোল য়াঙ্গোল অমনা ঙাইবিরমলে। চোংথোকলকপগী লুখন্না য়ৈদুনা তাবগী অদুদা ময়াম হুপচিল্লক্তুনা অঙাংমচানা তিনখাক নোইবগুম নোইববু ঐ মিত্তা স্বর্গ উই। মরক অদুদা লাউজে ঐনা — 'ঐ হূরানবা নত্তে হূরানবা নত্তে লাইরিক ইবা নুপানি, লেখকনি।' বলীগী হামেংনা খোংব'দু মঙাইগ্রে কনানসু তাবিখিদে।

অদুদগীদি অসাইগী তান্নরকপা মহাশয় অনীদুসু থুংলরে। কয়া হরাওনা পাম্না তৌবিরে। ঐবু হেক ফংবদা কৈশালনা য়াওমচাদা ফজরকপা ব্যবহার'দু মঙাই,

— বাবু লৈবিরমলেদনা —!

— হোয় ঙাইজরল্লি।

— নুঙাইজরে লেঙলসি।

— ফনি।

লেঙলে পুলিশ ষ্টেশন তান্না। ঐনা ঐগী অশেংবা পরিচয় পীদুনা ঐবু শক খঙবিনবা হায়জে। অদুবু ঐনা চঙফম মচেৎ অমা থিরুবা য়ুম্বু অদুনা সনা মাঙখি

ঐনা হূবনি হায়না কন্না লৈখৎলক্লব'দদি নাম্বোকপা সুপয়া য়াখিদে। থা তরূক লেমজা চাদুনা লৈবা তাখি। জোমালোয়গী থৌশিনবা নুপা অদুনা ঐনা বিচারপতিগী ব্রা হেক তাবগা হায়জখি,

— ফরে বাবু ঐগী লাইবক্লনি লৈজরগে জেলদা হায়ব'দু, অদুগা তৌবতদি ঐ লেখক্লি, ইবা অমদি পাবগী খুদোংচাবা ফংবা মফমদা থম্বিয়ুকো।

— ফৈ তৌদনকো।

লেখকনা লৈনবা কা অদু খুদোংচাবা ওম্বোক্লা ফংলে, — কা অদুদা অহানবদা ওক থম্লরম্বা ওইরমাল্লে। ইবগী খুদোংচাবা পীবিরবা হায়ব'দুদদি থা তরূক অদুদা ঐবু অখুংবী ষন হাতম ঘালানা লাক্লবদৌনা ইখোল কোইহনবদুদি — হা হা ঐনা থারম্বা কোবী অদু জেল অপূম্বা চহী চনী এনশাং লৈরমদবা য়াই, ঐদবু চারক্তে। ❑

# ইতাওনা শাবিবা ফৌশুখোঙ

**ফৌশুখোঙ** অমা শাদে হায়দুনা ঐগী শ্রীমতিনা শাওব'সি করিনো মাগী মচা মপুরোইবা কাদা ঐনা লোইরঙ শীখ্বোং শারুবা 'সিমঙাই। অয়ুক ফংই ফি ফি নুমিদাং তৌই ঙেং-ঙেং। ফৌশু শঙগী মরমদা মা উনগনি ঙাঙলক্কনি খনবদা ঙারৌ চাগনখ্রবা ঐনি অদুবু নুমিদাং নিউয়োর্ককী ফিলম অমা য়েংলুরগা থেংলপ হল্লকপদা অয়েনবা য়াম-না হৌবা তলজাও চজিক অদু ঙারেল হৌরম্লবা হঙ্গাম অখাবী মহীদা লূপ্ল লূপ্ল চাববু হায় নঙগী'সিবু ঙা-কা অমত্তা লৈত্রবা জাৎলা' হায়বা য়ৌনা হংলুদ্রে; ঙম্লা-ঙম্লবা খূৎয়াইনা খরা নমশিন, ঈশিং অঈংবনা খরা নমথ য়াংলেন্দা হুমাং কাবমখৈ য়োৎচরবনি। অদুমক্তদা শ্রীমতী ঙাঙবা তোক্তে। ঐ অসি খাঙবা কন্দ লাক্তবা নুপা নত্তে। লানফমমক্তদা ফজ ফজবা চিঠি ইখিবা নেপোলিয়ন বোনাপার্টকী আশাদা অমদি খাক -লাউবা তারবা মতুংদা মাগী মবেন্মগী চরনামৃতগী নোংহৌনা মশা অদু মহাস্নান তৌখিবা গ্রীককী সোক্রেটিসকী থাজবদা ঐ খাঙখি।

খন্দবদি নত্তে খল্লিকো। নুংঙাইতবসু ফাওরিবনি নুংশিজখ্রবী পামজখ্রবী মাগী

অব্রাবা খুদোঙচাদবা উবদা ঐসু নুঙাইত্রিবনি। মাঙ্গোলদা শুরিঙৈ ফরন্মী, চাকশঙ অদুদা শুজিল্লকপ'দু ফাওবা খাঙলম্মী; মানা মথৌনা ফরিবসু ঐখোয়গী কাদা ঐগী মেজ ময়াদা শুম্বল অশাংবা অদু থাংজিল্লগা ডাঙ-ডাঙ-ডাঙ তৌশিল্লকই। ঙাঙলুবসু য়াদ, থিংলুবস ্কিতক চা য়ূমলোন কৈরোম্নবগী মাঙদা চাং খরদি থমনিং, মনীংলোমদা ফাওরগা শম্বল চোংদুনা থোক্লকপা অনী অহুমলক শুরে। অসি য়ৌরক্লবা অদুদদি ঐসু পীক্কে পীকউ চাউগে চাউ, য়ুম অমগী মকোক, দেশ অমগী মন্ত্রী মকোক্লিদো। পংকুই কুইবা ব্রাসু নৎত্রি ফৌশুশঙ তেকখিবা, লৈরম্নিবনি চহী তরেৎ নিপান্দা মঙাইরি। অদুগীসু মথক্তা শুফম লৈতে করি নুংনাংফম লৈ, মখাগী ইবাই থম্বৌখোয়গী অচৌবা শঙ্গোই লৈরি, লাপ্নপোৎসু নত্তে, লৈরক অনী লৈকায় অমা লানববু করি ইকাইবা! লৈশারিঙৈদদি ঐঙোন্দা মতম, মতাং, তাঞ্জা পীনবা, ব্রা অমা অনী ঙাঙলক্লবা তাঞ্জা পীনবা ঈশিং শোকপনি হায়দুনা সনাবুল য়েপ্পগা নুতিগী মাইল তরূক তরূক্লি চৎলিবা।

নোংমদি ঙাঙমল্লবদুদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা অদু মঙাইরে তৌরগে মী নেকলুরগে হায়দুনা থোক্লক্লে। অদু ইপু তোনজাউ নেকসিরা? মখুৎপুদি মনাল্লি হায়ববু শেল পীয়ুদা হায়গনবা অসিনা বোইনানা হেন্দ্রিবমখৈ লৌই। তাঙাং শেলুংবদা তৌহল্লগে। অদুদা মাগীনা কুইগনবসিনবু; তোম্বা নাথাগী নুপীনা মীরোন্দ্রিঙৈদগী শাগৎলকপা চাবোকশঙ অদু অঙাং অদুনা পোক্লদুনা মপোকথা হেল্লক্লবা ফাওবদা হুমদাংদা ময়াল্লি। অদুদা ঐগীদি য়ারবদি, য়াম্নবদা হাপ্তা ফাহন্নিংদে। অদুদি মখুৎসু চেৎপা কুইনসু চঙদবা শেল থুমদসু অদুক হাক্না চোপথদবা খুরা শুলাপ্তা হেক্তা হায়রগে। লৈরক মচিন্দা চৎকদবগী গাড়ী হেক তোংখৎপগী মতাং অদুমক্তদা তুংলোমদগী লাপ্লপ্না – 'ইতাও!' কৌরকপা তাখি।

ঐনা খঙবা খোনফমনি হন্না লৈদুনা য়েংখি। ইতাও কালা ত দু তরঙ অমুবা মচা অমা য়াল্লদুনা মখা মায়কৈ অদু পূম্মম মন্নদুনা লৈরমলে। অঙাং ওইরিঙৈদগী চারে চামিন্ন, থক্লে থকমিন্ন, খাবে খামিন্ন তৌরম্বদগী মতা অমা চাখিদবদগী, নুপী চিংলুই হায়, নুপীনা ফাবনি হায় মরাং মরাং তৌনখিবদগী চহী মাপললোম ফানিংচিৎ কায়নরুরবা ইতাও ইখঙ খঙহৌদনা ফুঙ ফাওরকপা অদুদদি কনাগী ফৌশুখোঙদি লায়রি গাড়ী পায়রি হায়বা য়ৌনা কাউই। চেনশীন্দুনা কোম্নবা অদু উরগা মীপুম

তিংনা কপ্পরমগদবনি, লীলাদা ওইরন্নবদি; অদুবু অশেংবা পুন্সি ওইবনিনা লুকমাই পানবী মৈতৈ ইমা অম'দু ফাওবা মোমোন তৌবদগী খরা হেন্দোকখি।

নুমিদাং অদুদা চামিন্নরে, থকমিন্নরে, ব্রারী শামিন্নরে নুঙাইনৈ। চহী কয়াগী মতুংদা উন্নবা মরূপনি নুংশিনপ্পবা। চুবাগী শমদা অঙৌবা অনী মরি কাপলক্লবা ঐখোয় অনীগী থম্মোয়দা নৌহৌরকখিবা প্রেম, হনুরৈ মশা অতেকপদা য়েনীং লাকপ'দু মঙাই। ঐখোয় অনী পূন্না ফম্মিন্নখিবা ফরক্কী মরমদা নিংশিং নিংশিং ব্রারী শামিন্নরবা মতুংদা ঐনা হংখি,

— ঙাইখো অতৈ লাইরি ইতাও, নঙনা লাক্লিববু কদায় চত্তোইনো, মওংদি বৃন্দাবন যাত্রা মাল্লদনা?

মানা চৎকদবগী লাক্লিবা থবক মতা অদুগা উবগা নোক্লকপদা ময়া ঙৌবা কুচু মতা অদুগা ঐখোয় নুপীদি খাঙবা য়াদ্রমাল্লে অতূম্বা অঙাংদা করিনো অমা হায়জিল্লগা ফাক ফাক নোক্লক্রে। মা হেক লাকপদা নুমিৎ চপ য়ুংবা কালেনগী নুংশাদা হরিনোংনাং পরেং পরেং খোংথৎনরকপা মতা অদুনা য়ান্না নংলে কালা পাহাড়দা কোইলা পেক্লুনা লৈরুরগে হায়ররে।

ঙসাই ঐনা নুংথিল হোবে হোবে গাড়ী তোংখত্তুনা চৎকদবগী তৌরন্রিবা অদুগী মরম হংলক্লদুনা তাক্লবদা মানা হায়রকই,

— হেরা! অদুদি ঐ শাবিরমগে। শঙ মচাদুগীদমক মী নেকউদৌরিবা! ঐ শাগে।

— নঙবু হৈব্রনে?

— হে রাধে, পেনা, পে-না। পেনাদি খরবু লুরি, ভারতকী প্লান শেম্বমুক লাই।

— ইমাই! ভারতকী প্লান শেম্বদি কদায়দা লাইরিবা? মীগী ক্রোড় ৫০/১০০ মনীং থুংনবা শেন্নিবা মহা প্লানবো!

— হে-রা অপঙবা! নঙনবুদি নুপীনা ঙমদবদি, ভারত মহাসাগরদা রৌ ঙা লাখ ক্রোড়, লাখ য়ান্থ্রে থাদবা, চহী মঙাগী মতুংদা অমদা লুপা চামা চামা শিৎলবদি পৈশা কয়া য়ামলে। নুংশিৎ মাইরমদা লুপা লাখ ১৯গী লশিং কাপথোকপা ভারত্তা ঙন্নিবমখে শীজিন্নরগা অরেম্বা অদু আমেরিকাদা য়োনবা ওক মচিন্দা পান লুপা

ক্রোড় ১০৮গী থাবা, অথেকপা অদু চীনী শুংবা চীনী অদুনা ভারতনা কে, জীদা নয়া ১২গী হিংদা শীজিন্নবা, অদুগা জাপান্দা গ্রাম ৫০ য়েন ২৮/২৮ দা য়োনথোকপা; পৈশা অদু রুসিয়াদা পূথোকপা শেন্দোয় অদুনা ডিপার্টমেন্ট খূদিংদা তলব হেনগৎলু হায়রিবসি মখোয়না পান্নিবা অদুগী শরুক ৫/৫ হেনগৎহনবা...।

— এ ফরে নঙগী'দু মী তাথ্রবদি হিংবগী টেক্স লৌররনি। অদুবু নঙবু শাববু হৈব্রনে?

— নঙোন্দবু মিনিষ্টরসু নত্তনা ওইদবা ঙাঙই হায়ব্রনে! হয়েং শারগা খঙগনি, নুমিৎ কয়ানিদা লোইয়ুগে?

ঐ থাজরে। ফরে তানবু য়াম্না চানরে। মী থিরুবা তনবগা লাইনা শীল্লকপ'সিদি তাইবংগী ফনবতা শীনবনি। ঙাঙনরে শাবদা অমদি শামিন্নবদা লেপ্লে। মী অতৈ নেকলুদ্রবসু ঐনা মতেং হেক্তা পাংবা, মানা শাবা মসিদা লেপ্পরে। লোইবগী ব্রাদি চাউবা, শাংবা, পাকপা, ব্রাংবগী ভাব অমা ইতা তাদ্রিঙৈদগী নোংমদা লোইগেবু হায়। চপচাবা য়ুম অদুগী মওং খঙলক্রবদা মানা হায়রকই,

— এ ফরে। ঐদি য়াম্না চাউবা ওইরবোই নীংই; ঐখোয় খোঙবু ময়ামদো হংচিং চৎমিন্নসি হায়দুনা লেপ্পখিবনি টিকেট লৌরন্নগনি। য়ুম চাউরবদি অতৈ কনাগীসু নত্তে চৎত্রগা চত্ত খল্লন্নবনি। পঙচাউসু চাউদ্রবদি হয়েং লোইরগা হয়েংমক্তি নংলরোই শঙ্গাবা; শঙ্গাবনা হংচিং অদু নখোয় কাহৌরো, ঐনা অয়ুক চৎপ্রগে। মপোৎ-মচৈদি অব্রাৎপা লৈরোইদনা হা?

— ফনদি য়াম্না লৈরে, অদুবু চপচাবদি খঙদবনিনা—।

— ই, ব্রা পৈয়া— লৈরবা নৎত্রো?

— খরদি লৈরে, কয়া য়াম্না চঙগদবনো খঙদবনিনা— ওকপা য়াইদি খল্লি।

— এ! নঙনা খন্দুনা তৌরিবনি ওক্লগনি। ওক্লবসু অরৈবা খরা অদুনা ওক্লবা শাবা হায়বদুনি। কদায় নঙগী ইচন্দি তূমপ্রবরা?

মা'কাসু হৌদোক্তুনা তান্নরে। মওং য়ানরে। খন্নবা লোইরবা হিপ্পরবা মতমদা মানা ঐখোয় নুপীদা হায়রকই — সে ইবেম্মা ইবুঙ ব্রা হায়গে, হয়েং অসিমদি খঙদ্রে হংচিং শঙ্গাবগী ফৌ অদুদি ইবুঙনা শাবিরম্বা শঙ অদুদা শুগদবনি, ভাব তারব্রা?

— তাজরে তাদা।

মথংগী নুমিৎ অদু নোংঙান্দ্রি, ঐখোয় হৌগৎলে। মশা মউগা ফবনে মপাঙ্গলগা কনবনিনা উখুল কুম্লমুক অদু ঐনা চুরুট অহম শুনা থকপা হৌগৎত্রিঙৈদা লোইখরে। মানা তৌরম্বা অকোনবগী উখুল মঙা অদুগী লৈপাক কোৎথোকপা লোইদ্রিঙৈদা মানা কনাগী সনায়ুম্বী, লুপায়ুম্বী, জাত্রা পাবা, মথং চৎপা, খোমদোনলংবা, অমত্তা চিথদনা ককপা হেক লোই। পৈয়া ঈশিংদা তিংলুবা হল্লকপদা তেঙ্গা লোইনা শেম্বা লোইরম্মী। ঐখোয়’ তোম্বা মমানা অয়ুক্কী চা পুথোকলকপগী অদুদা মখোঙ লোইনা হেক্তা লেপ্লী। চা-কা থকউ য়াদে, শুক অনী পায়দুনা উখোঙ অদু তং তং হেক্তা শুই। ঐনা ইমুংদা ঙসিদি থবক চৎলরোই হায়দুনা ছুটি নিবগী চিঠি মচা অমত্তং খোৎলুরিঙৈদা হুমদাং য়ানবা পূমলোই লোইরমলে। অব্রাংগী ইচাশিং অমদা চিঠি অদু পীরুচো থারুবা হল্লকপগী অদুদা ই-খা থানবা ব্রাচেৎ ঙাইদুনা চিন্তা তৌদুনা ফমলম্লে। তীংলবা পৈয়া হঙ্গৎ হন্দা লৌথোক্লবা চঙবদা ইমুং লময়াই অদু সাহারা মরুভূমিদা হৌবা উফুলদু মঙাই। কান্নপোৎ নত্তে হায়দুনা লোইনা পুথোক্লগা পুথ্রী অদু থনকোক তৌনা থাদরে। ঐখোয় নুপীদা এঞ্জাং হংবা ওইনা পুথ্রী মপান্দা ব্রারী ঙাইহাক শারুবদা মথক্তগী হান্নমা মংজদুনা লৈরবা নোং অদু খাক্লকই– ‘করিনো করিনো! ঙসি নৎত্রবদি লৈত্রবরো? হয়েং নোংমাইজিংনে পেম্না শাহৌরো, ঙাইরে পৈয়া। ই লংখৎলক্রো খূৎ লেপ্লে। হৌজিক্তা করি করিনো? মপোৎ ব্রাৎলে, থেঙলে।’’

ইমাই! ঐবু করিনুংগীনো হায়বদু য়ৌই। শয়েং লেঙবা য়াদ্রে, ফাইগন চৎপদা নম নমদুনা চৎত্রবদি তুদৌরে; খুবাক অসিসু মৈ অচাকপা পায়রুবদৌনা পোকথোক্লে। ঐবু ওফিসতগী কৌবা লাক্লে হায়দুনা চৎখ্রসিরা হায়বা ফাওবা খল্লক্লে। অদুবু য়ামদ্রবদা ঐগী থবক্লিদো। মশাগী নত্তবা মানা ফাওবা স্বর ফাওবা ফুইরপ হোন্দে, ঐদি করিগী খাঙবা ঙমদনি! তৌগে। লংখৎলি। ঈরুজরুবা কারকপী ঐখোয় শ্রীমতীদা কালা হায়রকই–

– ইবেম্মা করি, করি মথেল পীজগদৌরি ঐঙোন্দা?

– তাদা ঙা মচা অমগা ইরোনবা অমগা...।

– ফরে ফরে। ব্রারবসু উতিথোংবা অমত্তদি য়াওহল্লু, ইবুঙনা পামজবা হায়বদু অদুদনি, হয়েং দেশতা চৎখ্রগা উতি চারোই খনবদা ঙরাং ঐবু গাড়ীদগী

চোংথহৌরসিরা হায়না খনবনি।

— ফনি তাদা চগেম হেক্তা তৌরগেকো।

— মদুনি, পার্কানি, নবুঙনা পাম্বসু মদুমক্কি খড়ী নমলপ মোরোক অদু মেৎত্রবসু খরা শারপ হেক থাকও... অদুগা নঙঘী ফৌশুশঙ অসি নঙগী লাইবক ফরবদি হোরেল নুমিদাংব্রাই ফৌ শুবা য়াগদৌরি। চৎলো, কাঙৌ মচা অমত্তংগা ঙৌসল্লু, মৈ খরা কল্লা থাও— বাইলো কালে বাইলো খেলা যুবা কালে...।

নুংশা শাগৎলকপা মতাং অদুদা খোনপোপতা হিকথরদুনা মানা ফগৎলকপা থাবল অসি ঐগী লব্রাইলেমফুদি লৈনা ঙৌনা শাৎখরে ব্রাবনা। ই ব্রাৎলে... পৈয়া, পৈয়া, ব্রাচেৎ পীরকও শাংমল্লে-শাংমল্লে, ইহে তেনমনখরে... অমা পীরকও... অসুম্না মানা হায়রগা ঐনা পীবগা লৌবগা ঙাইহাক্তা ফাওবা পোত্থাসি হায়বা য়াদে। ঐদি মরক মরক্তবু পোত্থাই, মাদি হেক হৌখিবদগী চুরুট মচৈ অমা করিমকা থকপা ফাওবা কুমথরক্তে! অকংবা মৈ চাকপ'সিমঙাই লৈজবী থাদুনা হোৎনবসি থাগৎনিঙাইনি। ঐনা মাবু মশক মুম্না খঙই। মাগী মহৌশানি থবক অসি হেক তৌখিদ্রবদি তৌখিদ্রে অদুগা হৌদোকলক্রবদি হিংচাবগী হিংচাবনি। অদুদা মাগী হায়ববু পঙনা তৌ হায়বা য়াগন্দে। তৌবু তৌখ্রবদি লোইদ্রিফাওবা থাদে।

অসুম্না কল্লা শারকপনা চাকচা মাঙদা থোক লোইশিল্লে। নুপীনা চাক তাকপা থোক্লকপদা মাদি মাঙ্গোলগী ফমফমফক্তা চাকঙাই উরোরোন্দা মিকপ অনী ওল্লগ্রে। মাদি হায়জরম্মী চাক ঙাইবা ওইনা ফক্লাং খাজিনসি হায়না। অদুদা ঐনা মপোৎ পীবা ঙমদদুনা ফক্লাং অসিদি ঐ পোত্থা পোত্থা খাজহৌরগে হায়দুনা। অদুমকপু মাদি অনকপদা য়োল্লবদি শীংমিৎ অদু লৈরকউ মখাজিনসি হায়। ঐনা শিরগেমখৈ য়াদ্রবদুদা পোত্থাখ্রে।

চেকশিন্না হৈনিংনা থোংলমমাল্লে ঐখোয় মহোই মমাগী চাক, এঞ্জাং অদু মযেক শেংনা হাউই। ঐনা হেক থাগৎপদি নুংঙাইত্রদুনা ইতাওনা খজিক্তং কাথোকলকপা ঙাইদুনা লৈরিঙৈদা মাসু মীনিনা অচুম্বদি ফোঙদোকলকই,

— ঙসি ইচনগী চাক-এঞ্জাং অসি হাউই। ফৌশুশঙ অসি কুইনা চৎনরগনি। হয়েংমুক অমগা অব্রাং শঙ্গোই ওইনা শাসি ঐ থোকলক্লগা। হাউখ্রে উতি'দু খুজিনমুক্তা থাদরকউ।

ঐসু ঐনা হায়নীংবা কয়া ফুমলগা খজিক্তং ফগৎলি। মা য়াওরমদ্রবদি, ঐখোয় অনীদা ওইরমলবদি অমুক থাগৎ, খরা লংনা তৌদুনা মেরুক মরি লিখোম্বী চনবা কোর্ফু অদুগী চাক লোইনমক ইথন্তা ঙমশিল্লমগদবনি। অদুবু ফরে, মথং চামরক লৈরি। অসুম্না হাউরকপা লাই খুরুমসি।

পেন্নবা অমদি পে-নবা চারে। শঙ্গাবা হায়বা অদুমক তৌরে। লৈতা-না ফম্নদুনা চাবসি ফজনা চারে। হেনজিন্না চারে। মমৈথংদা পুখম হেক উবদা খোইদৌ মথক-মখা ওম্লকপগী মতাং অদুব্রাইদা হরিনাম্না সিংহনাদ লাউরদুনা, ঐনা খুজাই, মানা চাইশেল পায়দুনা মনীংথোঙলোমদদি খোক্রুদুনা মমাঙলোমদা চিন তেংবা খোকলক্লে। য়েনখা দারীদা খব্রাং লেপ্লগা ঐখোয় অনী চপ মান্নদা প্রুক-প্রুক— ফ্রু।

হেক কাম্বদা ফৌশুশঙ অদু য়েৎ-ওয়ননা হাইরপ লৈরম্লগা, অক্রুরনা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র মচিন মনাও কাংদা হাপ্লগা মঠুরা তম্না থৌখিবমক্তা ইবেম্মা রাধিকানা মশম-ও মনা-ও লৈমায়দা হাইথরকপগুম সোরো রোৎ সর...ধম। ঐখোয় অনী মুম্না য়েংনৈ। মঙোন্দা য়েংথোকখিবদা মানা মোমোন তৌরগা মিৎচী থাক-থাক খৎলকখি। ❑

# লুহোংবগী অহিং

ফরক অমা ফূবগী ব্রাদনি, ফৈজাও অসি মশক ব্রাত্তে, পাখঙ অমা ওইনা নোপ্তে; মহৈদা হায়রা মাগী কয়ারক হন্না থাজরুব'দুদি উশিল্লুফম থোক্তে– আই, এ, নি। লাইরিক তম্নবনা পিক থল্লবসু মেত্রিক্তা অহুমলক লাইবক য়েংলূরবা মীশক্লা মন্ত্রি ওইরবদি মাসু পাস তৌবশিংবু ফোংনা নৎত্রবসু লোম্না ইকাইখুম্নফম থোকই। মরলদা হায়র, ফৈজাওগী মপূবোক ফৈয়েং অদু, লৌ লৈ খঙদে, লৈতে খঙদে কৈদদি ওস্লোক্লা চাউনা শারমখ্রে; কৈনা চাউখিবনা লৈত্রে খঙনা খঙনা চহী অমত্তদা চূম নম্বা অনীরক্কুস্বদি লাক্লে। হোয়, মপা অদু খরা ওকলূদবদগী খরদি হল্লে হান্নগী নৎত্রে। নৎ:ত্র হায়রিবসিসু শামুনা ময়াং কংবমক্তি নৎত্রবসু চোংঙা অনাবা ঈশিংদা তাবনা ময়াং কংথরকপগুম্মি। কন্যা মমাশিংনা ময়া খন্নবদা মাবুদি তত্তনা যাওনবগুম তৌবা য়াবজাৎনি। চাউনা, শামুও বেল-ও করি-ও হোঙই ফৈজাওদো। চহীগা লিরপ তৌখিবগা য়াম্না জ্ঞান তানা ব্রাখল মুন্না তৌরগা হোঙই। ফৈজাও শিংদা লাক্তবা নত্তে।

লুহোং থিল্লকপগী নুপীগা থেংনহৈদবগী ঙাইহাক চখোকপদু পংশাং শাংনীংদ্রবনি

ফৈজাওদো। ময়াম মরাং মরাং ফজদ্রদুনা মরূপ অনী মরিগা ঙাইহাক চথোকউরে। খোংনাং মরুম অচৌবা অমদা মরূপশিংগা ফনা কুইনা ফম্মিন্নরে, ব্রারী শামিন্নরে, শাগদবা ব্রারীসু লোইশিল্লক্লে। ফৈজাওনা মতম ঙাইহাক অদুদা য়েংবা ঘড়ী অসি, নুমিদাংবা উবা ঘড়ী ওইরন্নবসু অমুক অনীরক্তমক য়েংলমগদবা; অদুসু হেক থোক্লে। ব্রারীনা নুংঙাইহিরিবসু মরূপশিংদুগা পাক হেক কায়ননীংদে। অদুগা য়ুমদা চঙনীংবগী অদুমসু মশা অদু ঈনৌগী লৈরাইদা ঙমুমহা থাব'সি মঙাই! হা মরক্তা লৈবা থৌদুগুম, পাঙ্গল মান্নবা রেলকোক অনীনা চপ মান্ননা চিংনবা রেল শাদু মঙাইখ্রে।

নীংথমথাগী পূংনা নুমিদাংগী পূং তরা খরা হেল্লকপগী অদুব্রাইদা ফৈজাও অদু উচিন নাচিন্না মরূপশিংনা গ্রহন থাবিরক্লে। খাইনা ব্রাহৈ খরা হায়রন্নগা খোঙফম অনীদং লেম্না ইচঙ চঙনীংদবা শাদুনা চৎশিন্নরগা মরূপশিং অদু খঙলরোই হায়বা খল্লকপগী অদুদা অমুক্তংদদি শূক্লা মন্নবা অহিং অদুদা লৈদুনা য়েংলন্নগা হৌদুনা চেল্লকপসি ফৈজাওনা কোহিমাদা পূনবা, বি, ও, সি অরিবা মমাঙদা গাড়ী ঙাইহিরিবা চীং নুরা অদুগী হুইগংদগী নাম্বেকলক্তুনা চেল্লকপা হুইজাওদু মঙাই। খরা চেল্লগা ভাব অমুক তারক্রমাল্লে 'হ! অউবা য়াওরবদি!'' হায়না খম্বরক্তুনা তপ্পা অমুক চৎলি। মচিন্দা হুই মচা অমনা নাম মতেক অমা শোল্লদুনা মখূৎ অনীদু পুময়াৎ ফুরিৎকী নাকন খাও অনীদুদা হূন্নদুনা য়াম্না লেম্না চৎলি। কুইদে, পংশাং শাংনা লেমলমদরে মশা ইখঙ হেক খঙদনা খোঙথাং অদু 'সুম কল্লক, 'সুম কনখৎলক মমৈদদি মানা অমুক্তসু ভাব তারকপা মতাং অদুদা ফৈজাও অসি প্রোপেলার য়াওরমদবগী তৌবনি, লৈমায়দগীদি মিটির অমা ফানিংচিৎ ব্রাংখৎলম্রে। লৈরক্কী খুনিংথেক য়ৌরকপগী অদুদদি অচৎ অওং থেংনরগা মতা অমা চারোইদ্রা হায়দুনা চুরুট অমা চন্নদুনা ফৈনা চিংদুনা ফৈজাও তপ্পা তপ্পা অমুক লেঙশিল্লক্লে। হন্দকমুক্তি ফনা শাংনা স্তান তাই। অদুবু লৈরক মনুংগী অহানবা কোনা অদুদা অমুক অমুক লমথারমগদবা খজিক্তা ব্রাৎলি। হৌরগে তৌবু তৌরন্নবনি; লাইবক ফবনা মৌ অমনা নকলক কৌরকপগী ফবনি। নক্লনা লেপ্পগা ঐঙোন্দা ওইবিবত্রা কৌবিরিববো হায়না হংলুই ফৈজাওনা। ফিরু ফিরাং খুমজনবী অদুনা মানি হোয় হায়রবদা ফৈজাওনা করিগীনো হংখি। নুপী অদুনা লমজাও তাবা লম্বেল কদায় ওইরবনো, লমলোংনা মরী মঙা ফাংখিবনা খঙদ্রে হায়রক্লবদা ফৈজাওনা তাক্লকই,

– এ, অদুদি 'সুমদৌবিরো, সে ঐনা লাকপা হায়বদি ইতৈমরা ইবেম্মরা

করি কৌদনো, অদুগা ওয়রোমদা অমুক্তা চৎপীরগা খরা চৎলগা লমজাও শোরোক তারনি, সোমদা 'সুম লেঙবিরো।

হায়না হায়না তাক্লা তাক্লা ফৈজাও মাগী বারুনীগী মৈনম্মুক চাউবা য়োৎকী মৈখেৎ অদু খেৎলগা চুরুট অমা চন্মী। নুপী অদু হাইদোকলম্বা মমায় অদু ফি মতেক অদুনা থোক কুপশিনখি, ফৈজাও হায়ফেৎ উহৌই। মখোঞ্জেন্দদা নহা নৎলমদে মমায় অমদি বয়সসু নহামক্লি।

নুপী অদু চৎখিবগা ফৈজাওসু চৎলগে তৌরকপা মতাংদা খঙচিং চিংনরকই। হায় মান্নখ্রেদা, হাইফেৎ উবদা! খল্লি– ঙসাই ঐঙোন্দা লৈ হুকখিবা লৈশাবী অদুগা চপ মান্নে। মশম'দু কাংমুক নান্না হাৎলগা মমায় অদুদা চন্দোল চব্রা থিল্লদুনা, কনানো মতম অসিদবো নহা নুপীনবো! ঐখোয় লৈরক অসিদা অমা থোকই হায়নৈ। অমা থোকই হায়নৈ হায়বা হৈক নীংশিংলুবদা ফৈজাও থাজদ্রিঙৈদদি কয়াবু কিরমদে, কদায়দগীনো খংথা থাজবা অমা পোকলকপগী অদুদদি হৌদুনা ময়ূম তম্না চেল্লে। কম্না 'সুম চেল্লম্বদগী থোঙ্গাল ময়ামক্তদা খংলেপ লেপ্লি; টেপ রেকোর্ডর খংথিং থিংবদা চপ লেপ্ল'দু মঙাই। মিৎকুপমুক হাইদে, হুমদে অমদি নোমদে; ঙাইহাক চপ লেপ্লি, খল্লি– মানি... মানি! মানিদা!! চন্দোল অদু শোয়দ্রে। পীশুম'দু চপ মান্নে। মানি, শোয়দ্রে– ঐগী নুপী'দুনি। মথন্তা ফল তাজরদুনা অমুক ঙসাই থেংনখিবা মফম অদু তম্না চেল্লক্লে। চেন্না চেন্না করিগুম্বা চিংনবা অমদগী মথন্তা মত মান্নরক্তদুনা চপ অমুক লেপ্লি। খল্লি– 'হ! নৎত্রবরনে। ওইরগসু মাদি করিগী হৌজিকপো! অমম্বা লৈরক অসিদা! অদুদি নৎত্রবরা! নৎত্রবদি অথোকপা অদুরা, শোয়দ্রে থোক্রে–!' খল্লুবদগী হুৎ লৈদুনা ময়ূম তান্না অমুক চেল্লক্লে। থোঙ্গাল হাংদোক্তুনা চেনশিল্লগে তৌরকপগী অদুদা ব্রাখল অমা অমুক খল্লক্তুনা চপ লেপ্লি। খল্লি – অদু থোকই হায়নবা অদুদি নুপানি হায়নৈ, চৎহৌরিব'দুদি নুপীনি। নুপী অদুবু ঐগীদু মানখ্রেদা, ওইরমদনকো, মানি, মানিদা, এ শোয়দ্রে!! শোয়দ্রমাল্লে হায়বগী থাজবদা হ! য়ৌখিবা তারে খন্দনা থোঙ্গাল চোংলগা অমুক চেল্লক্লে। অমুক খল্লকই– ই! নৎত্রবরনে? ওইরগসু মাদি লৈরক্তদি করি তৌরমগদবা! ওইরমদদুনা ঐবু! ঙসি অসি নুপী ওইনা থোক্রম্নবদি– ! এ! শির-শি চঙঙ-চঙ নুপানবু হংলুরগে, ঙাওনরগা থোকপা ঙাক্তনি খন্দুনা অমুক তান্নরক্লে।

অমম্বা মরক অদুদা ফৈজাওনা চেল্লকপসি চিনফা পুদবা লম্বেল ওইরম্নবদি

খুনিংথেক অমদা নৎত্রগা অমদা ককপা শোয়হৌদুনা নৎত্রগা হেনজিনমনখিদুনা হয়েংগী নংহৌদ্রবসু হংচিংকী খবরদদি পাউ নুঙাইরমগদবনি।

শঊনগী চাঁউরপ তৌবা খোঙউপ অদুগা ক্রোক ক্রোক ক্রোক চেল্লকপসি লমজাও কাখত্তুনা কৈথেল তাবা মায়কৈদা ফনা শাংনা হাইগৎলুরে। কনাসু চৎপা উদে। অতোপ্পা মায়কৈ অদুদা অমুক য়াম্না শাংনা চত্তুনা য়েংলুরে। লৈরমদ্রে। অদুদদা ও! শোয়দ্রে অথোকপ’দুনি, ঐ লোইহ্রে ঙসিনা লোইহ্রে! মাবু লৈরক অদুদা মথক্তা চঙবা ঙমখিগদ্রা? ঙাইহাক য়েংই, কনাগুম্বা অচৎ-অওং লৈরক অদুদা চঙলগদ্রা চঙমিন্নগে হায়না। থেংজিনখ্রবনিনা কনাসু চৎখিদরে। লাপ্পা মৈঙাল অমা উখিবগুম তৌব’দুসু মাঙখরে। লৈরক মচীন অদুদা ফনা কুইনা লেপ্লি। মমৈথঙদা অদুমঙাইহ্রে হায়দুনা চঙদবদি য়াদবনিনা মমায় থোক ওনশিল্লকপগী অদুদা অথোকপী নুপী অদুগা লমজাওগী থাওমৈ পরেংদগী লাকপা মঙালগা অমম্বগা শিন্নফম অদুদা গোঙ! নুপীদুনা ঙাওরিবসু মানা থোক্লক্লিবা মায়কৈ অদোমদদি সুকয়েং হেক য়েংলুদনা ঙসাই মতুংলোমদা ক্রুক ক্রুক চেল্লকখিবা মায়কৈ অদোমদদা মতুং হন্দুনা য়েংলগা থোকলকই– ওস্লেক্লা কিনা। অকিবা অনী’দু মমায় থোক থোক ওনশিন্নরকপগী অদুদা গোঙ! ফৈজাওনা খংবোই লাকপোই অফিং অফাই ওইনা তাপ কোল্লি, শিংদ লাক্তবা নুপা নত্তে। নুপী’দুগী মচিন তাপ মেল্লি। লাউরমগদবা শমনাদা লিৎলি। মচীন অদু হাৎলগে মতাগুম কন্না পায়শিল্লগা হংখি– নঙ অথোকপা ভূৎলা?

থাওমৈ মঙালদা থোক ওস্লোক্তুনা য়েংনবদা মশক খঙনরক্লে। নুপী অদুসু চেনবা য়াদদুনা কিরম্বদগী হেন্না পাখৎখিদুনা করিসু তৌরক্তবা মতাং য়ৌরক্লদুনা তপথরক্লে।

ফৈজাও – নঙ ঐঙোন্দা লৈ হুকখিবী নুপীদু নৎত্রা?

তোম্বী – মানি।

ফৈঃ – অস অদু হৌজিক্লা কদায় চৎকে থোকলবা?

তোঃ – ব্রাশক ঙাকপা।

ফৈঃ – কনাগী কনাদা, কবিগী ব্রাশক?

তোঃ – ঐগী হান্নগী অমা লৈজে।

ফৈঃ – এ! অমা লৈ হায়দুনবু হেক চৎপা য়াব্রনে ঐনা লৌরবা নৎত্রনে নঙবো।

তোঃ – নহাক্কী য়ূমদা ঙাইহাক লৈরুরে নহাক্কী নুপী ওইনা। হৌজিক মাগী ওইবা অমুক চৎলগে থোকলক্লিবনি।

ফেঃ — ইমায়!! কয়াদনো! অদু মাগা হোঙহৌবদি য়াদ্রো ঙসাইনা?

তোঃ — ইমা ইপানা য়াদদুনা তৌবনি।

ফেঃ — অহল-লমন্না হায়বা য়াদদুনা লৈররবদি ঐবু পাম্মোদনা।

তোঃ — অদুদি য়ারোই, ঐ চৎলগে থাদোকপীরো।

ফেঃ — অস! কূম্মে তারেদনা; ফেজাও কূম্মে তারেদনা! করিনো তোম্বী নঙনা ঙাঙলিব'সিবো।

তোঃ — অশেংবনি। ঐবু চানবিয়ু, শাউবিগনু। অশেংবা হায়জবনি ঐবু মওং অমা ওইনা খনবীগনু। ঐ তশেংনা মহাকপু নুংশিরুরে, মাবু য়াম্না নুংশিরুরে। অদোমবু অমদি অদোমগী অহল লমনবু নমথাক তৌগে লেপলন্নবীনি। তশেংনা ঐ অদোমগী সেবা তৌবা ঙমজররোই। লৈমিন্নবদা থম্মোয় থম্মোয় তিন্নদ্রবদি লাইরিক অমদি লননা ঐখোয় অনীবু শান্তি পীবা য়ারোই। খনবিয়ু অদোমসু লৌশিং চাউরবা মীওইনি। অদোমগী নাক্তা লৈরগা অতোপ্পগী ব্রাখলদা লৈরবদি ঐবু নোংমা নৎত্রগা নোংমা শোয়দনা ইঙক লাক্কুনা ঈন্থোকপিরক্কনি। অদুগী শরূকপুদি অদোমগী মায়সু ঙাকচরে, হৌজিক ননাওগী ব্রাশক অমুক ঙাকহনবিয়ু।

অমুৎপা চুরুট-মতেক অদু খঙচিং চিংলগা ফৈজাও ফৈনা খল্লি। খল্লি— অস অসিবু ওন্থোক্না পাম্না হোঙলুবা বর অমনা তাবা য়ারমগদ্রনে। তৌবু তৌহৈরিদ্রা! লুহোংবগী নুমিদাং অসিদা ওইররিবা কর্ম্ম অসিবু! হা! চুমদে! এ য়াদেদা!

ফেঃ — এ, অদুকা য়াপোৎ নত্তে, লাও চৎসি, চঙলসি লাও! অসিবু ফাগিরো! চেনগে হায়রগা ঐখোয়দগী চেন্দ্রবসু নখোয় নাপাগী ময়ূমদগী চেনজখিবা য়াদ্রো লাও! থেঙলে।

মখুৎ তাপ পায়দুনা চিংলক্নে। ফৈজাও মচীন্দসু মুরুম মুরুম শোল্লি— 'হোঙখে হোঙলগা, ঙকএদা। তৌ-ঙম্মেদা! কদায়দৈ! লাও লাও চৎকে হায়রবসু মঙানি চাক্লৌবদগী হল্লক্লোই হায়বনা মখল অমনি। অদুগা হৌজিকপু!

উপাই লৈত্রবী তোম্বী চৎসু চৎনীংদা, চৎতবসু য়াদা লাউরসি কদায়! বলীগী লৈরকপা হামেং বাঙ্গোর চিংবগুম চৎলক্নে। অহিং অথেংবদা নাইতোম চাকপা মোমবর্তিনা কনাসু উদনা মদোম চাকচবগুম তোম্বীগী মিৎলু অনীদগী গঙ্গা ঈহৌরকখি। চঙবা তারে, চত্তবা তারে তোম্বী, শোয়দনা লৈবা তারে খল্লুবদা তোম্বী নুঙাইজদবতা

নত্তে অহিং নোংশোয়বা ঙাইজরমগদবা মহাক অদুগী খল্লুবদা অমুক থাঙথনবা শক্তি মৈশাদা লেনগুম মাঙখরে। থোঙ্গাল হাংদোকপগী মতাং অদুদা তোম্বী অদু ফৈজাওগী মখোঙদা কোল্লগা ঈঙেনগী নোংজুবগুম হিকলক্লে। ফৈজাওনা চিংখৎলি য়াদে, থেম্মী য়াদে, ঙাঙই তাদে তৌশিল্লক্লবা অদুদদি মায়কৈ মমখরে। অতাবা-অউবা য়াওনরক্লগদরা হায়না পাখৎখরে, হন্না য়েংশিনখিবদা তুলসী অদু মখোয়রোমদা 'দুম চঙশিল্লক্লে। ফৈজাও মৈরক্তা শাস্তি ওইনা ঙাইহাক খল্লগা তপ্না ফমথরক্লে। য়াম্না নুংশিনা তোম্বীগী মমায় হাইগৎপিরগা লোম্না মাগী কাদা ঙাঙলকপদৌনা হংলকই,

— নঙ ঐগীদা য়াম্না লৈনীংদ্রবরা?

তোম্বী খুম্ফম খঙদদুনা লৈরিঙৈদা ফৈজাও অমুক্তা হংলকখি,

— নঙনা মুন্না খল্লগা তৌরবনিকো ?

খুমদে তোম্বী। খুমদবদি য়াবগী খুদমনি। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা ফৈজাও হৌগৎলে; তোম্বীবুসু তপ্না হৌগৎহল্লে। তপ্না হায়রকই,

— তোম্বী নঙ নুপা অদুগী ময়ূমদি খঙব্রা?

— খঙজে।

— কয়া থাম্বী?

— পংথাপ থাপ্তে, মাইল অমা খরা হেনবা য়াই।

— ফরে! অদুদ অথেঙবসিদা নুংঙাইরোই। থিনবিগে থাওমৈ অমা লৌরুখিগে, নঙ তুমিন্না লেপ্পন্মু।

— য়ারনি করি কান্নবা ব্রারনি, পোথাবিহৌরো।

হায়রন্নগা তোম্বী লৈরক মতা য়েংলগা চরাম্নরবা নোংশানা থাদোকপিরন্নবী শজি অমোমগুম মশাবু মশানা থাজবা য়ৌনা কাউরদুনা থোকখরে। চমগে লৌথোকপা চুরুট অদুদা, অমম্বা মরক অদুদা, মুন্না য়েংলগা ফৈজাও, তোম্বীনা চংখিবা মায়কৈদা তপ্না লৈদুনা য়েংলকখি। ঙাইহাক য়েংলুরগা মমিৎ খজিক উইথরগা [illegible] খোম্নুনা মোমোন তৌখি। ফৈজাওগী মতাং অসিদা তৌখিবা [illegible] অর্থ শূন্না [illegible] অহিং অদুতনা খঙখিসনু। ☐




লোইরবা

